# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অহান্‌বা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অহানবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনয়োল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা মখা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোওবা।

ধ'ফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯৩, আগষ্ট

সত্ব পুম্বা ভাল্লবনী ]

মমল লুপা ২৫'০০

# শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

# মধ্যলীলা

## অহানবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

যস্য প্রসাদাদজ্ঞোঽপি সদ্যঃ সর্ব্বজ্ঞতাং ব্রজেৎ ।

স শ্রীচৈতন্যদেবো মে ভগবান্ সম্প্রসীদতু ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী ; প্রসাদাৎ—চান্‌বীবনা ; অজ্ঞঃ—খঙদবা মী ; অপি—সু ; সদ্যঃ—খুদক্তা ; সর্ব্বজ্ঞতাং—পুঙখঙ-খঙবা হায়বসু ; ব্রজেৎ—কংগে ; সঃ—মহাক ; শ্রীচৈতন্যদেবঃ—শ্রীচৈতন্যদেব ; মে—ঐহাকপু ; ভগবান্—ভগবান্ ; সম্প্রসীদতু—পুঙপেন্-পেন্‌বীবা ওইসনু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা চান্‌বিরবদি খঙদবা (মূর্খ ওইবা) মীসু খুদক্তা পুঙখঙ-খঙবা ওইবা, মদুগুম্বা ভগবান্ শ্রীচৈতন্যদেবনা ঐহাকপু পুঙপেন-পেন্‌বীবা ওইসনু ।

### নৈনরোল

সদ্যঃ ( খুদক্তা ) হায়বদি কৃপা হেক ফংবগা । শ্রীমন মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবিরবা মীদো য়ৌনা খঙদবা মূর্খ ওইত্রবসু শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী কৃপা হেক ফংবগা সর্ব্বজ্ঞ ( পুঙখঙ-খঙবা ) ওইবা ঙম্মী । প্রভুগী কৃপানা মাগী চিঙদা থম্বা লোইনমক ফাওরকয়ি, মরমদুনা মহাক লাইরীক-তম্মুদবা য়ারে ।

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত-লেংবা শ্রীপাদ কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্য-লীলা লেংবদা মহাবু মতৌকতাসবনী হায়না চিংনরদুনা নৈনরিবা শ্লোক সিদা শ্রীমান্ মহাপ্রভুগী কৃপা নিজরি ; মরমদি প্রভুনা কৃপা তৌরবদি খঙদবা মীতাসু পুঙখঙ-খঙবা ওইদো ।

## মূল ২

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ।
গৌড়োদয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোনুদৌ ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে—খুরুমজরি ; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দৌ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু ; সহ-উদিতৌ —মতম অমতদা থোক্লকপা ; গৌড়-উদয়ে—গৌড়দেশগী মশক ওইবা উদয় পর্ব্বতদা ( থোরক্ফম চীঙদা ) ; পুষ্পবন্তৌ—চন্দ্র সূর্য্য ( থা অমসুং নুমীৎ ) ; চিত্রৌ—অঙকপগী মশক ওইবা ; শন্দৌ—মঙ্গল পীনহৈবা ; তমোনুদৌ—অমম্ববু কোক্হনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়দেশকী মশক ওইবা উদয়-পর্ব্বতদা মতম অমতদা থোক্লম্বা, অঙকপগী-মশক-ওইবা নুমীৎ থাগুম্বা, মঙ্গল-পীনহৈবা অমসুং অমম্ববু কোক্হনবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজরি।

## মূল ৩

জয়তাং সুরতৌ পঙ্গোর্মম মন্দমতের্গতী।
মৎসর্ব্বস্বপদাম্ভোজৌ রাধামদনমোহনৌ ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

জয়তাম্—জয় ওইসনু ; সুরতৌ—য়োনা থৌজাল-হৈবা ; পঙ্গোঃ—চৎনবা-শক্তি-য়াওদবা ; মম—ঐগী ; মন্দমতেঃ—বুদ্ধি-রাংপা ; গতী—পান্থ ; মৎ—ঐগী ; সর্ব্বস্ব—ইরল-পুন্সা-ওইবা ; পদ-অম্ভোজৌ—খোঙ-থৰ্ম্বাল ; রাধামদনমোহনৌ—শ্রীরাধা অমসুং শ্রীমদনমোহন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক্ত খোঙতেকপনী অকনু বুদ্ধি-রাংবনী ; অসিগুম্বা ঐগী অমত্তা-ঙায়রা গতি ওইরিবা মখোয়, মখোয়গী খোঙ-থৰ্ম্বাল ঐগী চৈনজবা লম্-ওইরিবা, য়োনা থৌজাল-হৈবা শ্রীরাধা-মদনমোহন অনীসা জয় ওইসনু।

## মূল ৪

দিব্যদ্বৃন্দারণ্যকল্পদ্রুমাধঃ
শ্রীমদ্রত্নাগারসিংহাসনস্থৌ ।
শ্রীমদ্রাধা-শ্রীলগোবিন্দদেবৌ
প্রেষ্ঠালীভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

দিব্যৎ বৃন্দাবণ্য — য়াম্না ফজরবা বৃন্দাবন ; কল্পদ্রুম-অধঃ — কল্পবৃক্ষকী মখাদা, শ্রীমৎ — য়াম্না ফজরবা ; রত্ন-আগার — রত্ননা শাবা মন্দির ; সিংহাসনস্থৌ — সিংহাসন মথক্তা লৈবা, শ্রীমৎ — য়াম্না ফজরবা ; রাধা — শ্রীমতী-রাধিকা, শ্রীলগোবিন্দদেবৌ - শ্রীলগোবিন্দদেববু, প্রেষ্ঠা-আলীভিঃ — চুংশিথোইবী সখীশিংনা ; সেব্যমানৌ থৌগল্লিবা ; স্মরামি — নীঙশীঙজরী ।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

য়াম্না নীঙথিনা ফজবরা শ্রীবৃন্দাবন-দা কল্পবৃক্ষকী মখাদা রত্ন ভাক্তনা শাবা মন্দির মনুংদা রত্নভাক্তনা শাবা সিংহাসন মথক্তা ভাল্লিবা অমসুং চুংশিথোইবী সখীশিংনা থৌগল্লিবা শ্রীমতী রাধা অমসুং শ্রীলগোবিন্দদেববু ঐনা নীঙশীঙজরি ।

## মূল ৫

শ্রীমান্ রাসরসারম্ভী বংশীবটতটস্থিতঃ ।
কর্ষন্ বেণুস্বনৈর্গোপীর্গোপীনাথঃ শ্রিয়েহস্তু নঃ ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীমন্ — শ্রীনা লৈতেংবা, রাস রস-আরম্ভী — রাসকী রস হৌদোকপা, বংশীবটতট-স্থিতঃ — বংশীবটকী মথোংদা লৈবা ; কর্ষন্ — চিংলিবা মহাক, বেণু-স্বনৈঃ — বেণুগী মখোল্লা ; গোপীঃ — গোপীশিংবু ; গোপীনাথঃ গোপীশিংগী মপুংঙো ; শ্রিয়ে — মঙ্গলগীদমক ; অস্তু — ওইসনু, নঃ — ঐখোয়গী ।

মৈতৈলোন্দা-হন্দোকপা

বেণু মখোয়া গোপীশিংবু চিংলিবা মহাক, বংশীবট তোর্বান্দা লৈরিবা অমসুং রাসগী রস পুথোক্লুয়া শ্রীমান্ গোপীনাথনা ঐখোয়গী য়াইফনবা তৌশনু।

## মূল ৬-৭

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় কৃপাসিন্ধু।
জয় জয় শচীসুত জয় দীনবন্ধু ॥ ৬ ॥
জয় জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈতচন্দ্র
জয় শ্রীবাসাদি জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজরি; গৌরচন্দ্র—শ্রীচৈতন্যবু; জয়—খুরুমজরি; কৃপাসিন্ধু—থৌজালগী-ইপাক-ওইববু; জয় জয়—খুরুমজরি; শচীসুত—শ্রীমতী-শচীদেবীগী মচাবুংঙোবু; জয়—খুরুমজরী; দীনবন্ধু—তোল্লবগী মরূপ; জয় জয়—খুরুমজরী; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু; জয়—খুরুমজৈ; অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু; জয়—খুরুমজরী; শ্রীবাস-আদি—শ্রীবাসনচিংববু; জয়—খুরুমজৈ; গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রী গৌরগী-ভক্ত পুম্নমকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃপাগী ঈপাক ওইরিবা শচীদেবীগী মচাবুংঙো অমসুং তোল্লবগী মরূপ শ্রীগৌরচন্দ্রবু খুরুমজরি। শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র, শ্রীবাসনচিংবা গৌর-ভক্ত পুম্নমকপু খুরুমজরি।

## মূল ৮-৯

পূর্ব্বে কহিল আদি লীলার সূত্রগণ।
যাহা বিস্তারিয়াছেন দাস বৃন্দাবন ॥ ৮ ॥
অতএব আর আমি সূত্রমাত্র কৈল।
যে কিছু বিশেষ সূত্রমধ্যেই কহিল ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙদা ( আদি লীলাগী পরিচ্ছেদ ১৪-১৭-তা ); কহিল—হায়খ্রে; আদিলীলার সূত্রগণ—আদিলীলাগী সূত্রশিং; যাহা—মহু; বিস্তারিয়াছেন—শন্দোক্না হায়রবনী; দাস বৃন্দাবন—শ্রীলবৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা; অতএব—মরমতুনা; তার—মহুগী; আমি—ঐনা; সূত্রমাত্র—সূত্রদমক; কৈল—হায়রবনী; যে—মহু; কিছু—খর; বিশেষ—থোইদোকপা; সূত্রমধ্যেই—সূত্রগী মনুংদা; কহিল—হায়রবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙদা আদি লীলাগী সূত্রশিংদু হায়খ্রে, মখোয়গী শ্রীলবৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা শন্দোক্না ( মহাশক্তী চৈতন্যভাগবত-দা ) হায়রম্লবনী। মরমদুনা ঐনা মহু সূত্র ওইনতা পায়বনী। খর থোইদোকপা অদুবুনা সূত্রশিংগী মরক্তা ঐনা পনজিন্নবনী।

## টৈকভ্রোল

যে কিছু বিশেষ অদি নচিংকা—প্রভুগী আদিলীলাগী (সন্ন্যাস লৌখিদ্রৈগী ম মাংদা থোকখিবা লীলাশিংগী) মনুংদা বিশেষত্ব (থোইদোকপা) হায়বদি শ্রীলবৃন্দাবনদাস-না শন্দোক্না বর্ণন তৌরমদবা নত্রগা বর্ণন শৃক্তো তৌরমদবা অদু ঐনা ( কবিরাজ গোস্বামীনা ) সূত্রশিংগী মনুংদা বর্ণনা তৌরি—হায়রিবনী।

## মূল ১০

এবে কহি শেষলীলার মুখ্য সূত্রগণ।

প্রভুর অশেষ লীলা—না যায় বর্ণন ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

এবে—হৌজিক; কহি—হায়গে; শেষলীলার—অরোয়বা লীলাগী; মুখ্য—মরুওইবা; সূত্রগণ—সূত্রশিং; প্রভুর—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী; অশেষ—লোইরবা নাইদবা; লীলা—লীলাশিং; না যায়—ঙমদে; বর্ণন—লীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

. হৌজিক শেষলীলাগী মরুওইবা সূত্রশিংদু বর্ণন তৌগে। প্রভুগী লীলাশিং লোইরবা নাইতে; লোইনমক লীবা ঙম্বা ঙমোং নত্তে।

### নৈনরোল

**এবে**—হৌজিক হায়রবদি আদি-লীলা বর্ণনা তৌরবা মতূংসিদদি। **শেষলীলা**—প্রভুগী সন্ন্যাসদগী থুপখিবা ফাওবদগী প্রভুনা তৌখিবা লীলা-শিংদুনু শেষলীলা (অরোয়বা লীলা) হায়রিবনি। **মুখ্যসূত্রগণ**—মুখ্যলীলাগী সূত্রশিং। শেষলীলাগী মনুংদা মরু ওইবা ( মুখ্য ) লীলাশিংগী সূত্র ( অশংবা ৱারোল ) পনগে। লীলা পুন্নরুক্তী বর্ণনা পীদদুনা মুখ্যলীলাদমক পনগে হায়বগী মরমদি প্রভুগী লীলাদি ওমথে নাইদবনী, খোইদোক্না মহিমাদা ওমথেনাইদনা ওইরিবনী ; খাওবমথে লীলা লোইনমক বর্ণন তৌবদি ওইথোকহনী ; মরমদুনা মুখ্য লীলাদমক পনগে হায়রিবনি।

### মূল ১১—১২

তার মধ্যে সেই ভাগ দাস বৃন্দাবন।
চৈতন্যমঙ্গলে বিস্তারি করিলা বর্ণন ॥ ১১ ॥
সেই ভাগের ইহাঁ সূত্র-মাত্র লিখিব।
ইহাঁ যে বিশেষ কিছু তাহা বিস্তারিব ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

তার—মদুগী ; মধ্যে—মনুংদা ; সেই—মদু ; ভাগ—শরুক ; দাস বৃন্দাবন—শ্রীলবৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা ; চৈতন্যমঙ্গলে—চৈতন্যভাগবতদা ; করিলা বর্ণন—বর্ণন তৌরয়ে ; সেই ভাগের—শরুক অদুগী ; ইহাঁ—মফম-সিদা হায়বদি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা, সূত্রমাত্র—শমপাং শমপৎনা ; লিখিব—ইগে ; ইহা—মফমসিদা হায়বদি লাইরীকসিদা ; যে বিশেষ কিছু—খোইদোকপা থরদু ; তাহা—মদু ; বিস্তারিব—শান্দোক্কে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শেষলীলাগী মুখ্য সূত্রশিংগী মনুংদা শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা চৈতন্যমঙ্গলদা ( চৈতন্য ভাগবতদা ) শান্দোক্না বর্ণন তৌবরবা শরুক অদুগীদি সূত্র ওইনা ইরগে। অদুগা মদুগী মনুংদা খোইদোকপা থরদুদি শান্দোক্না ইগে।

### নৈনরোল

**ইহাঁ**—লাইরীকসিদা। **ইহাঁ যে বিশেষ** অসিনচিংবা—মদুগী মনুংদা বিশেষত্ব লৈবা হায়বদি শ্রীলবৃন্দাবন দাসনা শান্দোক্না ইরমদবা নত্রগা করিমতা ইরমদ্রবা অদু ঐনা ( কবিরাজ গোস্বামীনা ) শান্দোক্না ইরমগে।

অবস্থান—লৈবা ; তাহাঁ—মফমদুদা (মুমদা) ; যে—মতু ; করিল—তৌখি ; লীলা—লীলা ; আদিলীলা—অহানবা লীলা ; নাম—মিং ( কৌয়ি )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ( সন্ন্যাস লৌজিদ্রিঙৈদা ) চহী কুন্‌থামদ্রি মুমদা লৈরম্মী। মুমদা লৈবা মতমদা শান্নখিবা লীলাশিংদুমসিংদি আদিলীলা কৌয়ি।

## মূল ১৬

চব্বিশ-বৎসর-শেষে যেই মাঘমাস।

তার শুক্ল পক্ষে প্রভু করিলা সন্ন্যাস ॥ ১৬ ॥

## শব্দার্থ

চব্বিশ-বৎসর-শেষে—চহীকুন্‌মরি্রিগুবগী লোইরকপদা ; যেই—অদুমক ; মাঘমাস—মাঘ ( রাকচীঙ ) থা ; তার—মতুগী ; শুক্লপক্ষে—পানথঙকপা থাখায়দা ; প্রভু—শ্রীচৈতন্য ; করিলা সন্ন্যাস—লম্বোইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী কুন্‌মরিগুবা চহীগী অরোয়বা শরুক্তা ওইখিবা মাঘ-থাদা অদুগা থাদুগী পানথঙকপা থাখায়দা ( শুক্লপক্ষদা ) প্রভুনা সন্ন্যাস লৌখি।

## নৈনরোল

প্রভুগী চহি ২৪ শুবগী অরোয়বা মতাঙদা ওইরম্বা মাঘ মাস অদুগী সংক্রান্তি মুখিদা ( ক্রাবদি ১৪৩১ শকগী মাঘ-মাসগী সংক্রান্তি মুখিদা) প্রভুনা সন্ন্যাস লৌখি। মতমদুদা শুক্লপক্ষনী।

## মূল ১৭

সন্ন্যাস করিয়া চব্বিশ বৎসর অবস্থান।

তাহাঁ যেই লীলা তার শেষলীলা নাম ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

সন্ন্যাস করিয়া—লম্বোইরগা ; চব্বিশ—কুন্‌মরি ; বৎসর—চহী ; অবস্থান—লৈবা ; তাহাঁ মতমদুদা ; যেই লীলা—শান্নখিবা লীলাদু ; তার লীলাদুগী ; শেষলীলা—অরোনবা লীলা ; নাম—মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা 'সন্ন্যাস লৌরগা চহী কুম্নরি লোম্নবী ; মতমদুদা শান্নখিবা লীলাগী মিং 'শেষলীলা' কৌয়ি।

## মূল ১৮

শেষলীলার মধ্য অন্ত্য দুই নাম হয়।

লীলাভেদে বৈষ্ণবসব নামভেদ কয়॥ ১৮॥

## শব্দার্থ

শেষলীলার—শেষলীলাগী ; মধ্য—ময়ায়গী : অন্ত্য—মমৈগী ; দুই—অনী ; নাম—মিং ; হয়—ওই ; লীলাভেদে—লীলা খেন্নবনা ; বৈষ্ণবসব বৈষ্ণব পুম্নমক্না ; নামভেদ—মিংগী খেন্নবা ; কয়—হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শেষলীলাগী মধ্য অমসুং অন্ত্য হায়দুনা মিং অনী থোকয়ি। মরমদি লীলা তোঙানবা মরম্না বৈষ্ণব পুম্বনা মিং খেন্ননা কৌয়ি।

## তৈনরোল

শেষলীলাগী শরক অনীনী, মখুদি—মধ্যলীলা অদুগা অন্ত্যলীলা। শেষলীলাগী মচু-চনবা লীলা পুম্নমক্কী খেন্নবা মতুং ইন্না বৈষ্ণবশিংনা, শেষ লীলাগী শরক অনী থোক্লা থাম্নদোক্লগা শরক অমবু মধ্যলীলা হায়না অদুগা অতোপ্পা শরক অদুবুনা অন্ত্যলীলা হায়না থোনখিবনী।

## মূল ১৯-২০

তার মধ্যে ছয়বৎসর গমনাগমন।

নীলাচল গৌড় সেতুবন্ধ বৃন্দাবন॥ ১৯॥

তাহাঁ যেই লীলা—তার মধ্যলীলা নাম।

তার পাছে লীলা—অন্ত্যলীলা অভিধান॥ ২০॥

## শব্দার্থ

তার—মদুগী ( সন্ন্যাস লৌবা মতুংগী ); মধ্যে—মনুংদা ; ছয়—তরূক ; বৎসর—চহী ; গমন-আগমন—চৎথোক-চংশিন ( তৌয়ি );

নীলাচল—নীলাচল ( পুরী ) ; গৌড়—গৌড়দেশ ( বঙ্গদেশ ) ; সেতুবন্ধ — খা-ভারতকী সেতুবন্ধ ( রামেশ্বর ) ; বৃন্দাবন— বৃন্দাবন ; তাহাঁ—মফম-দুদা ; যেই—অদু ; লীলা—লীলা ; তার—মদুগী ; মধ্যলীলা—মধ্যলীলা , নাম—মিং ; তার—মদুগী (মধ্যলীলাগী) ; পাছে—তুংদা ; লীলা—লীলা , অন্ত্যলীলা—মমৈগী লীলা ; অভিধান—মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাস লৌবা মতুংগী মুনুংদা চহী তরুক্তি লম থরদা লেংথোক-লেংশিন তৌখি। লেংলুবা লমশিংদুদি নীলাচল ( পুরী ), গৌড় (বঙ্গদেশ), সেতুবন্ধ ( রামেশ্বর ), অমসুং বৃন্দাবন অসিনি। মফমশিংসিদা শান্নখিবা লীলা অদুবু মধ্যলীলা হায়না মিং থোল্লী , অদুগী তুংদা শান্নখিবা লীলাবু অন্ত্যলীলা হায়না মিংথোল্লী।

মূল ২১

আদিলীলা মধ্যলীলা অন্ত্যলীলা আর।

এবে মধ্যলীলার কিছু করিয়ে বিস্তার ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

আদিলীলা—অহানবা শরুক্কী লীলা ; মধ্যলীলা—( সন্ন্যাস লৌরবা মতুংগী ) মরক্কী লীলা ; অন্ত্যলীলা—মমৈগী লীলা ; আর—অমুগা ; এবে —হৌজিক ; মধ্যলীলার—মধ্যলীলাগী ; কিছু—খর ; করিয়ে—তৌগে ; বিস্তার—শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুগী পোকপদগী পুম্নমক লৌওবগী লীলাশিংবু ) আদি লীলা, মধ্যলীলা অদুগা অন্ত্যলীলা হায়না খায়দোকয়ি। হৌজিক্তি মধ্যলীলাগী রাদু খর শন্দোক্লা ইরগে।

টীকাকরাল

আদিলীলাগী রাদি হান্নরা ইখরে, অদুনা মধ্যলীলাগী রা শন্দোক্লা ইবা হৌরগে হায়না লাইরিক-লেংবা কবিরাজ গোস্বামীনা হায়রি।

মূল ২২-২৩

অষ্টাদশ বর্ষ কেবল নীলাচলে স্থিতি ।
আপনি আচরি জীবে শিখাইল ভক্তি ॥ ২২ ॥
তার মধ্যে ছয় বৎসর ভক্তগণ সঙ্গে ।
প্রেমভক্তি প্রবর্ত্তাইল নৃত্যগীতরঙ্গে ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

অষ্টাদশ—তরানিপাল ; বর্ষ—চহী ; কেবল—লেপ্পমক ; নীলাচলে-স্থিতি—নীলচলদা লৈবা ; আপনি—মছামক্না ; আচরি—চংতুনা ; জীবে—জীবদা ; শিখাইল—তম্বিখি ; ভক্তি কৃষ্ণভক্তি ; তার—মতুগী ; মধ্যে—মনুঙদা ; ছয়—তরুক ; বৎসর—চহী ; ভক্তগণ—ভক্তশিংগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; প্রেমভক্তি—মুংশিনা নীঙবা ; প্রবর্ত্তাইল—হৌদোকখি ; নৃত্য—জগোই ; গীত - ঈশৈ , রঙ্গে—মুংঙাইনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(অন্ত্যলীলাগী) চহী তরানিপাল নীলাচল লমদমদুদা লৈরম্মী ; মতমতুদা মছামক্না চংলগা জীবদা কৃষ্ণ—ভক্তি তম্বিখি । মতুগী মনুঙদা চহী তরুক অমা ভক্তশিংগা লোয়ননা জগোই-ঈশৈ মুংঙাইনা শা-শকুনা প্রেমভক্তি হৌদোকখি ।

### নৈনরোল

মধ্যলীলা শন্দোক্না বর্ণনা তৌড্রিভৈদা অন্ত্যলীলাদু শম্পংনা পাল্লি । অন্ত্যলীলাবু অমুক শরুক অনী থোক্লা থাখরি—অন্ত্যলীলাগী চহী তরানিপালগী অহানবা চহী তরুক অদুনা শরুক অমা অনীশুং অকোনবা চহী তরানিথোইদুমনা শরুক অমা । অহানবা চহী তরুক অদু প্রভুনা নীলাচল-দা লৈরগা ভক্তশিংগা লোয়ননা নৃত্যকীর্ত্তন তৌদুনা প্রেম-ভক্তি শন্দোকখি , শ্রীমন্ নিত্যানন্দ প্রভু থাদুনা গৌড়দেশদা, অমুগা শ্রীরূপ সনাতনখোইবু থাদুনা বৃন্দাবনগী মাঙখিবা তীর্থ উদ্ধার তৌবা অমসুং প্রেমভক্তি প্রচার তৌহল্লবা, বিগ্রহ-সেবা শক্‌দোকপা, বৈষ্ণবগ্রন্থ ময়াম লেংহল্লবা থৌরাং তৌখি । অদুমা চহী খুদিংগী রথযাত্রাগী (কাংচিংবগী) উপলক্ষদা গৌড়দেশগী বৈষ্ণব-শিংনা নীলাচল ধামদা লাক্লগা মখোয়গা লোয়ননা চাতুর্মাস্যগী থা মরিদু

নৃত্যকীর্ত্তন অমসুং কৃষ্ণ-কথা তৌছুনা মতম লেনখি। মূল পয়ার ২৩-৫০— ফাওবদা অন্ত্যলীলাগী অহানবা চহী তরাকী রা হায়রি। ৫১-৮৮ শুবা পয়ারশিংদা অরোইবা চহী তরানীথোইগী লীলাগী রা হায়রি। তবা- নীথোইসি প্রভুনা রাধা-ভাব-তা চঙহনা কৃষ্ণবিরহগী (কৃষ্ণগা কায়নবগী) স্ফূর্ত্তিদুদা মতম লেনখি; মতমসিদা প্রভুগী বাহ্যস্ফূর্ত্তি (মপানগী জ্ঞান) লৈরমদে হায়রবসু হায়মনবা থোক্লোই।

প্রভুনা অবতার তৌবগী উদ্দেশ্য অনীনী, মচুদি অহানবদা জগত্তা প্রেমভক্তি প্রচার তৌবা, অনুগা অনীশুবদনা আশ্রয় (তুংকম) এইনা প্রেমভক্তিগী মহাও তংবা। প্রভুগী সন্ন্যাসগী চহী কুন্দরিগী লীলা নৈনবগদি উদ্দেশ্য অনীদু ম্পাওথোকখি হায়বদু খঙবা ওন্মী।

## মূল ২৪-২৫

নিত্যানন্দগোসাঞিরে পাঠাইল গৌড়দেশে।
তেঁহো গৌড়দেশ ভাসাইল প্রেমরসে॥ ২৪॥
সহজেই নিত্যানন্দ কৃষ্ণপ্রেমোদ্দাম।
প্রভু-আজ্ঞায় কৈল যাঁহা তাঁহা প্রেমদান॥ ২৫॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দগোসাঞিরে—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু; পাঠাইল—থাখি; গৌড়দেশে—বঙ্গদেশদা; তেঁহো—মহাক্না; গৌড়দেশ—বঙ্গদেশবু; ভাসাইল—তাউহনখি; প্রেমরসে—প্রেমভক্তিগী রসদা; সহজেই—মহৌশানা, স্বভাব ওইনা; নিত্যানন্দ—শ্রী নিত্যানন্দদি, কৃষ্ণপ্রেম-উদ্দাম—কৃষ্ণপ্রেমদা ভাওবনী; প্রভু-আজ্ঞায়—প্রভুগী য়াথংনা; যাঁহা তাঁহা—মফম অমদগী অমদসু; প্রেমদান—প্রেম পীবা (তৌখি)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা) শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুবু গৌড়দেশদা থাখি। মহাক্না হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দনা গৌড়দেশসু প্রেমভক্তিরসদা তাউহনখি। মচানা অদুম শ্রীনিত্যানন্দদি কৃষ্ণপ্রেমদা ভাওজবনী। শ্রীচৈতন্য প্রভুগী য়াথংনা মফম অমদগী অমদসু প্রেম-ভক্তি পীনবিখি।

**[illegible]রোল**

কৃষ্ণপ্রেমোদ্দাম—কৃষ্ণপ্রেম্না ভাওবা। দামগী অর্থদি থৌরিং অতুগা বন্ধন ( পুনবা ) হায়বনী। উদ্দামগী অর্থনা বন্ধন ( অপনবা, পুনবা ) লৈত্রবা হায়বদি। অপনবা লৈতবা হায়বদি হক্লোইবা লৈতবা, বিঘ্ন ( য়েথাক-খিক্লাত্রবা ) লৈতবা, অনুসিন্ডাই কয়িন্‌দু লৈত্রবা হায়বনী। কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্পনা শ্রীনিত্যানন্দগী অপুন-অক্লাক-পূম্বা অহুগা হক্লোইবা পূম্মক মাওথি, মহাক অত্যাওন্বী পাঞ্জমতম্ কয়িগুম্বা মতম্দা লোক্‌য়ি, কয়িগুম্বদম্বু কুমী, কয়িগুম্বদম্বু জগোই শাই, অহুগা কয়িগুম্বদম্বু কীর্ত্তন তৌয়ি। অসিগুম্বা আচরণ উরগা মীনা মাবু কবিনী হায়গনী হায়বগী চিন্তা নামতা লৈরমদে। প্রেমভক্তিরসগী মহাওম্বা ভাওথিদুনা মহাক মী পূম্বদা ভক্তিরসতু য়েন্নবা খোয়াংলম্মী; হৌজিক্তি প্রভুগী য়াথং ফংলদুনা মহাক্না মীশক-মীমায় য়েংদবমখৈ লোইনমক্তা প্রেমভক্তি দান তৌবা হৌখি।

**মূল ২৬**

তাঁহার চরণে মোর কোটি নমস্কার।

চৈতন্যের ভক্তি যেঁহো লওয়াইল সংসার ॥ ২৬ ॥

**শব্দার্থ**

তাঁহার—মহাকী ( শ্রীনিত্যানন্দগী ); চরণে—খোঙদা ; মোর—ঐগী ( গ্রন্থকারগী ); কোটি নমস্কার—কোটিরক খুরুম্মী ; চৈতন্যের—শ্রী চৈতন্যগী ; ভক্তি— প্রেমভক্তিতু ; যেঁহো—মহাক্না ; লওয়াইল—লৌহল্লী ; সংসার—জগৎ।

**মৈতৈলোলদা হন্দোকপা**

শ্রীচৈতন্যনা তাকপা কৃষ্ণপ্রেমভক্তিবু জগৎপূম্বদা লৌহন্‌খিবা মহাকী (শ্রীনিত্যানন্দ মহাকী) খুয়াখাদা কোটিরক হন্না ঐনা (গ্রন্থকারনা) খুরুমজে।

**মূল ২৭-২৮**

চৈতন্যগোসাঞি যাঁরে বোলে বড় ভাই।

তেঁহো কহে—মোর প্রভু চৈতন্যগোসাঞি ॥ ২৭ ॥

যদ্যপি আপনে হয়ে প্রভু বলরাম।

তথাপি চৈতন্যের করে দাস অভিমান ॥ ২৮ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ; যাঁরে—মীবু ; বোলে—কৌয়ি ; বড় ভাই—ইয়াম্বা ; তেঁহো—মহাক্না ( শ্রীনিত্যানন্দনা ) ; কহে—হায় ; মোর—ঐগী (শ্রীনিত্যানন্দগী) ; প্রভু—ইবুংঙোনী ; চৈতন্যগোসাঞি—শ্রীচৈতন্যপ্রভুদি ; যদ্যপি—বস্ ; আপনে—মহাময়া ; হয়ে—ওইরে , প্রভু বলরাম—শ্রীবলরাম প্রভু ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী ; কবে—তৌয়ি ; দাস মনাই ; অভিমান—খল্লবা, বুদ্ধি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা 'য়াম্বুং হায়না কৌরিবা মহাক্না শ্রীচৈতন্যবু মহাক্কী প্রভুনী ( মপুনী ) হায় । মা মহামক্না "বলরাম" প্রভু ওইনা ওইনমক মান্না মহাবু শ্রীচৈতন্যগী মনাইনী হায়না খনৌজে ।

## নৈনরোল

শ্রীমান মহাপ্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দবু বড় ভাই ( য়াম্বুং ) হায়না কৌয়ি, অদুনা গুরুনী হায়না ইকাই খুম্নৈ ; অদুবু শ্রীনিত্যানন্দদি শ্রীমন মহাপ্রভুবু মহামক্কী মপুনী ( প্রভুনী ) অদুগা মহাবুনা মহাক্কী মনাইনী হায়না খনৌজে । প্রেমভক্তিগী প্রভাব-না গুরুগী শীডদা চল্লবস্তু শ্রীমন্নিত্যানন্দদি মহাবু মহাপ্রভুগী দাস-নী ( নাই-নী ) হায়না খনৌজে ।

## মূল ২৯

চৈতন্য সেব চৈতন্য গাও লও চৈতন্যনাম ।
চৈতন্য যে ভক্তি করে সেই মোর প্রাণ ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্য—শ্রীচৈতন্যবু ; সেব—সেবা তৌ ; চৈতন্য—শ্রীচৈতন্যগী নাম-গুণ ; গাও—শকউ ; লও—লৌও ; চৈতন্যনাম—শ্রীচৈতন্যগী মিংলেন , চৈতন্য—শ্রীচৈতন্যবু ; যে—মহাক্না ; ভক্তি করে—ভক্তি তৌযি , সেই—মহাক্তো ; মোর—ঐগী , প্রাণ—থৱাইনি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীমন্-নিত্যানন্দনা হায় ) শ্রীচৈতন্যবু সেবা তৌ ; শ্রীচৈতন্যগী গুণ

শ্রীচৈতন্যগী নাম ( মিংলেন ) লৌও [illegible] । শ্রীচৈতন্যব ভক্তি তৌবা মছাক্তো ঐখী ( নিত্যানন্দগী ) থৱাইনী ।

## হৈনরোল

মছাবু শ্রীচৈতন্যগী মর্মাইমী হায়ৰা থন্দনা শ্রীনিত্যানন্দনা মবুংঙো শ্রীচৈতন্যবু ভজন তৌনবা মী পুম্বদা পাউতাক পীরম্মী । পয়ার অসি জীবগী মথমদা শ্রীনিত্যানন্দনা হায়বনী ।

শ্রীচৈতন্যবু ভক্তি তৌবা মীদো-মছাক্কী থৱাইনী হায়না শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রি । মসিনা ভাকপদি শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীগৌরাঙ্গবু মুংশি হায়বনী । শ্রীচৈতন্য-ভজন তৌ হায়বসিনা শ্রীমন্ নিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌদ্রবস্তু যারে হায়বা নত্তে : শ্রীগৌরাঙ্গগী পেন্নবনী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ-ভজনস্তু শ্রীগৌরাঙ্গভজনগী মনুঙ চল্লী । শ্রীনিত্যানন্দ মহামক কৃষ্ণ-প্রেমোন্মাদ ওইরিবনী । শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীগৌরাঙ্গগা অনীসি স্বরূপকী রা হায়বগদি অমতনী, করিমতা খেন্নদে ; কৃষ্ণবু মুংশিবগা (প্রেমগা) গৌরবু মুংশিবগস্তু স্বরূপকী হায়রগদি করিমতা খেন্নদে, গৌরপ্রেমদি কৃষ্ণপ্রেমগী থোইদোকপা মথন্নী ; নত্রগা কৃষ্ণপ্রেমসি গৌরপ্রেমগী খোইদোকপা বৈচিত্রী-নী । গৌরভজনগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণভজন তৌরগদি গৌর অমসুং কৃষ্ণ হায়বা স্বরূপ অনীগী সেব মক ফংবা য়ায় অমসুং স্বরূপ অনীমক্কী সেবা-মাধুর্যগী মহাও তংবা য়ায় ।

### মূল ৩০

এইমতে লোকে চৈতন্যভক্তি লওয়াইল ।
দীনহীননিন্দকাদি সভারে নিস্তারিল ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

এইমতে—মতৌ অসুম্না , লোকে—মীয়ামবু ; চৈতন্যভক্তি—শ্রীচৈতন্যগী মফমদা তৌবা ভক্তি ; লওয়াইল—লৌহন্থি ; দীন—লৈত-লায়রবা মত্রগা নাপন্-চাওবা জাত-লৈতবা মী ; হীন - অতোপ্পা, মীমচা ; সমাজদা-লেম্না লৈবা মীতা ; নিন্দক-আদি—থীনা ওাঙবা মীতানচিংবা, উলীংকন্দবা মী ; সভারে—পুম্ববু ; নিস্তারিল লৌখৎপীখি, উদ্ধার তৌবিখি ।

### মৈতৈলোনগী ৱাহন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মীরাবু চৈতন্যভক্তি লৌহন্থিব দীন-হীন অমদি নিন্দা-তৌবা মীতাশিং পুম্নমকপু লানবিখি।

### মূল ৩১-৩২

তবে প্রভু ব্রজে পাঠাইল রূপ-সনাতন।<br>
প্রভু-আজ্ঞায় দুই ভাই আইলা বৃন্দাবন ॥ ৩১ ॥<br>
ভক্তি প্রচারিয়া সর্ব্বতীর্থ প্রকাশিল।<br>
মদনগোপাল গোবিন্দের সেবা প্রচারিল ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

তবে— অদুদগী ; প্রভু— চৈতন্য মহাপ্রভু ; ব্রজে- ব্রজদা ; পাঠাইল —থাখি ; রূপ-সনাতন—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন-বু ; প্রভু-আজ্ঞায়— শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী য়াথংনা ; দুইভাই—মচিন্মনাওনা ; আইলা—লাকখি ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন-দা , ভক্তি — কৃষ্ণ ভক্তি ; প্রচারিয়া— শন্দোকুনা ; সর্ব্ব-তীর্থ— তীর্থ পুম্বা ; প্রকাশিল - ফোঙদোকখি ; মদনগোপাল-গোবিন্দের —শ্রীমদনগোপাল অমসুং শ্রী গোবিন্দগী ; সেবা—বিগ্রহ-সেবা ; প্রচারিল —শন্দোকখি।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীচৈতন্য প্রভুনা ব্রজদা শ্রীরূপ-সনাতনবু থাখি। প্রভুগী য়াথংনা মচিন্মনাও অনী বৃন্দাবন-দা লাকখি। মখোয়না কৃষ্ণভক্তি প্রচার তৌনা তৌনা লুপ্ত ওইরবা তীর্থ পুম্নমক উদ্ধার তৌখি অমসুং শ্রীমদনগোপালগা গোবিন্দগা অনীগী সেবা প্রচার তৌখি।

## নৈনরোল

শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা শ্রীশ্রীমদনগোপালগী সেবা অমগা শ্রীপাদরূপগোস্বামীনা শ্রীগোবিন্দজীবগী সেবাদু শ্রী বিগ্রহ থমদুনা প্রচার তৌরমী।

মূল [illegible] ৩৪

নানা শাস্ত্র আনি কৈল ভক্তিগ্রন্থসার ।
মূঢ়াধমজনেরে তেঁহো করিলা নিস্তার ॥ ৩৩ ॥
প্রভু-আজ্ঞায় কৈল সর্ব্বশাস্ত্রের বিচার ।
ব্রজের নিগূঢ় ভক্তি করিলা প্রচার ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

নানা—মখল মখাগী : শাস্ত্র—অরিবা শাস্ত্র ; আনি—পুবক্লুনা ; কৈল—তৌখি ( লেংখি ) ; ভক্তিগ্রন্থসার—ভক্তিগী মরমদা হৈরা লাইরীক-শিংগী মচং ; মূঢ়—অপঙবা, মূর্খ ; অধম—অতোনবা, মীমচা ( হীন অমসুং নীচ ) ; জনেরে—মীবু ; তেঁহো—মখোয়না ; করিলা—তৌখি ; নিস্তার—লানব্রিবা, উদ্ধার ; প্রভু-আজ্ঞায়—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী য়াথংনা ; কৈল—তৌখি ; সর্ব্বশাস্ত্রের—শাস্ত্র পুম্নমক্কী , বিচার—নৈনবা ; ব্রজের—ব্রজগী ; নিগূঢ়—অথুপ্পা, থুপ্পত্তাই ওইবা . ভক্তি—প্রেমভক্তি ; করিল—তৌখি ; প্রচার শন্দোকপা ।

মৌতবোম্বা হন্দোকপা

প্রাচীন শাস্ত্র মখল মখা যোমজনপা ভক্তিগ্রন্থশিংগী মচং ( সার ) ওইবা লাইরীক লেংখি । মতৌ অসুম্না মখোয় অনীনা মূর্খ অমসুং নৈথাঙবা মীতাশিংবু লানবিখি । শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী য়াথংনা শাস্ত্র পুম্নমক নৈনখি অমসুং বৃন্দাবন-থুম্না প্রেমভক্তিচু প্রচার তৌখি ।

নৈনরোল

নিগূঢ়ভক্তি— মমল-য়াম্বা মণি মাণিক্যবু মীওইবনা য়াম্না লোম্না লোৎতুনা থম্মে, মতৌ অদুগুম্না পূর্ণতম ভগবানগী পূর্ণতম মাধুর্য্যগী মহাও তংনবা প্রেমভক্তিসু শাস্ত্র মখল-মখলদা য়াম্না থুপ্না থাইনা উদবা মওংদা লোৎলম্মনী । শ্রীপাদরূপসনাতনদনা ইহান্ হাম্না মখোয়না লেংবা লাইরীক্তা ইফোং ফোংনা প্রেমভক্তিবু নৈনখি অদুগা অতুম তোঁতুনা প্রেমভক্তিগী নিগূঢ় তত্ত্ব খ্বার-পূম্নমকপু য়াওহনখি । মহাপ্রভু শ্রীচৈতন্য-প্রভুগী য়াথংদগীনী ।

## মূল অং—৩৬

হরিভক্তিবিলাস আর ভাগবতামৃত।
দশমটিপ্পনী আর দশমচরিত ॥ ৩৫ ॥
এই সব গ্রন্থ কৈল গোসাঞি সনাতন।
রূপ গোসাঞি কৈল যত কে করে গণন ॥ ৩৬ ॥

## শব্দার্থ

হরিভক্তিবিলাস—মসি বৈষ্ণবস্মৃতিগ্রন্থ অমনী ; আর—অমুগা ; ভাগবত-অমৃত—বৃহদ্ভাগবতামৃত কৌবা লাইরীক ; দশমটিপ্পনী—শ্রীমদ্ভাগবতকী তরাশুবা স্কন্ধগী টীকা ; আর—অমুগা ; দশমচরিত—শ্রীমদ্ভাগবত-কী তরাশুবা স্কন্ধগী রাস্নী লৌরগা ইবা লাইরীকী মমিং ; এই—অসি ; সব—পুম্নমক ; গ্রন্থ—লাইরীক ; কৈল—লেংখি ; গোসাঞি সনাতন—শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা ; রূপগোসাঞি -শ্রীপাদ রূপ গোস্বামীনা ; কৈল—ইখি ; যত—অমুক ; কে -কনানা ; করে—তৌনী ; গণন—মশীঙ থীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিভক্তিবিলাস, বৃহদ্ভাগবতামৃত, দশমটিপ্পনী অমুগা দশমচরিত হায়বা গ্রন্থ পুম্নমক অসি শ্রীসনাতন গোস্বামীনা লেংখিবনী। শ্রীরূপ গোস্বামীনা ইরম্বা লাইরীকশিংগী মশীঙদি কনানা থীবা ঙমগদগে ?

## তাৎপর্য

ভাগবতামৃত-সি বৃহদ্ভাগবতামৃতম্ হায়বা মিংথোলবনী। লাইরিকসিদা গোপ-কুমারগী উপাখ্যান লীরকপা মতাঙদা সাধন-পন্থা মখল-মখাগী পান্দমঙাই ওইবা ভগবৎস্বরূপকী তোঙান্-তোঙানবা শাস্ত্র-চিংবগী থোইদোক্-থোইদোকপা, শক্তমশিংগু বর্ণন। তৌরগা ব্রজধাম অমসুং ব্রজভাব অসিনা পুঙহেন হেন্না হায়বহু ফোঙদোকখি।

## মূল ৩৭

প্রধান প্রধান কিছু করিয়ে গণন।
লক্ষগ্রন্থ কৈল ব্রজবিলাসবর্ণন ॥ ৩৭ ॥

প্রধান প্রধান—মরু মরু ওইবা ; কিছু - খরদং ; করিয়ে—তৌগে ; গণন—মীওখাবা ; লক্ষগ্রন্থ—লাইরীক লাখ অমা ; কৈল—ইখি ; ব্রজ-বিলাস বর্ণন—শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলা লীবা ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মরু মরু ওইবা খরদং পনুগে । শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজদা শান্নখিবা লীলা বর্ণন তৌহনা শ্রীরূপ গোস্বামীনা লক্ষগ্রন্থ ( লক্ষ শ্লোক ) ইরম্মী ।

## নৈনরোল

লক্ষগ্রন্থ—লাইরীক লক্ষ অমা হায়বগী তাৎপর্য্যদি শ্রীরূপ গোস্বামীনা ইরম্বা লাইরীকশিংহু অনুষ্টুপ ছন্দগী অক্ষরগী মশীঙ থীবদা লোইনমক্না শ্লোক লক্ষ অমা ওই হায়বনী ।

## মূল ৩৮-৪১

রসামৃতসিন্ধু আর বিদগ্ধমাধব ।
উজ্জ্বলনীলমণি আর ললিতমাধব ॥ ৩৮ ॥
দানকেলিকৌমুদী আর বহু স্তবাবলী ।
অষ্টাদশলীলাচ্ছন্দ আর পদ্যাবলী ॥ ৩৯ ॥
গোবিন্দবিরুদাবলী তাহার লক্ষণ ।
মথুরা-মাহাত্ম্য, আর নাটক-বর্ণন ॥ ৪০ ॥
লঘুভাগবতামৃতাদি কে করু গণন ।
সর্ব্বত্র করিল ব্রজবিলাস-বর্ণন ॥ ৪১ ॥

## শব্দার্থ

আর—অমসুং , বহু—মায়া ; তাহার—মতুংগী ; লক্ষণ—লক্ষণ, মতৌ , নাটক-বর্ণন—নাটকচন্দ্রিকা কৌবা লাইরীক ; কে—কনানা ; করু—তৌগনী ; গণন—মীওথাবা ; সর্ব্বত্র—(লাইরীক ) পুম্নমক্তা ; করিল—তৌরি ; ব্রজবিলাস—ব্রজলীলা ; বর্ণন—লীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরূপগোস্বামীনা ইরম্বা লাইরীকশিংনি অমিংশি ) ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু, বিদগ্ধমাধব, উজ্জ্বলনীলমণি, ললিতমাধব, দানকেলি-কৌমুদী অমসুং স্তবাবলী মযাম, অষ্ট দশলীলাচ্ছন্দ, অমসুং পদ্যাবলী, গোবিন্দবিরুদাবলী অমসুং মতুগী লক্ষণ, মথুরা-মাহাত্ম্য অমসুং নাটক বর্ণন, লঘুভাগবতামৃত, কনানা মশীঙ থীরুবী। লাইরীক লোইনমক্তা ব্রজলীলা ভাক্তগী রানী।

মৈতৈলোন

রসামৃতসিন্ধু—ভক্তিরসামৃতসিন্ধু। বিদগ্ধমাধব—ব্রজলীলানা মরু-গুইবা নাটক অমন। উজ্জ্বলনীলমণি—ব্রজপ্রেমগী স্তব (মবোল) মথঙ মথঙগী রা নৈনবা লাইরীক্নী। দানকেলিকৌমুদী—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী দানলীলাগী মরমদা ইবা লাইরীক। স্তবাবলী—স্তবভান্ত্রগী লাইবাক্নী। অষ্টাদশলীলাচ্ছন্দ—লাইবীকসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা তরানিপাল ইরি। পদ্যাবলী—মসি সংগ্রহ ( খোমজনবা ) গ্রন্থনী, মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী অযাম্বা লীলাশ্যু য়াওরি অমসুং বিষয় অতৈশু য়াওরি। গোবিন্দবিরুদাবলী—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ বর্ণনা তৌবা কাব্যনী। তাহার লক্ষণ—বিরুদাবলীগী লক্ষণ। গুণগী অয়েৌবী ( উৎকর্ষ ) বর্ণনা তৌবা কাব্যবু বিরুদ কৌয়ি; মরমসিনা বিরুদ-সিংদু স্তোত্র মথল অমনী। মাগী বিশেষত্বদি অসিনী মতুদি—বিরুদদা শব্দাড়ম্বর (শব্দগী লৈতেং) হেন্না য়াওয়ি অমসুং শ্লোকশিংগী ছন্দগী মরমদসু নিয়ম খোইদোক-খোইদোকপা ফাকুদরী। বিরুদাবলীগী লক্ষণ কনিনো ফারুনবা লাইরীক অমসু শ্রীরূপ গোস্বামীনা লেংলম্মী। মথুরামাহাত্ম্য—মথুরাগী মাহাত্ম্য বর্ণনা তৌবা লাইরীক অমনী। নাটকবর্ণন—নাটক চন্দ্রিকা কৌবা লাইরীক। লঘুভাগবতামৃত—লাইরীকসিদা ভগবানগী তোঙান-তোঙানবা স্বরূপশিং অমসুং স্বরূপশিংগী ধাম ময়ামগী বর্ণন য়াওরি।

মূল ৪২

তাঁর ভ্রাতুষ্পুত্র নাম শ্রীজীবগোসাঞি।
যত ভক্তিগ্রন্থ কৈল তার অন্ত নাই॥ ৪২॥

শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীরূপগী ) ; ভ্রাতুষ্পুত্র—মচানুপা ; মচানুপা ;

নাম—মিংনা ; শ্রীজীব গোসাঞি—অনুপম-না পোকপা মচা ; বহু—অহুক ; ভক্তি-গ্রন্থ—ভক্তিগী লাইরীক ; কৈল—লেংলম্মী ; তার—মহুগী ; অন্ত—ওমথৈ ; নাই—লৈতে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শ্রীরূপ গোস্বামীগী ) মনাওমুপা ( অনুপম ) না পোকপা মচানুপা অমা লৈরম্মী, মমিংনা শ্রীজীব গোস্বামী কৌয়ি। মহাক্কা ইরম্বা ভক্তিগ্রন্থ-শিংনুগী মশীংগদি লোই-খম্বা নাইদে।

মূল ৪৩

শ্রীভাগবত-সন্দর্ভ নাম গ্রন্থ বিস্তার।
ভক্তি সিদ্ধান্তের তাতে দেখাইয়াছেন পার ॥ ৪৩ ॥

শব্দার্থ

শ্রী ভাগবত-সন্দর্ভ—শ্রীজীবনা ইবা লাইরীক অমগী মিংনী ; নাম—মিং ; গ্রন্থ—লাইরীক, বিস্তার—অচৌবা ; ভক্তিসিদ্ধান্তের—ভক্তি কবিনো হায়বা লেপ্পবগী ; তাতে—মহুদা ; দেখাইয়াছেন—উৎলী ; পার—ওমথৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভাগবতসন্দর্ভ কৌবা লাইরীক্তো অচৌবনী। মহুদা ভক্তিসিদ্ধান্তগী ওমথৈ উৎলী।

টৈকাটোন্না

শ্রীভাগবত-সন্দর্ভ—শ্রীজীবনা ইবা লাইরীক অমগী মমিংনী, মসি গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী দার্শনিক গ্রন্থ অমনী। লাইরীক অসি খণ্ড তরুক থোক্লা খায়রি, মখোদি—তত্ত্বসন্দর্ভ, পরমাত্মাসন্দর্ভ, ভগবৎসন্দর্ভ, শ্রীকৃষ্ণ-সন্দর্ভ, ভক্তিসন্দর্ভ অমসুং প্রীতিসন্দর্ভ ; মরমসিনা লাইরীক অসিবু ষট্‌স-ন্দর্ভপু কৌয়ি। লাইরীকসিদা মথল মথাগী ভগবৎস্বরূপকী তত্ত্ব নৈনরগা ব্রজনিংথৌগী মপারি শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী হায়বা, ব্রজধামসি পরমমহ-মীয়নী ( পুণথোক্‌-থোক্‌ইবগী ) হায়বা, ভক্তিনা অভিধেয়-নী ( উপায়নী ) হায়বা ; প্রেমভক্তিতনা তান্নগাই অথোয়বনী হায়বসি প্রমাণ তৌয়ি।

## মূল-৪৪

গোপালচম্পু নামে গ্রন্থ মহাশূর।
নিত্যলীলা স্থাপন যাহে ব্রজরসপূর ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

গোপালচম্পু—শ্রীজীবনা লেংবা লাইরীক অমগী মিং; নামে—কৌবা; গ্রন্থ—লাইরীক; মহাশূর—অচৌবা বীর (অথৌবা); নিত্যলীলা—অপ্রকট (ফেংঙদোক্তবা) ব্রজগী লীলা, স্থাপন—লৈ হায়বা; যাহে—মতুদা; ব্রজরসপূর—ব্রজরসনা থলবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপালচম্পু কৌবা লাইরীক্তি মহাবীরনী হায়বদি মহাবীর অমগুম্বনী। লাইরীক অতুদা নিত্যলীলা তৌখিবগী প্রমাণ তৌতুনা তাকয়ি; লাইরীক অতু ব্রজরসনা থল্লী।

## মৈনরোল

গোপালচম্পু—শ্রীজীবনা ইবা লাইরীক অসি খণ্ড অনী থোকয়ি, মতুদি—পূর্ব্বচম্পু অমসুং উত্তরচম্পু। লাইরীক অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী অপ্রকট (ফোংঙদোক্তবা) লীলা অতু বর্ণন তৌরি অমগা অপ্রকটব্রজদা (ভৌমব্রজ লন্তবদা) স্নিগ্ধকণ্ঠ অমসুং মধুকণ্ঠ কৌবা ডচেক অনীগী মচীন্দা প্রকটলীলাসু বর্ণন তৌয়ি।

মহাশূর—গোপালচম্পু হায়বা লাইরীকসি মওং মতৌদি য়াম্না নোয়-চাওয়ি অতুগা অপ্রকট লীলাগী মরমদা পুক্কোইহৌবা প্রমাণ-য়াওবা লাইরীক্কী হায়তুনা মসিবু গ্রন্থমহাশূর হায়বা মনী। য়েকবা পুম্ববু মায়থীবা শীরপা স্বপক্ষ অমসুং বিপক্ষ অনীমকী বীরশিংনা সম্মান তৌররদা মচামকী আনুঙমগী মিংচৎ অরম্ববতু ডাকপা ঙমী হায়তুনা অমুগুম্বা বীরবু মহাশূর (মহাবীর) কৌয়ি। গোপালচম্পুবু মহাশূর হায়বগী মরমদি মাগী সিদ্ধান্তনা বিরুদ্ধ-সিদ্ধান্ত পুম্ববু মপুং ফানা মায়থীবগী অমগা মাগী মত য়াবা-য়াদবা মীতা জাং অনীমক্কা মাবু অম্বা অমসুং সম্মান তৌরি হায়বগীদমক্কী।

নিত্যলীলা—অপ্রকট ওইরগী লীলানি। প্রকট (ফোংডবা) অমসুং অপ্রকট লীলা অনীমক নিত্যনী অদুবু প্রকট লীলাদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগা শম্মে। অদুগা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইদুনা মীওইবশিংনা উবা ফংই; তোঙান্-তোঙানবা মতমদা তোঙান তোঙানবা ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওই, কবিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অমদা মতম পূম্বদা প্রকট ওইদুনা লৈতে, অদুগা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী মতম অমতদা চপমান্না প্রকট ওইদে। অপ্রকট লীলাদি অনিত্য ওইবা খোংকা খক শায়দে। মরমসিনা কবি করিগুম্বা মতমদা অপ্রকট লীলাবু নিত্যলীলা (মতম পুম্নমক্কী ওইবা লীলা) হায়না কৌরিবা।

মূল ৪৫

এইমত নানা গ্রন্থ করিয়া প্রকাশ।

গোষ্ঠীসহিতে কৈল বৃন্দাবনে বাস ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মসৌ অসুম্না; নানা—মখল-মখাগী; গ্রন্থ—লাইরীক; করিয়া—তৌদুনা, প্রকাশ—ফোংদোকপা; গোষ্ঠীসহিতে—মংলানী পুম্নমক তিম্নদুনা; কৈল—তৌরম্মী; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন ধামদা; বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসৌ অসুম্না লাইরীক মখল-মখা ফোংদোকুনা শাগৈশ্নী মীশিংগা লোয়ন্না বৃন্দাবন ধামদা বাস তৌখি।

মূল ৪৬-৪৭

প্রথম বৎসরে অদ্বৈতাদি ভক্তগণ।

প্রভুরে দেখিতে কৈল নীলাদ্রিগমন ॥ ৪৬ ॥

রথযাত্রা দেখি তাহাঁ রহিলা চারিমাস।

প্রভুসঙ্গে নৃত্যগীত পরম উল্লাস ॥ ৪৭ ॥

শব্দার্থ

প্রথম—অহানবা; বৎসরে—চহীদা; অদ্বৈত-আদি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনচিংবা; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা; প্রভুরে—শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু; দেখিতে—দর্শন তৌবা; কৈল—তৌরখি; নীলাদ্রি—নীলাচল; গমন—চৎপা

রথযাত্রা—কাংচিংবা ; দেখি—য়েংলগা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; রহিলা—লৈখি ; চারি—মরি ; মাস—থাবুম ; প্রভুসঙ্গে—প্রভুগা লোইননা ; নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ ( তৌরি ) ; পরম—থমথেংবা ; উল্লাস—হরাওবা ( য়াওনা ) ।

**মৈতৈলোনদা ব্যাখ্যা**

অহান্‌বা চহীদা অদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিংনা প্রভুবু দর্শন তৌননবা নীলাচলদা চংখি। রথযাত্রা দর্শন তৌদুনা মফমদুদা থাবুম্ মরি চুম্না লৈখি। লৈরিঙৈ মনুঙদা প্রভুগা লোয়ননা জগোই-ঈশৈ য়াম্না হরাওনা তৌরি।

## নৈনরোল

১৪৩১ শকগী মাঘী সংক্রান্তিদা সন্ন্যাস লৌরগা ফাল্গুন থাদা শ্রীমন-মহাপ্রভুনা নীলাচলদা লেঙলম্বনী ; মদুগী মতুঙ বৈশাখ থাদুম ন্তুদা লেঙলগা প্রভুনা দাক্ষিণাত্যদগী হল্লকপদা চহী অনীগী মতম চঙখি। প্রভুনা নীলাচলদা লেঙলক্লে হায়বা পাও ফংদুনা রথযাত্রাগী উপলক্ষ্যদা গৌড়দেশবাসী ভক্তশিংনা প্রভুবু দর্শন তৌগে হায়দুনা নীলাচলদা লাকখি।

**প্রথম বৎসরে**—প্রভুবু দর্শন তৌনবগীদমক গৌড়দেশবাসী ভক্তশিংনা ইহান্-হান্‌বা নীলাচলদা চংখিবা চহীদুদা। দাক্ষিণাত্যদগী প্রভুনা নীলাচলদা হল্লকপগী অহান্‌বা চহীদা, অদুনদি ১৪৩৪ শকগী রথযাত্রা থোকখিবদুদা। অদুনা অসিদা হায়বিবা প্রথম বৎসর অসি প্রভুগী সন্ন্যাসগী প্রথম বৎসর নত্তে, মরমদি, সন্ন্যাসগী প্রথম বৎসরদুগী রথযাত্রাগী মতমদদি প্রভু নীলাচলদা লৈরমদে, চহীদুগী বৈশাখ থাদুম ন্তুদা প্রভুদি দক্ষিণ-লোমদা লেঙখি।

**চারিমাস**—রথযাত্রাগী মতুংদা থা মরি হায়বদি হরি-উত্থানগী ( লাই লেঙখৎপগী ) একাদশী তিথি ফাওবা চাতুর্মাস্যব্রতগী মতম।

## মূল ৪৮-৪৯

বিদায়-সময়ে প্রভু কহিল সবারে।
প্রত্যব্দ আসিবে সভে গুণ্ডিচা দেখিবারে॥ ৪৮॥
প্রভুর আজ্ঞায় ভক্তগণ প্রত্যব্দ আসিয়া।
গুণ্ডিচা দেখিয়া যান প্রভুরে মিলিয়া॥ ৪৯॥

## শব্দার্থ

বিদায়-সময়ে—খায়নরুমদাই মতমদা ; প্রভু—শ্রীচৈতন্যনা ; কহিলা—হায়খি ; সবারে—পুম্নমক্তা ; প্রত্যব্দ—চহী খুদিং ; আসিবে—লাকউ ; সঙ্গে—লোইনমক ; গুণ্ডিচা—গুণ্ডিচা মন্দির ; দেখিবারে—দর্শন তৌননবা ; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী ; আজ্ঞা—য়াথংনা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; প্রত্যব্দ—চহী খুদিং ; আসিয়া—লাকুনা ; গুণ্ডিচা—গুণ্ডিচা মন্দির ; দেখিয়া—দর্শন তৌদুনা ; যান—চংলী, হল্লী ; প্রভুরে—প্রভুগা ; মিলিয়া—উনরগা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা বিদায় লৌরমদাইদা মহাপ্রভুনা ময়াম পুম্নদা হায়খি—চহী খুদিং ময়াম পুম্না গুণ্ডিচা দর্শন তৌনবা লাকউ । প্রভুগী য়াথংনা ভক্তশিংছু চহী খুদিং লাকুনা গুণ্ডিচা দর্শন তৌবগা প্রভুগা উনরগা ( গৌড়দেশদা ) হল্লী ।

### নৈনরোল

গুণ্ডিচা—রথযাত্রাদা শ্রীজগন্নাথ, বলদেব অমসুং সুভদ্রানা-রথদা তোংলগা অশ্বমেধ-বেদীদা লেঙদুনা চয়োল অমা লৈ । চযোন্‌সিমা লৈরবা মফমদু গুণ্ডিচা-মন্দির কৌরি । মন্দিরসিদা চংলবা যাত্রাদুবু গুণ্ডিচা-যাত্রা কৌরি । মহাপ্রভুনা চহী খুদিংগী রথযাত্রাগী মমাঙদা গুণ্ডিচা-মন্দির মার্জনা ( অয়োং-অকায় লেংদোকপা ) তৌরি । ইন্দ্রদ্যুম্ন-নিংথৌগী মহিষীনা মিং হগুণ্ডিচাদু লৌদুনা গুণ্ডিচা-যাত্রা থোন্‌খিবনী হায়নৈ ।

### মূল ৫০

বিংশতি বৎসর ঐছে করে গতাগতি ।
অন্যোন্যে দোঁহার দোঁহা বিনা নাহি স্থিতি ।। ৫০ ।।

## শব্দার্থ

বিংশতি—কুন্ ; বৎসর—চহী ; ঐছে—মতৌ অসুম্না ; করে—তৌরি ; গতাগতি—চংথোক-চংশীন্ ; অন্যোন্যে—অমগা অমগা ; দোঁহার—ভনীগী হায়বদি মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা ; দোঁহা—অনী ; বিনা—নত্তনা ; নাহি—নত্তে ; স্থিতি—লৈবা ।

মৈতৈলোনগী হন্দোকপা

চহী কুন মতেৌ অর্থনা ভক্তশিংনা চংথোকচনবীন্ তৌরি। মহাপ্রভুগা ভক্তশিংগা অনীসে মখোয় মশেল মতুনা লৈবা ওয়াখল।

ঐখদোক্লাল

মাহি স্ফূর্তি—লৈবা য়ারমদে। প্রভুবু থাদোক্তুনা ভক্তশিংনা লৈবা ঙমদে অহুগা অমূক ভক্তশিংবু থাদোক্তুনা প্রভুসু লৈবা ঙমদে। মরমহুনা প্রভুনা নীলাচলদা হেক লৈবগা ভক্তশিংসু লাক্তুনা রথযাত্রা উপলক্ষ্যদা প্রভুগা তিন্নরৈ।

নত্রগা, লৌকিক ওইবা মীৎয়েংদদি হৌজ কুমকুথক্না গৌড়ীয় ভক্ত-শিংনা প্রভুগা উনরৈ, তশেংবা হায়বগদি মখোয় প্রভুগা মতম পূম্বদা লোয়নবনী (অপ্রকট লীলাদা; মবমদি মখোয় প্রভুগী নিত্যপার্ষদনী। মরমসিনা মখোয়বু থাদোক্তুনা প্রভুনা লৈবা ঙম্নমদে অহুগা প্রভুবু থাদোক্তুনা মখোয়সু লৈবা ঙম্নমদে)।

নত্রগা, প্রভুদি ভক্তদা থরাই লূপ্পনী হায়রুনা অহুগা ভক্তশিংসু প্রভুদা থরাই লূপ্পনী হায়রুনা মপান্থোক্লদা মখোয় মশেল লাপ্পা লৈমরবসু অন্তরদদি মখোয় পুল্লপ লৈমিন্নে, ভক্তশিংসু থপ্পী মখোয় প্রভুগা লৈমিন্নে অহুগা ওয়ুনসু থপ্পী মহাক ভক্তশিংগা লোযমিন্নে। মরমহুনা হায়রিবনী—অন্যোন্যে দোহার-নচিংবা।

পয়ার ৪৬-৫০ ফাওবসিদা হায়রিবা রাগী তাৎপর্য্যদি অসিনী, মহুদি—অবোইবা চহী তরানিপালগী মনুঙদা অহানবা চহী তরুকী চহী থুদিংদসু গৌড়ীয় ভক্তশিংনা নীলাচলদা লাক্লগা প্রভুগা উনরৈ হায়বসিনী।

মূল ৫১-৫২

শেষ আর যেই রহে দ্বাদশ বৎসর।
কৃষ্ণের বিরহলীলা প্রভুর অন্তর ॥ ৫১ ॥
নিরন্তর রাত্রি-দিন বিরহ-উন্মাদে।
হাসে কান্দে নাচে গায় পরম বিষাদে ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

শেষ—অরোইবগী; আর—অহুগা; যে—মহু; রহে—লৈরৌরি; দ্বাদশ—তরানীথোই; বৎসর—চহী; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী; বিরহ-লীলা—কায়নবগী লীলা; প্রভুর—প্রভুগী; অন্তর—পুকু; নিরন্তর—তত্তনা; রাত্রি-দিন—অহিং-নুংথিল; বিরহ—কায়নবগী; উন্মাদে—ভাওবনা; হাসে—নোকয়ি; কান্দে—কপ্পী; নাচে—জগোই শাক্লি; গায়—ঈশৈ শকয়ি; পরম—অয়ৌবী; বিষাদে—ৱারনা।

#### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

অহুগা অরোইবা চহী তরানীপাল চুপ্পদু কৃষ্ণগা কাবনবগী মৈচাক্পা প্রভুগী মনুঙ চাকলগী লীলাসী মতৌরী। অতৈ-অথম নাইদবিমথে অহিং-নুংথিল অমীদা কৃষ্ণ কায়নবগী ভাওবনা নোক্সু নোকয়ি, কপ্সু মতৌয়ি, জগোইসু মশাদোকয়ি, ঈশৈসু মশকয়ি,—অসি পুম্নমক কৃষ্ণ কায়নবগী য়ৌনা ৱাথদগীনি।

## নৈনরোল

প্রভুনা থুপুকদবগী মমাঙ চহী তরানীপালগী মনুঙদা ২৩-৫০ পয়ারদা অহনবা চহী তরাকী রা হায়বগা অরোইবা চহী তরানীথোইগী রা অমুক হায়থরি। চহী তরানীথোইসি প্রভুনা কৃষ্ণবিরহগী (কায়নবগী) ক্ষূর্তিদা মতম লেপ্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈখিবা মতমদা মাগী কায়নবদগী শ্রীরাধাগী ওইখিবা ফীভমদুদা চঙহনা প্রভুনা দিবানিশি কৃষ্ণ-কায়নবগী ভাব অহনা কনশক্লম্মা মতমদা ভাওবহনা কবিগুম্বা মতমদা নোক্লম্মী, কবিগুম্বদসু কপ্লম্মী, কবিগুম্বদসু জগোই শারম্মী, অমুক কবিগুম্বদা ঈশৈসু শকয়ি। মসি পুম্নমক দিব্যোন্মাদগী লক্ষণ ওয়ি।

## মূল ৫৩

যে কালে করেন জগন্নাথ-দরশন।
মনে ভাবে কুরুক্ষেত্রে পাঞাছি মিলন ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

যে কালে—মতম অহুদা; করেন—তৌয়ি; জগন্নাথ-দরশন—শ্রীজগন্নাথবু দর্শন; মনে—পুক্কীডদা; ভাবে—খল্লী; কুরুক্ষেত্রে—কুরুক্ষেত্রদা; পাঞাছি—ফংলে; মিলন—উনবা।

মৈতৈলোনগী হন্দোককপা

শ্রীমন্দিরদা লেঙলগা জগন্নাথ দর্শন তৌবা মতমদা প্রভুনা পুরীগীদা থরস্থদি কুরুক্ষেত্রদা কৃষ্ণ দর্শন ফংলেনা হায়রসিনী।

## নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতকী তরাঙ্ডবা স্কন্ধগী ৮২—শুবা অধ্যায়দগী খঙবা ঙম্মা মতুদি মতম অমদা সর্বগ্রাস (পুণ্ডউম্-উম্বা) সূর্য্য—গ্রহণগী উপলক্ষ্যদা ভারতবর্ষগী নিংথৌ ময়াম অমসুং মীচম কয়া স্নামন্তুদদা স্নান-তর্পণচিংবা তৌনবগী তিল্লম্মী। দ্বারকাদগী শ্রীকৃষ্ণ পরিবারগা লোয়ননা অমগা ব্রজদগী নন্দ যশোদানচিংবা অমসুং শ্রীরাধানচিংবী কৃষ্ণগী প্রেয়সীশিংসু উপলক্ষ্যতগী-দমক্তা, কুরুক্ষেত্রদা তিল্লম্মী। মতৌ অসুম্বা, ব্রজ থাদোকুনা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙলবা মতুংদা কুরুক্ষেত্র অসিমক্তদা ইকান হাম্না শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধিকাখোয়গা উনখি। মফমতুদা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা শ্রীরাধাগী মন-দা ওইখিবা ভাব অমুমক অরোইবা চহী তরানীথোইদু জগন্নাথগী মন্দিরদা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন ফংবদসু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী মন-দা পোকুখি; মহাপ্রভুনা মতম পুম্বদা শ্রীরাধাগী ভাব অতুদা চঙতুনা লৈখি, মচাবু শ্রীরাধানী হায়না খনখি। মহাক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনী অমগা মহাক নীলাচলদা লৈরিবনী হায়বা রাখলসি লৈরমদে; মরমতুনা শ্রীমন্দিরদা লেঙলগা জগন্নাথ দর্শন তৌবদসু জগন্নাথবু জগন্নাথনী হায়না মহাক্না খনখিদে। মপুক্তা মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু খন্দুনা লৈবনা শ্রীজগন্নাথবুসু ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণনী হায়দুনদা খল্লম্মী। অদুবু শ্রীজগন্নাথগী পোষাকতু ব্রজনিংথৌ মপারিগী পোষাকা মান্নরমদে হায়দুনা উরিবা পোষাক মতাদুদা ঐশ্বর্য্যগী ভাব থরদং য়াওরি হায়দুনা মহাক্না খল্লম্মী মতুদি—মথুরাগী পোষাক থোন্দুনা মথুরাদগী লেঙলকপা কৃষ্ণবু মহাক্না দর্শন তৌজরি হায়রসিনী। অদুবু অসিগুম্বা দর্শনদু অমুকথক্তং কুরুক্ষেত্রদা ফংখি হায়দুনা শ্রীরাধাগী ভাব-তা মহাপ্রভুনা থরস্থদি কুরুক্ষেত্রদা মহাক শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌরি হায়রসিনী।

## মূল ৫৪

রথযাত্রায় আগে যবে করেন নর্ত্তন।
তাঁহা এই পদমাত্র করয়ে গায়ন॥ ৫৪॥

## শব্দার্থ

রথযাত্রায়—শ্রীজগন্নাথগী রথযাত্রাগী ( কাংতোংবা ) মতমদা ; আগে —( কাংগী ) মাঙদা ; যবে—মতমত্তুদা ; করেন—শাই ; নর্ত্তন—জগোই ; তাঁহা—মফমত্তুদা, রথগী মমাঙদা ; এই—অসী ; পদ-মাত্র—পদ-দমক ; করয়ে—তৌরি ; গায়ন—শকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথগী রথযাত্রাগী মতমদা রথগী মাঙদা জগোই শাবা মতমদা মযম অত্তুমক্তুদা পদ অসিমতমক শক্লম্মী ।

## ঔন্নবোল

শ্রীমন্দিরদা-ক্তাক নংলমদে, রথযাত্রাগী মতমদস্তু শ্রীজগন্নাথনা রথদা তোংবা মতমদা, রথগী মাঙদা লৈরগা রথদা লৈবা জগন্নাথবু উরগস্তু রাধা-ভাব-তা চঙলবা প্রভুনা কুরুক্ষেত্রদা মহাক শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবি হায়না খল্লম্মী । কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণগা উনবদা মাথুর বিরহনা চাক্লম্বী শ্রীরাধাগী পুরীঙদা লোকখিবা ভাব অত্তুদা মহাপ্রভু চঙলগা রথ মমাঙদা জগোই শান্না-শান্না—"সেই পরাণনাথ পাইনু । যাহা লাগি মদন-দহনে ঝুরি গেনু ।।"—পদ অসি কীর্ত্তন তৌরম্মী ।

## মূল ৫৫

সেই ত পরাণনাথ পাইনু ।

যাহা লাগি মদনদহনে ঝুরি গেনু ।। ৫৫ ।।

## শব্দার্থ

সেই ত—অত্তুমক ; পরাণনাথ—থরাইগী মপু, প্রাণনাথ (শ্রীকৃষ্ণ) ; পাইনু—ফংজরে ; যাহা লাগি—মাগীদমক নত্রগা মাগা কায়নবগীদমক ; মদন—কাম ; দহনে—মৈচাক্লা ; ঝুরি গেনু—চাক্লুরে, কপ্লুরে ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগীদমক কামগী মৈচাক্লা চাক্লুরবা ( কপ্লুববা ) ঐহাক্লা প্রাণনাথ ( থরাইগীমবুংঙো ) অত্তুবু ফংজরে ।

## ঔন্নবোল

মদনদহন হায়বদি কামগী মৈ হায়রবসিগী অর্থদি মফমসিদা প্রাকৃত

( কুমারী ওইবা মতাঙবু হায়বদি যৌবন—মথোক্কাবা—হায়বদু য়োরক্লিঙৈ মমাঙগী মতাঙবু ) হুরানুবিগুবা (মাঙহন,বিরবা) মহাক অদু ঐগীদি হৌজিক বর-নী ( ইপুরোইবনী ) হায়বদি মহাক্কা লুহোংহুনা ঐবু মাগী হুপী ওইনা লৌবিরে। ( ঐগা মহাক্কা অহান্‌বা উনবদা ওইখিবা ) চৈত্রমাস অহিংদো লাক্লে ; ( অহানবা উনবা মতমদা তৌবগুম্না হৌজিকসু ) শাংকায়রবা মালতী লৈরাংগী মুংশিবা লৈশম অদু পুরহুনা কদম্ব-বনলী মনুঙদা তপ্না তপ্না মুংশীং শীংলরি। ঐহাক অহুসু মরৈজরি ; অহুবু অদুম ওইনমক রেবা তুরেন্‌গী তোর্ব্বান্দা হৌরিবা লী-পাম্বীশিংগী মখোঙদা নুংশিনবনা মরম ওইবা সম্ভোগ লীলাদো শান্নবীঙবগীদমক ঐহাক খোয়রাঙলে।

## নৈনরোল

নায়িকা অমনা লুহোংব্রিবী কুমারী ওইরিঙৈদা নায়ক অমনা মহাক্কী শকুনা শুমহংলহুনা রেবা তুরেল তোর্ব্বান্দা মখোয় অনী উনখিরম্মী। মখোয়নীনা উনবা মতমদা নিংথম্বসু তৌবমদ্রে অদুগা ওলাঙবসু তৌবমদ্রি —লমদাগী য়োনা-মুংঙাইরবা বসন্তগী অহীংনী। মখোযনীগী উনফমদগী ইনক-নরা কদম্ব-বন লৈরম্মী, মহুগী মনাক্তা লৈবা উপবন অদুদা মালতী লৈরাং শাংকুনা মশম য়েরম্মী। অশাংপা মালতীগী মশম পুহুনা যৌনা মুংঙাইরবা লিরি-শীংপা মুংশীংনা কদম্ব-বন ফাওজরকুনা শীংলরগা নায়ক-নায়িকা অনীদো উনখিবনী। অসিগুম্বা ফীভমদা শুমহংলবা নায়ক্কা লৌশিং জাং জাং তৌহুনা শুমহংলবী নায়িকাগী মপুক্কীঙদা সম্ভোগ ফংনীঙবা পোকৃহল্লগা নায়িকাগী পূৰ্কীঙ হুখি। [ কুমারী ওইবিঙৈ মতাঙদা থম্মোইদা সম্ভোগ ফংনীঙবহুনা মাগী কৌমার্য্য ( কুমারী ওইবগী মতাঙহু ) মাঙখ্রে ]। কৌমুংদা নায়ক অদুগা লোয়ননা নায়িকাদু লুহোংখি। লুহোংবগী মতুঙদা রেবা তোর্ব্বান্দা লী-পাম্বী মখোঙদা অহানবা উনবা মতমগুম্না লমদা থাগী বসন্ত অহিংনা চঞ্চলরুবদা অদুগা মতৌ অদুগুম্না শাংলবা মালতী কোবী লৈরাঙগী লৈশম-পুবা লিরি-শীংপা নামিরবা মুংশীংনগা শীংকংলকপদা নায়িকাদুগী থম্মোয়মুংদা মখোয়গী অহানবা উনবগী রাতু নীঙশীঙলকপদা রেবা-তোর্ব্বান্দগী লী-পাম্বী মখোঙদা মাগী থরাইগা মবুংভোগা অমুক হন্না উননীঙহুনা খোয়বাঙখি। মরমহুদা নায়িকাহুনা মাগী চাম্নবী সখী অমদা হায়খিবা রাদো নৈনরিবা শ্লোকসিদা য়াওরি।

"কৌমার" রঃ—কৌমারগী ( কুমারী ওইবগী. যুবতী ওইদ্রিঙৈগী মমাঙগী কীজানগীহর ( হুরানবা মী ), কুমারিকা-অবস্থাবু হাঙকনবা মী ;

কুমারিকা অবস্থায় সম্ভোগ তৌনীঙবদি হৌনশা নত্তে; হুপীমচানা সম্ভোগ তৌনীঙলবদি মতমতুমক্তদা মাগী কুমারী ওইবগী অবস্থাদু লৈত্রে (হায়বদি য়াওখরে) হায়না লোগদবনী—হায়বদি যৌবন চঙবা হৌরবনী। মফমসিদদি মথল মখাগী হাব-ভাব (মীৎতা-নাতা) নত্রগা হৈশিংবা রাহৈ-রাত্রানা কুমারী (লুহোংদ্রিবী) নায়িকা অমগী চিত্তদা সম্ভোগ তৌনীঙহল্লীবা অদুগুম্বা নায়কপু 'কৌমারহর' কৌবিবনী। সম্ভোগ তৌদনা কনাগুম্বী নায়িকাগী কৌমার্য্য (কুমারী ওইবদু) মাঙহন্লা নায়কপুম্বু কৌমারহর কৌবা যাই। অদুবু শ্লোক অসিদদি অর্থদু পুহন্নবা হায়বা নত্তে, মবমদি লুহোংদ্রবৈ মমাঙদা নায়ক নায়িকাসী সম্ভোগ ওইববদি মদু উপনায়ক (মকম্বী) অমদা থরাই লুপ্পা কৌবা দোষ অদু লৈবনা মদুবু হৌনখঙবগী থবক কৌবা বাদে।

চৈত্রক্ষপাঃ— চৈত্র (লমদা) থাগী ক্ষপাঃ (অহিং পুম্নমক), মমতদা নীংথম্বসু তৌদে কাক্তেনগী মৈশাসু লৈতে, মতৌ অম্মা যায়া। মু ঙাইবা বসন্তগী মুংদাংনী।

সা চৈবাস্মি—ঐহাক অদুমু লে। নায়িকানা হায়বম্বী—"মসি, বসন্তগী মুংদাংদুসু যৌরক্লে, কদম্বগী বনদুসু ইলাপ লাপুবমখৈ লে, কদম্ব-বনগী মনুঙদা মালতী লৈবাগী মুংশিবা লৈণম পুবদুনা নামিববা মুংশিংনা শিবি শিবি হুমদুনা ঐখোয়গী হকচাঙদসু যৈরবি। ঐগী নাগর অদুসু—হায়বদি মালতীগী লৈণম পুবা নামিবা মুংশিংনা শীংলবা বেবাগী তোর্ব্বান্দা ঐগী পূর্ব্বোক্ত হুখিবা মহাক অদুসু—হৌক্তিকমক ইন ক্তা ঙাম্বো-ইবি; ঐ হায়বদুসু লৈজবি, লুহোংলবনীনা ঐখোয়নী উনবদা তৌডিক্তি নিম্নি অমতসু লৈত্রবনী, অদুবুনে মখি, অদুম ওইনমক য়ুম অসিদা মিলন ওইবদা ঐগী চিত্তশিনা পেন্‌বা ঙমদে, ঐগী চিত্তসে বেবা তোর্ব্বানগী লী-পাম্বী মখোঙদুগী মায়কৈ তম্মা চেন্‌থরে।

সমুৎকণ্ঠতে—চপমুনা খে যবাঙলে। "বেবা তুবেনগী তোর্ব্বান্দা চংলগা মকমদুগী লী-পাম্বী মখোঙদা ঐখোয় অনীমক উনদুনা শায়বদু যায়া পামজেনে—মতম্বীদমক ঐহাক কম্মা উৎকণ্ঠা তৌখ্রিনে।" মসিগী রাধি অসিনা মহাক্কি—মতমসু মীম্ব লৈববমক্তদা হায়গী মফম অদুদি নত্তবনা মিলনগীদমক কংগদবা তৃপ্তি (পেন্‌বা) ফংবা য়াদ্রে। রথগী মাঙদা জগোই শাবা মতমদা মহাপ্রভুনা শ্লোক সি থীদম্বা মতমদুদা মহাক্তি রাধাভাব-না ভাবিত ওইদুনা মচাবু রাধানী হায়না থনজরম্বী অদুগা জগন্নাথবুদা

শ্রীকৃষ্ণনী হায়না খল্লমী, অমস্থং কুরুক্ষেত্রদা মখোয় অনী উনরিবনী হায়না খল্লমী। অছবু বৃন্দাবন্দা নিভৃতনিকুঞ্জবন মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণগা উনবদা শ্রীরাধানা নুংঙাইখিবছু কুরুক্ষেত্রদদি ফংদরে; মরমছুনা আক্ষেপ তৌদুনা প্রিয়সখীগী মফমদা হায়রি, "হে সখি, ঐ হায়বছুসু লৈরে, কৃষ্ণ অছুসু লৈরে, ঐখোয় অনীগী মিলন হায়বছুসু ওইরে, বৃন্দাবনগী নিভৃত নিকুঞ্জবন মনুঙদা উনরগা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা বিহার তৌনীঙবনা খোয়রাঙলে। মফমছুদা নুংঙাইখিবা মনুঙঙাই অছু কুরুক্ষেত্রগী মিলন অসিদা য়ৌ হায়বা য়াদরেনে। মতৌ অসুম্না খল্লগা রাধা—ভাব—না ভাবিত ওইরবা মহাপ্রভুনা শ্লোক অছু হীখিবনী।

## মূল ৫৯-৬২

এই শ্লোকের অর্থ জানে একলে স্বরূপ।
দৈবে সে-বৎসর তাঁহা গিয়াছেন রূপ॥ ৫৯॥
প্রভুমুখে শ্লোক শুনি শ্রীরূপ গোসাঞি।
সেই শ্লোকের অর্থ-শ্লোক করিল তথাই॥ ৬০॥
শ্লোক-করি এক তালপত্রেতে লিখিয়া।
আপন বাসার চালে রাখিল গুঁজিয়া॥ ৬১॥
শ্লোক রাখি গেলা সমুদ্র স্নান করিতে।
হেন কালে আইল প্রভু তাঁহারে মিলিতে॥ ৬২॥

## শব্দার্থ

এই—অসি; শ্লোকের—শ্লোকগী; অর্থ—অর্থ; জানে—খঙঙী; একলে—মথন্তমক; স্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদর গোস্বামী; দৈবে—লাই নান্দমদনী; সে বৎসর—কুম অদুমা; তাঁহা—মফমদুদা; গিয়াছেন—লঙলুই; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী; প্রভুমুখে—মহাপ্রভুগী চীন্দা; শ্লোক—শ্লোক; শুনি—নাকোঙনা তাবদুনা; শ্রীরূপ গোস্বামী—শ্রীরূপ গোস্বামীনা; সেই শ্লোকের—শ্লোক অদুমক্কী; অর্থ-শ্লোক—অর্থ-ঙাকপা শ্লোক; করিল—লেংখি; তথায়—মফমদুমত্তদা; শ্লোক করি—শ্লোক লংলগা; এক—অমা; তালপত্রেতে—কোমা মনাদা; লিখিয়া—ঈদুনা; আপন—মশামক্কী; বাসার—য়ুমগী; চালে—ছাইদা;

রাখিল—থমখি ; গুঁজিয়া—খিংজেন্দুনা ; শ্লোক থাখি—শ্লোক থম্জরগা ; গেলা—চৎখি ; সমুদ্র স্নান—সমুদ্রদা ইরুজবা ; করিতে—তৌনা ; হেন-কালে—মতম অদুবাইদা ; আইল—লাকখি ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁহারে—মাবু ; মিলিতে—উনগে হায়দুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'কৌমারহরঃ' হায়বা শ্লোকসিগী অর্থদি শ্রীস্বরূপদামোদর মথন্তমক খঙবনী । লাইনোংদমদগী কুম অদুদা শ্রীরূপ গোস্বামী মফমদুদা (নীলাচলদা) লেংখি । প্রভুগী মুখদা শ্লোক অদু নাকোঙনা তারগা শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্লোক অদুগী অর্থ-তাকপা শ্লোক অমা মফমদুমক্তদা লেংখি । অর্থ-শ্লোক অদু কোনা মনা অমদা ইশল্লগা মচামকী যুমথক্তা থেংচল্লগা থমখি । অর্থ-শ্লোক অদু থম্লগা সমুদ্র-স্নান তৌনবা চৎখি । মতমদুমক্তদা মহাপ্রভুস্থ মহাক্তা উনগে হায়না লেঙলকখি ।

## মূল ৬৩

হরিদাস ঠাকুর আর রূপ সনাতন ।
জগন্নাথ মন্দিরে নাহি যায় তিনজন ।। ৬৩ ।।

## শব্দার্থ

হরিদাস ঠাকুর—শ্রীহরিদাস ঠাকুর ; আর—অদুগা ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী ; জগন্নাথ মন্দিরে—শ্রীজগন্নাথ-দেবগী মন্দিরদা ; নাহি যায়—লেঙদে ; তিনজন—মখোয় অহুমদো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিদাস ঠাকুর, শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামী—মখোয় অহুমসি শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা চৎতে ।

## টৈনরোল

দৈন্যভাব চেন্বা মরম্না শ্রীহরিদাস, শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন—মখোয় অহুমসি মছা-মছাবু শোক্র-পম্ন-য়াদবা (অস্পৃশ্য) মীতানী হায়না খনৃজে । জগন্নাথগী মন্দিরদা নক্লগা মন্দিরগী মনাক্তা চঙলুরবা তুংদা জগন্নাথগী সেবকশিংনা মখোযগা শোক্র-শম্নদুনা মাংলবদি ( অপবিত্র ওইরবদি ) হায়না

কিবগী মখোয়না মন্দিরদা মন্ত্রগা মন্দিরগী অনাক্তা থক চকে। মহাপ্রভুগী লৈকমদি মন্দিরগী মনাক্তুনী, অদুবু মখোয়না প্রভুগী সংগ্রাইদা চৎনবস্তু প্রভুবু দর্শন তৌগে। মখোয়দি অস্পৃশ্যনী, জগন্নাথগী মনাক্তগী সেবক অমনা মখোয়দা শোক্লবদি নত্রগা মন্দিরদা চঙজনা মন্দিরবু মাংহোক্লবদি মখোয়গী অপরাধ ওইগনী হায়না মখোয়না খল্লম্মী।

## মূল ৬৪

মহাপ্রভু জগন্নাথের উপলভোগ দেখিয়া।
নিজগৃহে যান এই তিনেরে মিলিয়া॥ ৬৪॥

## শব্দার্থ

মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা, জগন্নাথের—শ্রীজগন্নাথদেবগী; উপলভোগ—অয়ুক-অঙনবদা কৎপা ভোগ, দেখিয়া—দর্শন তৌবগা, নিজগৃহে—শন্নাই য়ুমদা; যান—চৎলী; এই তিনেরে—অহুমসিবু, মিলিয়া—উনবগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা জগন্নাথগী অয়ুক কৎপা উপলভোগ অদু দর্শন তৌবগা অহুদগী অহুম অসি ( হরিদাস, রূপ অমসুং সনাতন ) উনবগা য়ুমদা হল্লী।

## মূল ৬৫

এই তিন মধ্যে যবে থাকে যেইজন।
তারে আসি আপনে মিলে—প্রভুর নিয়ম॥ ৬৫॥

## শব্দার্থ

এইতিন—অহুম অসিগী, মধ্যে—মনুঙদা, যবে—মতম্মদা, থাকে—লৈ; যেই—মহাক; জন—মী; তারে—মাবু, আসি—লাক্লগা; আপনে—মশামক্তা; মিলে—উনৈ; প্রভুর—প্রভুগী; নিয়ম—নিয়ম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুমসিগী মনুঙদা লৈরবা মীহুৎ প্রভুনা লেংলগা উনবা হায়বসিমা মাগী নিয়মনী।

## মূল ৬৬

দৈবে আসি প্রভু যবে ঊর্দ্ধেতে চাহিলা।
চালে গোঁজা তালপত্রে সেই শ্লোক পাইলা ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

দৈবে—লাইগী নোংদম্না; আসি—লেঙলক্লুনা; প্রভু—মহাপ্রভুনা; যবে—মতমহুদা; ঊর্দ্ধেতে—মথক্তা; চাহিলা য়েংথোকখি; চালে—যুমথক্তা; গোঁজা—থেংলিবা; তালপত্রে—কোনা মনাদা; সেই—মহ্; শ্লোক— অর্থ-তাকপা শ্লোক; পাইলা—ফংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাই নোংদমদগী মহাপ্রভুনা লেঙলগা ( শ্রীরূপকী ) যুমথক্তা য়েংখৎ-পুনদা যুমথক্তা থেংলম্বা তালপত্রদা অর্থ-শ্লোক অহ্ ফংখি।

## মূল ৬৭

শ্লোক পঢ়ি প্রভু আছেন আবিষ্ট হইয়া।
রূপ গোসাঞি আসি পড়িলা দণ্ডবৎ হৈয়া ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

শ্লোক—'কৌমারহরঃ' শ্লোকগী অর্থ-তাকপা শ্লোক; পঢ়ি—পারগা; প্রভু—মহাপ্রভুনা; আছেন—লৈ; আবিষ্ট হইয়া—লুপ্লুনা; রূপ গোসাঞি—শ্রীরূপ গোসাঞিনা; আসি-লাক্লুনা; পড়িলা—তুথখি; দণ্ডবৎ হৈয়া—দণ্ডবৎ তৌদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অর্থ-শ্লোক অহ্ পারগা প্রভুনা শ্লোক অহ্গী ভাব-তা আবেশ ওইদুনা লৈরিঙৈদা শ্রীরূপ ( সমুদ্র-স্নান তৌরগা ) হল্লকপদা প্রভুদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমখি।

## মূল ৬৮—৬৯

উঠি মহাপ্রভু তাঁরে চাপড় মারিয়া।
কহিতে লাগিলা কিছু কোলেতে করিয়া ॥ ৬৮ ॥
মোর শ্লোকের অভিপ্রায় না জানে কোনজনে।
মোর মনের কথা তুমি জানিলে কেমনে ॥ ৬৯ ॥

**শব্দার্থ**

উঠি—হৌগৎলগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁরে—মঙোন্দা (শ্রীরূপদা) ; চাপড় মারিয়া—খুবাক্সা থারগা ; কহিতে—হায়বা ; লাগিলা—হৌখি ; কিছু—রা খর ; কোলেতে করিয়া—কোল্লতুনা ; মোর—ঐগী ; শ্লোকের—শ্লোক-কী ; অভিপ্রায়—অর্থ ; না জানে- খঙদে ; কোন—কন্না;গুম্বা ; জনে—মীনা ; মোর—ঐগী ; মনের পুক্নীঙগী ; কথা—রা ; তুমি—নঙনা ; জানিলে—খঙলুরি ; কেমনে—করম্না।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহাপ্রভুনা হৌগৎলগা মঙোন্দা (শ্রীরূপদা) খুবাক্সা থাজাল্লগা নুংশিনা কোনসল্লগা রা খরা হায়বা হৌখি—"ঐগী শ্লোক্-কী অর্থদি কনামতনা খঙদবনী ; অদুগা নঙনা মতৌ করম্না খঙলিবনো ?

**মূল ৭০—৭১**

এত বলি বহু প্রসাদ করিয়া।
স্বরূপগোসাঞিরে শ্লোক দেখাইল লৈয়া॥ ৭০॥
স্বরূপে পুছেন প্রভু হইয়া বিস্মিতে।
মোর মনের কথা রূপ জানিলা কেমতে॥ ৭১॥

**শব্দার্থ**

এত—অসুকথক ; বলি—হায়রগা ; তাঁরে—মঙোন্দা ; বহু—য়াম্না ; প্রসাদ—চানবা ; করিয়া—তৌরগা ; স্বরূপগোসাঞিরে—স্বরূপদামোদর গোস্বামীদা ; শ্লোক—শ্রীরূপনা লেংবা অর্থ-শ্লোক ; দেখাইল—উৎখি ; লইয়া—পুদুনা ; স্বরূপে—শ্রীস্বরূপদামোদরদা ; পুছেন—হংঙী ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; হইয়া—ওইদুনা ; বিস্মিতে—ঙকপা ; মোর—ঐগী ; মনের পুক্নীঙগী ; কথা—য়াবু ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামীনা ; জানিলা—খঙলিবনো ; কেমতে—করম্না।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহাপ্রভুনা য়াম্না চান্না তৌরগা রা অসুকথক মঙোন্দা (শ্রীরূপদা) হায়রগা শ্রীস্বরূপদামোদর গোস্বামীদা শ্রীরূপকী অর্থ-শ্লোক অদু পুদুনা উৎখি। মহাপ্রভুনা ঙকদুনা শ্রীস্বরূপ-তা হংখি—"ঐগী পুক্নীঙগী রাসিবু শ্রীরূপ-না করম তৌনা খঙলিবনো" ?

## মূল ৭২

**স্বরূপ কহেন—যাতে জানিল তোমার মন।**

**তাতে জানি—হয় তোমার কৃপার ভাজন ॥ ৭২ ॥**

### শব্দার্থ

স্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদরনা, কহেন - হায় ; যাতে—অদুনা ; জানিল—খঙলে, তোমার—নঙগী ( প্রভুগী ) ; মন—পুক্নীঙ, তাতে—মদুনা, জানি—ঐ খঙলে, হয়—ওইরে, তোমার—নহাক্কী, কৃপার—থৌজানগী, ভাজন—পাত্র ( হাপ্-যম )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীস্বরূপদামোদরনা প্রভুদা খুমখি—"নহাক্কী পুক্নীঙবু ( মানা ) খঙবা অসিদগী ঐনা খঙলে মদুদি মহাক অসে নঙনা চানবীবা মীনী।"

## নৈনরোল

কৌমারহরঃ-না হৌবা শ্লোক অদুগী অর্থ মহাপ্রভুনা লৌবম্বদো কনা-মতদা হাযদোকখিবা নৈতে। মহাপ্রভুগী পুক্নীঙগী ভাব অদুবু শ্রীরূপ গোস্বা-মীনা কনাদগীম্ব তারুবা স্লোকনা খঙলম্লে। মসিনা তাকপদি শ্রীরূপ গোস্বা-মীবু মহাপ্রভুনা চানবিবননী।

## মূল ৭৩

**প্রভু কহে—তারে আমি সন্তুষ্ট হইয়া।**

**আলিঙ্গন কৈল সর্ব্বশক্তি সঞ্চারিয়া ॥ ৭৩ ॥**

### শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহে—হায় ; তারে—মহাকপু ( শ্রীরূপবু ) আমি—ঐনা, সন্তুষ্ট—পেনবা ; হইয়া—ওইবদুনা ; আলিঙ্গন—কোনব কৈল—তৌযি, সর্ব্ব-শক্তি—শক্তি পুম্নমক, সঞ্চারিয়া—হানজদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা স্বরূপদামোদরগী মায় তারগা হায়রম্মী—"ঐনা পেন্নদুনা মাবু কোল্লগা শক্তি পুম্নমক হানজন্খিবনী"।

## নৈনরোল

স্বরূপ দামোদরগী পাউথুমদু তাক্লগা প্রভুনা হায়রম্মী—"নঙনা হায়রিবদু চুম্মী। শ্রীরূপবু ঐনা পেল্লদুনা প্রয়াগ-তা মাবু ঐনা কোন্‌বিরগা শক্তি পুম্নমক হান্‌জনখ্রবনী ( সঞ্চার তৌখ্রবনী )। প্রভুনা বৃন্দাবন্দগী নীলাচলদা হল্লকপদা প্রয়াগ-তা নৈরম্বা মতমদা শ্রীরূপনা উনরবা অদুদা প্রভুগী কৃপা ফংখিবনী। ( মধ্যলীলা ১৯-শুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিয়ু )

## মূল ৭৪

যোগ্যপাত্র হয় গূঢ়রস বিবেচনে।

তুমিও কহিও তারে গূঢ়রসাখ্যানে ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

যোগ্য—মতীকচাবা ; পাত্র—হাপ্‌ফম্ ; হয়—ওই ; গূঢ়—অথুপ্পা ; রস—ব্রজগী উজ্জ্বল রস ; বিবেচনে—বিচার তৌবদা ; তুমিও—নঙসু ; কহিও—হায়য়ু ; তারে—মহোন্দা ; গূঢ়রস-আখ্যানে—গূঢ়রসগী রা ভাঙনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপগোস্বামীসে ব্রজগী অথুপ্পা উজ্জ্বল-রসদু বিচার তৌবদা থোইদোক্লা মতীকচাবা মীনী। নঙসু মহোন্দা ব্রজরসগী রা হায়য়ু হায়বদি ব্রজরসগী মরমদা মহাক্না রারী-রাতাই শামিগ্নৌ।

## মূল ৭৫

এ সব কহিব আগে বিস্তার করিয়া।

সংক্ষেপে উদ্দেশ কৈল প্রস্তাব পাইয়া ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

এ—অসি ; সব—পুম্বা ; কহিব—হায়রকে ; আগে—মতুংদা ; বিস্তার—শন্দোকপা ; করিয়া—তৌদুনা ; সংক্ষেপে—শম্পংনা ; উদ্দেশ—পম্বা ; কৈল—তৌবনী ; প্রস্তাব—রা মতাং ; পাইয়া—ফংদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পয়ারসি গ্রন্থকারনা হায়বনী—"মসি পুম্বা শন্দোক্না তুংদা হায়রকনী। হৌজিক রারী মতাং ( প্রস্তাব, প্রসঙ্গ ) চাবা ফংদুনা অদুক শম্পংনা পল্লুবদনী"।

## মূল ৭৬

শ্রীরূপগোস্বামিগী লৈরকোইবা শ্লোক:— শ্রীরূপগোস্বামীনা হায়রম্বা শ্লোক অসিনী—

> প্রিয়ঃ সোঽয়ং কৃষ্ণঃ সহচরি কুরুক্ষেত্রমিলিত-
> স্তথাহং সা রাধা তদিদমুভয়োঃ সঙ্গমসুখম্ ।
> তথাপ্যন্তঃ খেলন্মধুরমুরলীপঞ্চমজুষে
> মনো মে কালিন্দীপুলিনবিপিনায় স্পৃহয়তি ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রিয়ঃ—থুংশিজবা ; সঃ—মহাক ; অয়ম্—অসি ; কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণ ; সহচরি—হে সখি ; কুরুক্ষেত্রমিলিতঃ—কুরুক্ষেত্রদা উনবা ; তথা—অদুম্বা ; অহম্—ঐ ; সা—মহাক ; রাধা—রাধা ; তৎ—মদু ; ইদম্—মসি ; উভয়োঃ—অনীগী ; সঙ্গম—উনবগী ; সুখ—নুংঙাইবা ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; অন্তঃ—মনূঙদা ; খেলন্—শান্নবা ; মধুর—অথুম্বা ; মুরলী-পঞ্চম—মুরলীগী পঞ্চম স্বর ; জুষে—য়াওবদা ; মনঃ—পুক্নীঙ ; মে—ঐগী ; কালিন্দী—যমুনা ; পুলিন—তোর্ব্বান ; বিপিনায়—বন অদুদবু ; স্পৃহয়তি—খৌরাংজেনে ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণগা উনরবদা শ্রীরাধানা মাগী থুংশিবী সখিদা হায়রিবনী—"হে সখি, ( ঐগা লোয়ননা বৃন্দাবন-দা বিহার তৌখিবা ) শ্রীকৃষ্ণদুমক মহাক্নী, মহাক্তুনা কুরুক্ষেত্রদা ( ঐগা লোয়ননা ) উনরিবসিনী অমসুং ঐহাকসু ( শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা লোয়ননা বিহার তৌখিবা ) রাধা অদুমক্নী ; ঐখোয়নীগী সঙ্গম ওইবগী নুংঙাইবসু অদু মওায় ; অদুমকপু—যমুনা তোর্ব্বান্দা লৈবা বন অদু- অদুগী মনূঙদা শান্ন-শান্ননা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্নী মুরলীগী থুম্নবা পঞ্চমস্বর খোকুহনখিবা—বন অদুগীদমক ঐগী পুক্নীঙ লাঙতক্লৈ ।

### তাৎপর্য

**তদিদমুভয়োঃসঙ্গমসুখম্**—ঐখোয় অনীগী ( শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী ) সঙ্গমসুখদু ( উনবগী নুংঙাইবদু ) মদুগুম্বনী । মতম শাংনা কায়নরুরবা মতুঙদা কুরুক্ষেত্রদা মিলন ওইবদা অনীগী মিলন অদু নৌনা উনবগুম্বা নুংঙাইবগী পাংখক্নী, বৃন্দাবনগী অহানবা মিলনদুগুম্বা নুংঙাইদ্রি ।

তথাপি—কৃষ্ণ অদুমক, ঐহাক অদুমক ( রাধাদুমক ), অদুগা ঐখোয়নীগী মিলন অদুমক—বৃন্দাবনগী প্রথম-মিলনগুম্না—নৌনা। ফংবা সঙ্গমগীগা মান্ননা নুংঙাইরবসু, মদুমক্তদা ঐহাক পেন্‌বা ওমদ্রি—ঐগী পুক্নীঙনা বৃন্দাবনগী যমুনা তোর্বান্দা লৈবা বন অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগা উননীঙবগী দমক খোৎরাংঙী।

## মূল ৭৭

এই শ্লোকের সংক্ষেপার্থ শুন ভক্তগণ।

জগন্নাথ দেখি যৈছে প্রভুর ভাবন ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

এই শ্লোকের - শ্লোক অসিগী ; সংক্ষেপ-অর্থ—অশংবা মরোল ; শুন —নাকোঙমা তাবিয়ু ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; জগন্নাথ—জগন্নাথবু ; দেখি—উরগা ; যৈছে - অদুম্না ; প্রভুর—প্রভুগী ; ভাবন—রাখল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরূপগোস্বামীনা লেংবা ) শ্লোকসিগী অশংবা অর্থ তাবিয়ু হে ভক্তশিং। জগন্নাথবু উবদা প্রভুনা খল্লম্বা রাখল মতাদো।—

## মূল ৭৮

শ্রীরাধিকা কুরুক্ষেত্রে কৃষ্ণের দর্শন।

যদ্যপি পায়েন তবু ভাবেন ঐছন ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরাধিকা—শ্রীরাধানা ; কুরুক্ষেত্রে—কুরুক্ষেত্রদা ; কৃষ্ণের দর্শন—কৃষ্ণবু উবা ; যদ্যপি—বসু ; পায়েন—ফংঙী ; (যদ্যপি পায়েন—ফংলবসু) , তবু—অদু ওইরবসু ; ভাবেন—খল্লী ; ঐছন—অসুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধিকানা কুরুক্ষেত্রদা কৃষ্ণদর্শন ( কৃষ্ণবু উবা ) ফংলবসু অসুম্না খনখি।

## নৈনরোল

শাংনা কায়নরুরবগী তুংদা শ্রীরাধানা কুরুক্ষেত্রদা মাগী থরাইগী মুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংলবসু শ্রীরাধিকাহু পেনবা কৌবজ নৈরমদে, মরমতুনা মতৌ অসুম্না ( মথাগী পয়ারশিংদা হায়রিবসুম্না ) থল্লম্মী।

## মূল ৭৯

রাজবেশ হাতী ঘোড়া মনুষ্যগহন।
কাহাঁ গোপবেশ-কাহাঁ নির্জ্জন বৃন্দাবন ॥ ৭৯ ॥

## শব্দার্থ

রাজবেশ—নিংথৌগী পোলোয়-সম্পোৎ ; হাতী—শামু ; ঘোড়া—শগোল ; মনুষ্যগহন—মীয়াম ; কাহাঁ—কদায়দা ; গোপবেশ—গোপগী ফীজোল ; কাহাঁ—কদায়দা ; নির্জ্জন—মী-পোং-লৈতবা, অচৌকপা বৃন্দাবন—বৃন্দাবন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কুরুক্ষেত্রদা ) শ্রীকৃষ্ণগী বেশদি রাজবেশনী, শগোল শামুনা (কোয়-শল্লী), মী ময়াম্না কোয়শল্লী। গোপবেশতু কদাযদা চংখরে ? অচৌকপা মীতিন্দবা বৃন্দাবন অতুনা কদায়দা ?

## নৈনরোল

শ্রীরাধানা থল্লম্মী—"হোয়নে, মহাকসে ঐগী প্রাণবল্লভ ( থরাইগী মুংশিবা ) শ্রীকৃষ্ণহুমকে ; অহুবু কুরুক্ষেত্রসিদা মহাকী ওইরিবা ফিজেৎ-লৈতেং অমদি লোয়নরিবা মীনচিংবগা বৃন্দাবনগী ফিজেৎ-লৈতেংগা করি-গুম্বা মান্নবা অমতা য়াওদে—লোইনমক পৃঙঙন ওন্নবগুম্মী। বৃন্দাবন-দদি শনজেন্নহাগী ফিজোল লেংলী, অতুগা অসিদনা নিংথৌগী ফিজোল থোল্লী ; বৃন্দাবন্দনা মহাক্না শল শেল্লী, লোয়নবনা শনবী-শন্নাওনী, অতুবু মক্ষম-সিদদি মমল য়াম্নবা রথগী মথক্তা ফন্মী, অদুগা মাগী অকোয়বদা শগোল শামুনা মীওলাক-ওমদবমথৈ কোয়শল্লী। অদিনা অচৌকপা বৃন্দাবন-দা বাঁশী খোংলগা কোয়—করিগুম্বা মী য়াওরবসু মমান্নবা লোঙ্গা রাখাল থর য়াওয়ি, করিগুম্বদা ব্রজ-যুবতীশিংদি ময়াওয়ি। অতুগা অসিদদি মীগী সমুদ্রগী ময়ায়দা তানবোয় তৌরি। মসি পৃম্বা উরগা ঐগী পুক্নীংদা পেনবা ফংদ্রেনে, প্রাণবল্লভকা উনরগা মুংঙাইবা ফংনী হায়না তৌরম্বা আশাহু পুংদ্রেনে।"

### মূল ৮০

সেই ভাব সেই কৃষ্ণ সেই বৃন্দাবন।
যবে পাই তবে হয় বাঞ্ছিত পূরণ ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

সেই ভাব—পুঙশেঙ-শেংবা মাধুর্য্যগী ভাব অদু ; সেই কৃষ্ণ—ব্রজগী গোপবেশ-থোন্‌বা কৃষ্ণদো ; সেই বৃন্দাবন—বৃন্দাবন অদু ; যবে পাই—ফংবা মতমদা ; তবে—মতমদুদা ; হয়—ওই ; বাঞ্ছিত—অনীঙবা, অপাম্বা ; পূরণ—থুংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ঐশ্বর্য্য-য়াওদবা পুঙশেঙ-শেংবা ) ভাব অদু, ( গোপবেশ-থোন্‌বা ) কৃষ্ণ অদু, ( মীয়াম-তিন্দবা অচৌকপা ) বৃন্দাবন অদু উবা মতমদদা ঐগী নীঙজবা থুংগনী।

## নৈনরোল

কুরুক্ষেত্র-মিলন অদুদা শ্রীরাধাগী ওইখিবা ভাব অদু তশেংবনী হায়বদু প্রমাণ তৌননবা মখাদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী শ্লোক অমা লৌখৎলী।

### মূল ৮১

আহুশ্চ তে নলিননাভপদারবিন্দং
যোগেশ্বরৈর্হৃদি বিচিন্ত্যমগাধবোধৈঃ।
সংসারকূপপতিতোত্তরণাবলম্বং
গেহং জুষামপি মনস্যুদিয়াৎ সদা নঃ ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

আহুঃচ—( গোপীশিংনা ) হায়রম্মী ; তে—নঙগী ; নলিন—থম্বাল ; নাভ—খোয়দৌ ; ( নলিননাভ—খোয়দোদা থম্বাল হৌবা মহাক ) ; পদ-অরবিন্দম্—খোঙ-থম্বালবু ; যোগেশ্বরৈঃ—যোগেশ্বরশিংনা ; হৃদি—থম্মোইদা ; বিচিন্ত্যম্—খন্দুনা থমজরিবা ; অগাধ—লেপ-কন্দবা ; বোধৈঃ—জ্ঞানা ; সংসারকূপ—সংসার-কৌবা কুহাদা ; পতিত—তারবা (মীশিংনা) ; উত্তরণ—কাখৎপগী ; অবলম্বম্—পাম্বৈ ; গেহম্—য়ুম্ ; জুষাম—পান্‌বী-শিংগী ; মনসি—পুক্নীঙদা ; উদিয়াৎ—থোকশনু ; সদা—মতমপুম্বদা ; নঃ—ঐখোয়গী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুরুক্ষেত্রমিলনগী মতমদা শ্রীরাধিকানচিংবী গোপীশিংনা হায়খি—"হে পদ্মনাভ ( খোয়দৌ-থম্বাল-হৌবা ), পরমজ্ঞান-লৈবা যোগেশ্বরশিংগী থম্মোইদা খনজবিবা অমসুং সংসার-কোবা কুহান্নুংদা তারবা মীশিংবু লৌখৎনবগী পাম্বৈ ওইরিবা নখোগী-থম্বাল অদু য়ুম পাল্লবী ঐখোয়গীসু পুক্নীংদা মতমপুম্বদা থোকপা ওইসনু।

### মৈনক্তোক

কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্চ্চকপা মফমদা গোপীশিংগা লোয়ননা উনবা মতমদা মখোয়বু কোল্লগা মঙ্গল ওইবিনবা হায়না হংলগা মহাক্না নোক্না নোক্না হায়রম্মী—"সখীশিং, য়াম্না কুইনা কায়নবরফাওবদা নাগোয় ঐবু নীংশীঙবরা ? নত্রগা নগোয় ঐহাকপু ভৌবিমল-খঙদবনী হায়না খনবরা ? য়াঙো, ঐহাক নখোয়গী নকমদগী থাম্না চংথোক্লগে হায়না থন্দুনা চংথোকপা নত্তে ; মুংশীংনা নাপীবু উফুলনু হুমহুনা পুরগা অমুক তিন্নহন অহুগা অমুক কায়নহন তৌবগুম্না ঈশ্বরমা জীবশিংবু অমুক তিন্নহন অহুগা অমুক কায়নহন্ তৌই—ঈশ্বরনা ঐহাকপু নখোয়গী মনাক্তগী লাপ্না পুথোক্নুনা থম্বনী। নখোয়গা ঐগা কায়নহন্দিবা ভগবান্দু ঐহাক্নি হায়না নখোয়না হায়রবসু মহুদা নখোয়না মুংঙহৈনবগী মরম লৈতে ; মরমদি ঐনা ভগবান্ ওইরবদি ঐঙোন্দা ভক্তি তৌবগা ভক্তিদুগী মাপান্না মীওইবনা অমৃতত্ব হায়রবদি মোক্ষ ( অবান্ থুডম ) ফংবা য়াই, অদুবু নখোয়না ঐবু স্নেহ ( নুংশিবা ) তৌবিবহুনা কয়ামুক কনা্গে হায়রবু ঐনা লাপকে মথে লাপথ্রবসু স্নেহংনা ঐহাকপু চিংদুনা নখোয়গী নাক্তা পুরকনী ( মসি পুন্না শ্রীকৃষ্ণগী মহুত্তা উক্তিনী ) ; অমুক্তা হায়খিগে তাও ; আকাশনচিংবা পঞ্চ-ভূতনা ভৌতিক ওইবা পোংশিংগী মুং-পান্ অনীমক্তা মফম পুন্নমক্তা লৈরঙম পরমেশ্বর—পরমাত্মা—ঐহাকসু জীবপুম্বগী—মরমহুনা নখোয়গীসু মুং-পান্ অনীমক্তা মতম পুম্বদা লৈ, মরমসিনা নখোয়গা ঐহাক্না খবিঙম্না মওংদা কায়নবদি ওইথোক্কে—কায়রক্সু কায়নদে ; নখোয়না খঙদবদগী কায়নৈ হায়না ভাবতনা শাগংপনা অরাবা ফংলিবনী ; মরমদি নখোয়গী দেহ-আত্মা-মন-প্রাণ লোইনমক মতম পুম্বদা পরমাত্মাগী মশক ওইবা ঐঙোন্দা লৈরিবনী : নখোয়না তত্ত্বসি ( অসুইবসি ) উপলব্ধি ( খঙবা ) তৌনবা হোৎনৌ ; অদু ওইরবদি নখোয়গী অরাবা অমত্তা লৈররোই।"

শ্রীকৃষ্ণগী রাহৈ পূর্ণকসিগী ধ্বনিদি ( খোঙ্গাঙ্কদি ) অস্থুম ওইবা য়াই —“হে ফজবীশিং, নখোয়না ঐসিবু ঈশ্বরনী খল্লুবাইদি যোগেশ্বরশিংগী মতৌগুম্না নখোয়গী থম্মোইগুদা ঐবু চিন্তা তৌ—ধ্যান তৌ ; অদু ওইরবদি ঐসে নখোয়গী মুংপান অনীমক্তা লৈ হায়বনি উপলব্ধি তৌরবা মতমদা ঐগী কায়নবগী মৈচাক্লা নখোয়বু খক চাক্লোই। রা অমনা অসিনী। নখোয়না মফমসিদা লাক্লবস্থু নখোয়গী মন অদুদি বৃন্দাবনগী মায়কৈদা ওনশল্লী— মদুগী মরমদি বৃন্দাবন দা নখোয়গী নযুম লৈননী হায়না লৌবা তাই। মদুনা তাকপদি নখোয় গৃহাসক্ত ( য়ুম নীঙবা ) য়াম্না ওই—সংসার কৌবা কুহাদা তাদুনা লূপ্লে হায়বনিনী। অদুবু সংসারদা লূপ্লা মীশিংগী মথৌদি ঐগী শ্রীচরণ অসিদা চঙজবা হায়বদুনী ; নত্রগদি সংসার কুহাদগী লান্-থংলকপা ওইথোক্তে। মসমদুনা হায়রিসিনী, নখোয় ঐগী চরণ নীঙবু, অদুদদা নখোয়গী গৃহাসক্তি ( য়ুমনীঙবদু ) কোক্কনী।” প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণগী মুখদা তত্ত্বজ্ঞানগী বাশিংসে তাবদা গোপীশিংনা হায়রম্মী—নলিননাভ—হে নলিননাভ ! [ নলিন হায়বদি পদ্ম লৈজখা ফজরবা নাভিনা ( খোয়দৌনা ) মাগী ওইরিবা মহাক অদু নলিননাভনী ; শব্দসি শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা শকথন অদু তাক্লি। মসিগী ধ্বনি না অসিনী মদুদি—বধূঁ ! নঙগী ফজবা শক অদুনা ঐখোযবু কয়া কম্না শুমথরে হায়বদি ঐখোয় ইচানা ইচাবু কাউথরে, অদুনা নহাক্না নহাক ভগবাননী হায়না তত্ত্বজ্ঞান লক্ষারক তাক্লবস্থু রা পুম্নমক্তে। ঐখোয়গী নাকোঙদা চঙদ্রে ; নঙনদি তত্ত্বজ্ঞানগী ওয়া উত্নাক পীথবি, অদুগা ঐখোয়দি মীৎ লাওনা ফাকথোক্লগ ফেক্লা লৈতনা নঙগী শক ফজবা কৌনা অমৃতত্ব থক্নুনা লৈব্রি—অদুনা নঙগী পাওতাক অদু তানবা মতম কদায়-দগী ফংগনী ?]

অগাধবোধৈঃ—য়াম্না লুবা বুদ্ধিং মখোয়গী ওইরিবা অদুগুম্বা যোগেশ্বরৈ—যোগেশ্বরশিংনা হৃদি—থম্মোই নকান্নুদা বিচিন্ত্যম্—খল্লগাই ওইবা, ধ্যান তৌননবগী বিষয় ওইরিব, নখোঙ থম্মাল। [ বাক্যসিগী ধ্বনিদি অসিনী—বধূঁ, যোগেশ্বরশিংনা তৌনগুন্না ঐখোয়গী থম্মোইদ, লকা মুংদা নখোঙ থম্মালদুবু ধ্যান তৌননবা পাউতাক নঙনা ঐখোয়দা পীদি অদুবু বধূঁ, মদুদি ঐখোয়দদি সুকওই ওইথোক্তে ; মরম্দি, অজ্ঞানবদা হায়রগনা, অগাধবোধ যোগেশ্বর ওইবা মখোয়দুতনা নঙগী শ্রীচরণ অদুবু চিন্তা তৌবা ঙম্মনী ; ঐখোয়দি অমরোম্মদা বুদ্ধি লৈতবীনী, অদুদগী অমূক পূর্ণাঙ্গ চাইবী গোপবালানী—যোগেশ্বর নত্তে ; মতৌ করম্না নখোঙদুবু

খন্দুনা লৈবা ঙমগনি ? অনৌগুবা মবম হায়রবগনা, থম্মোইমুংদা নংগী চরণ চিন্তা তৌবগী রাদি আ লাপ্না লৈত্রে—নখোঙ থম্বান্দু হেক নীঙশীঙবগা মমাঙ ঙৈগী রাহু হেক্লা নীঙশীঙলকখি, নোংমা নঙগী ফুগায়ন। শাংকায়বৰা থম্বান্দগী হেম্না থোংলবা নখোঙ অনীহু ঐখোযগী থৰাক্লা চগমর্বা খোয়াং- ফু মবক্লা থমগে তৌবদা ঐখোযনা ফিখিবা, কখিনা থোংলবা খোঙপাক্তুদা চৈনা ফংগদরা হায়না চিংনবদগী। হায়বিবা রাসি নীঙশীঙবদগী মঙগা কাযনবগী রাবহুনা ঐখোযগী চিন্তদা বৃশ্চিক চামানা চীকপগুম্না চৈনা পোক্হন্নুনা ঐখোয়বু খোযবাংহল্লী ; অতুনদি কমন্না ঐখোয়না পূক্নীঙ চঙনা মপোংজহু খন্দুনা লৈবা ঙমগদৌরিবা ? ]

সংসারকূপপতিতোত্তরণাবলম্বম্—সংসারগী মশক-ওইবা কুহাদা পুখ্রবর মখোযহুবু লৌখৎপীনবগী পাম্বৈ ওইনা তে পদারবিন্দম্— নখোঙ-থম্বান্নী [ বাক্যসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী ঃ— বধু, নঙনা খল্লিনে— ঐখোযগী মন অসি মতম পুম্বদা বৃন্দাবন-বুদা থল্লী, অম্বম্না নঙনা খন্দুনা ঐখোয়াসে সংসার-কোবা কোয়্দা পুখ্রবনী হায়বিনেদো। অদুনা সংসার- দগী লাংখ্রাক্লবা নখোঙ থম্বান্দা চংজৌ হাযনা তাকপীবিনে। মযুম লমদমদা আসক্তি (পাম্বিশনবা) জীব সংসারদা আসক্ত ওইবা—সংসার-কোমদা পুখ্রবা হাযবসি চুম্বনী। বধু, বৃন্দাবন-দা ঐখোয আসক্ত ওই হাযবসে ঐখোয যাদবা তৌরেন্ট, অতুব ঐখোযনা যুম-কৈ-সংসারদা মায়া-মমতা লৈবহুনা ঐখোয় বৃন্দাবনদা আসক্ত ওইবা নত্তে, তকোংবদি যুম-কৈ- সংসারদা ঐখোযগী আসক্তি মচেং অমফাওবা লৈতে, দেহগী সুংঙাইবা পী হায়রগীদমক্তা যুম-কৈবু মীং পাম্নীবনী, ঐখোযগীদি দেহগী সুংঙাইবা থিজদে, অতুনদি কমন্না যুম-কৈদ মাযা-মমতা লৈগদৌরিবনো ? বধু, নঙগীদমক হকচাঙ অমসু যুম কৈ লোইনা মঙগী পেন্নবা হায়হুনা কং- খোক্লবনী—ঐখোযগী দেহেসি লৌকিক ঐখোয়গী ওইদরে, মসি নঙগী ওইরবনী—নঙবু নুংঙাইহন্নবা হাযহুনা ঐখোযনা দেহেসি থমজরিবনী, লৈতেংজরিবনী— দেহসি ফজনা লেংতংলবদি মতাক সুংঙাইগনী হায়হনা। ঐখোয়গী ইচ্ছাগী সুংঙাইবা হায়বহু ঐখোয় খজজদে, ঐখোয়না খঙবদিনে বধু নহাক্কী নুংঙাইবতনী। নঙগী নুংঙাইনবা হায়হুনা ঐখোয় ধর্ম, কর্ম, মবীম্বতা, আর্য্যপথ ( মপুরোইবা লেলীগী লীচৎ ) পুমমক কংথোক্তুনা নখোঙ থম্বান্দা মমল লৌদবী দাসী (লৈইমুরুমী) ওইরবনী বধু। মবমসিনা হায়বিবনী, ঐখোয় সংসার-কোমদা পুখ্রদে। অম্মদি ওইবগা ঐখোয়গী

প্রকীর্তনা বৃন্দাবনগী মায়কৈ তম্মী হায়বা অওইবনী—অহুবু ইয়ুম নীঙ্কব-গীদমক নত্তে—নক্মাকপু নীঙবগীদমক্তনী ; বৃন্দাবনগী উ রা-উরী খুদিং, হৈ-লৈ খুদিং, বৃন্দাবনগী লেচেং খুদিংমক্তা নঙবু তৎন-হানবা লৈতনা নীঙ-শীঙদুনা লৈ—নঙগা কায়নবগী মৈচাক্তা মখোযসু লাইবক থীবী ঐখোয়গুম্মা পিরাং শিঙ্কুরি। মখোয় লোয়নমক নঙগী সেরাপী উংকণ্ঠানা ডাওরি। মহুসু লৈখিসনু, বঙ্কু, অমুক্তা তাবিখো। বৃন্দাবন দা নঙগী সহজভ ব ( মহৌশাগী ওইবা ভাব )-নঙগী অঙক ফংবা মাধুর্য্য ফুগায়না ফোঙদোকয়ি, অহু মফম্-সিদদি চপশন্দুনা লৈবগুম তৌযি , ঐখোয়গীসু সহজভাব অহু মফমসিদা থোরক্রো হায়বা য়ারবগুম থোকযি- কদায়দনো খক খক পনবা ওইনা তৌয়ি, প্রাণ অসি হাংদোক্নুনা হঙোযবা য়াওদবমখৈ নঙগী সেবা তৌবদা কদায়দনো পনবগুম তৌয়ি। মরমহুনা মীংকুপ খুদিংগী বৃন্দাবনগী রা নীঙশীঙবী—মফমহুদা নঙগা ঐখোয়গা ইল্লায় লাযনা লোয়নবনী, ঐখোয়গী সহজভার অহুনা অঙক-ফংবা মাধুর্যাগী ঈচেল অমা চেলুহনরনী। বঙ্কু, ঐখোয় সংসার-কূপদা ঐখোয় পুখদে - ঐখোয়দি নঙগী কায়ন-মৈচাকী ঈপাক্তা তারবনী- মফমসিদা অপন অবাক লৈতনা নঙগী সেবা তৌবা ঙমজহুনা বৃন্দাবনগী রাহুদা নীঙশীঙদুনা লৈবে- বৃন্দাবনগী রা হেক নীঙ-শীঙবগা বিরহ-সাগর অহু ঈহৌহুনতা লৈবে। অহুনা হায়জরিসিনী বঙ্কু, যোগীশিংগী ধ্যান তৌনঙাই ওইরিবা অমসুং সংসারদা পতিত ওইবা মীশিংগী পাইবে ওইনঙাই ওইবিবা নখোঙ পম্বাল-দু নঙগী কৃপানা। গেহং জুষাং নঃ মনসি উদিয়াৎ—মুম্বানগী ঐখোয়গী-চিত্তদা নখোঙ পম্বান্দু থোকপা ওইসনু। নঙগী নমীঙ-তম্মা শান্নকম ওইবিবা বৃন্দাবনগী মশক ওইবা মৃহদা আসক্ত ওইবিবী ঐখোয়গী মন-দা—বৃন্দাবনগী মশক ওইবা মন অসিদা নখোঙ থাজহু থোকপা ওইসনু, মতাক বৃন্দাবম-দা খোঙদা-বীরক্রো। বাক্যসিদা গোপীশিংগী গেহ—-মুম—হায়রগা ব্রজ হায়বদি বৃন্দাবন-বু মঙহন্নবনী। বঙ্কু,বৃন্দাবন অহুনা ঐখোযগী যুম্মী -বৃন্দাবন অহুনা ঐখোয়না আসক্ত ওইবনী ; মরমদি বৃন্দাবন দু নহাক্কী শান্নকমী। অমুক, বৃন্দাবন অহুনা ঐখোকনী হুন্দরনী মন হাযনহুনী, মবমদি নঙগী শান্নকম বৃন্দাবন অহুনগী ঐখোয়গী মন অসিবু থাইদোকপা ওনদ্রে। অহুনা হায়বনী বঙ্কু, নঙমা থৌজানবিহুনা বৃন্দাবন জন্মদা খোঙদাবিবক্রো, অহু ওইরবদি ঐখোযগী থীজবা-পামজবা থুংবা যস্ট।

## মূল ৮২

তোমার চরণ মোর ব্রজপুর ঘরে ।
উদয় করয়ে যদি তবে বাঞ্ছা পুরে ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

তোমার—নঙগী, চরণ খোঙ; মোর ঐগী, ব্রজপুরগী মশক ওইবা য়ুমদা; উদয়—থোকপা, করয়ে—তৌযি, যদি—বদি, তবে—অদু ওইরবদি; বাঞ্ছা—নীঙজবা; পূরে—থুডলে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) খোঙহুনা ঐগী ব্রজপুরগী মশক—ওইবা য়ুমদা (হৃদয়—থা থোকপগুম্) থোকপীরবদি ঐগী নীঙজবা থুডলগনী।

## মূল ৮৩

ভাগবতের শ্লোক গূঢ়ার্থ বিশদ করিয়া।
রূপ গোসাঞি শ্লোক কৈল লোক বুঝাইয়া ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

ভাগবতের—শ্রীমদ্ভাগবতগী, শ্লোক গূঢ়ার্থ—শ্লোকগী অথুপ্প অথ, বিশদ করিয়া—নকনা শন্দোকুনা, রূপ গোসাঞি—শ্রীরূপ গোস্বামীনা, শ্লোক কৈল—শ্লোক শেমখি, লোক—মীয়ামদা, বঝাইয়া—হঙহন্দুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতগী শ্লোক অদুগী অথুপ্পা মবোল শুগ ইনা নাকুনা শ্রীরূপ গোস্বামীনা মীয়াম্বু খঙহন্নবা হন্দুনা শ্লোক শেংলম্মী।

## মূল ৮৪

যা তে লীলারসপরিমলোদ্গারিবন্যাপরীতা
ধন্যা ক্ষৌণী বিলসতি বৃতা মাধুরী মাধুরীভিঃ।
তত্রাস্মাভিশ্চটুলপশুপীভাবমুগ্ধান্তরাভিঃ
সংবীতস্ত্বং কলয় বদনোল্লাসিবেণুর্বিহারম্ ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

যা—মহু ; তে—নঙগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; লীলারস—লীলারসগী ; পরিমল—মুংশিবা মণম , উদ্‌গারি—থোরকপা ; বন্যা—ঈচাও ; পরীতা—তিল্লবা ; ধন্যা—থাগৎনঙাই ওইবা ; ক্ষৌণী—ব্রজভূমি ; বিলসতি—ঙাম্মোইরি ; বৃতা—লৈতেংলিবা, কোয়শল্লিবা ; মাধুরী—মাধুরী (মধুরগা) য়াম্না নক্কবা ; মাধুরীভিঃ—মাধুরীনা (ফজবা খিবিক্না) ; তত্র—মফমহুদা ; অস্মাভিঃ—ঐখোয়গা লোয়নননা ; চটুলপশুপীভাবমুগ্ধান্তরাভিঃ—তয়াংবা স্বভাব চেল্লিবা অমসুং গোপী ওইবগী মরম্না চঙক্কবা পুক্নীংগী ওইবা ঐখোয়গা ; সংবীতঃ—তিল্লবা ; কলয়—ঙো ; বদনোল্লাসিবেণুঃ—বেণু খোংলিবা মায়থোংনা মাগী ওইবা অহুগুম্বা মহাক ; বিহারম্—শান্নবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎলী—নঙগী লীলারসগী মুংশিবা মণম্না থোক-হল্লিবা ঈথক পৃম্নমক্না লোয়নরিবা অমসুং মাধুর্য্যানা লৈতেংলবা য়োনা থাগৎনঙায় ওইরবা অহুগা মথুরাগী মনাক য়াম্না নক্কবা ব্রজভূমি কৌবা ঙাল্লিবা লমদম অহুদা বেণু খোংলগা তয়াংবা স্বভাব-চেন্‌বী অমসুং গোপী ওইবনা শুমহৎচরবী ওইরবা ঐখোয়গা তিন্নহুনা নঙ বিহার তৌরো ।

## তৈনরোল

শ্লোক অসি ললিতমাধবতগীনী ( ১০/৩৬ ) ।

করিগুম্বা কম্স অমদা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরা লেঙখ্রবদা মাগা কায়নবগী মৈচাক-অহু থাঙবা ঙমদ্রহুনা শ্রীরাধিকানা যমুনাদা চোংখ্যখিরম্মী ; সূর্য্যগী মচানুপী যমুনানা শ্রীরাধাবু পুহুনা সূর্য্যদেবগী মনাক্তা থমখি । সূর্য্যদেবগী মক্কপ্প অহুগা মাবুস্থ লাংপা ( উপাসক ওইবা ) সত্রাজিৎ নিংথৌগী মফমদা শ্রীরাধাবু শিন্নরগা সূর্য্যদেবনা হায়রম্মী— "মসিগী মমিং সত্যভামা কৌয়ি ; মহাক নহাক্কী নচানুপীনী ; নারদগী য়াথং মতুং ইন্না নীঙথিবা মিংচংনা লৈতেংলবা বর অমগী মখুত্তা কন্যাসিবু সম্প্রদান তৌ ( পীয়ু ) ।" মহুগী মতুংদা নারদগী য়াথং তুংইন্না সত্রাজিৎ নিংথৌনা শ্রীকৃষ্ণগী দ্বারকাদা লৈবা অন্তঃপুরদা ( লৈমকোন্দা ) সত্যভামা কৌবী শ্রীরাধাবু থাখি । অসিগী মমাঙদা সূর্য্যগী তালোই সংজ্ঞানা মাগী মপাবুং বিশ্বকর্ম্মাদা হায়হুনা শ্রীরাধাগী মপুক্নীঙ হুংঙাইনবা দ্বারকাদা অনৌবা বৃন্দাবন অমা শেম-হনখি । শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী রুক্মিণী দেবীনা নব বৃন্দাবন অসিদা সত্যভামাবু

লোৎতুনা থনম্মী—মরমদি শ্রীকৃষ্ণগা শকহেন্‌বদা কনামতগা মান্নদবী সত্যভামাগা উনদনবা হায়রম্বনা ; অম্মুম্না লৈরম্বহুনা নোংমদি তাঞ্জা অমা লাকপদগী শ্রীকৃষ্ণগা উনরে, সত্যভামাসি শ্রীরাধানী হায়বত্থুম্মু ফোংদোক্লে অহুগা রুক্মিণীনা চন্দ্রাবলীনী হায়বম্মু ফোংদোক্লে। মতুংদা মতম চানা রুক্মিণী কৌবী চন্দ্রাবলীনা থৌরাংহুনা সত্যভামা কৌবী শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা লুহোংলে। লুহোংবগী মমাঙদা যশোদারাণী, পৌর্ণমাসী, মুখরানচিংবী ময়াম দ্বারকাদা লাক্লম্মী। লুহোংলবা মতুংদা নোংমা নব-বৃন্দাবন অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাদা হায়খি—"নুংশিবী, হায়য়ু, অসিগী মতুংদা নঙনা পাম্বা করি তৌথো হায়বগে ?" মতমহুদা নুংঙাইবগা লোয়ননা শ্রীরাধানা হায়রম্মী —"প্রাণেশ্বর ! ব্রজদা লৈরম্বী ঐগী সখীশিংহু লোইনমক মফমসিদা লাক্তুনা তিল্লরে। ইনাওনুপী চন্দ্রাবলীবুম্মু ফংলে। ইনেমবোক ব্রজেশ্বরীবুম্মু ফংলে ; অহুগা নববৃন্দাবনসিগী নিকুঞ্জদম্মু ইবুংঙো নহাকপু ফংজরে। মসিদগী ঐগী পামজনঙাই করিমুক লৈফম থোক্লিবগে ; অহুম ওইনমক নখোঙ-থম্বান্দা নিজনীঙবা অমতংদি লৈরিনে, মতদি—নঙনা ঐখোয়ব পুবিরগা আগী ব্রজধামহুদা বিহার তৌবিবা।"

বৃন্দাবন-দা বিহার তৌবিরম্বা শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীদো উনরবনী ; অহুমক্তদা শ্রীরাধানা পেন্‌বা ঙমদ্রে ; মরমদি মখোয়নীনা হন্দক উনরিবসিদি দ্বারকাদনী—দ্বারিকাসিদা বৃন্দাবনগা মান্নবা নববৃন্দাবন কৌবা মফম অমা লৈরবম্মু অহুগা নববৃন্দাবন-সিমক্তদা মখোয়নী উনবগী চপচাবা সুযোগ লৈরবম্মু, মহুদফাওবা শ্রীরাধানা পেনজরমদে ; মহুগী মরমদি অসি ওইরমাল্লে—মফমসিদনা শ্রীকৃষ্ণ রাজ্যগী অধিপতিনী, অধিরাজনী, ঐশ্বর্যাঙাক্লগী মপুনী, অহুগা শ্রীরাধানা সত্যভামা কৌবী মহাক্কী মহিষীনী—অসিগুম্বা ফীভম মতাসিদা লোকধর্ম্ম-বেদধর্ম্ম-স্বজন-আর্য্যপথ-নচিংবদগী অপন-অরাক-য়াওদবা নীঙঙায়দনা মনীঙ-তম্বা ভাবকী গোপীশিংগী অপনবা-লৈতবা কৃষ্ণসেবা তৌনীঙবহু নীঙতম্না তৌনীঙবা মওংদা তৌবা য়াদে ; মরমহুনা শ্রীরাধাগী মন অহু চঙশ্লে নীঙতম্বগী শাম্নফম বৃন্দাবনহুগী মায়কৈ তম্না—মফমহুদদি শ্রীরাধাগী পগুপীভাব হায়বদি গোপীভাব হায়বদি অপন-অরাকমচেং অমফা ওবা লৈতনা মনীঙ তম্বা মওংদা পাঙথোকদবা গোপীশিংগী কৃষ্ণ-সেবা প্রাপ্তহু মপুঙ ফানা ফোংদোকচরগা য়োনা পেনবা হায়বহুগী অমৃতময়ী ধারাহু মায়কৈ মরি য়োনা চেনবা ঙমগনী।

মূল ৮৫—৮৬

এইমত মহাপ্রভু দেখি জগন্নাথে।
সুভদ্রাসহিত দেখে বংশী নাহি হাথে ॥ ৮৫ ॥
ত্রিভঙ্গ-সুন্দর ব্রজে ব্রজেন্দ্রনন্দন।
কাহাঁ পাব—এই বাঞ্ছা বাড়ে অনুক্ষণ ॥ ৮৬ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; দেখি—উরগা; জগন্নাথে—শ্রীজগন্নাথবু; সুভদ্রাসহিত—মচন্ সুভদ্রাগা লোয়ননা; দেখে—উই; বংশী—বাঁশী; নাহি—নৈতে, হাথে—খুত্তা; ত্রিভঙ্গ-সুন্দর—শাথেক অহুম-থেক্না ফজবা; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌ-মপারি; কাহাঁ—কদায়দা; পাব—ফংগনী; এই—অসি; বাঞ্ছা—অপাম্বা; বাড়ে—হেন্গৎলী; অনুক্ষণ—মতমপুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাতৌ অসুম্না (হায়বদি কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণবু উরগা নত্রগা দ্বারকাদা লেবা নবৃন্দাবন-দা শ্রীকৃষ্ণগা উনরগা শ্রীরাধানা হায়খিবা অদুগুম্না) মহাপ্রভুনা শ্রীজগন্নাথবু উবদা সুভদ্রগা লোয়ননা উথি, অদুগা খুত্তা বাঁশী পাদরবদে। (অদুদা হায়রম্মী)—"ব্রজদদি শাথেক-অহুম-থেক্না ফজবা ব্রজনিংথৌ মপারিনী, মহাকপু কদায় ফংগদগে।" অপাম্বসি ক্ষণ খুদিংগী হেন্গৎলম্মী।

মূল ৮৭

রাধিকার উন্মাদ যৈছে উদ্ধব-দর্শনে।
উদ্ঘূর্ণা প্রলাপ তৈছে প্রভুর রাত্রিদিনে ॥ ৮৭ ॥

শব্দার্থ

রাধিকার—শ্রীরাধাগী; উন্মাদ—মগলা অমগী মডাও; যৈছে—মদুগুম্না; উদ্ধব-দর্শনে—উদ্ধব-পু উবদা; উদ্ঘূর্ণা—লাংতক্রবদগী মথক্তা মরাং থউদবা মওংগী যৌদো (বৈবশ্যচেষ্টিতম্); প্রলাপ—অডাংবগী চাইরোল; তৈছে—অদুগুম্না; প্রভুর—মহাপ্রভুগী; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল পুম্নমক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্ধবপু উবদা শ্রীমতী রাধিকাগী উন্মাদ ওইবদোনা প্রভূগীসু অহিং নুংথিল অনীমক্তা উদঘূর্ণা অমসুং প্রলাপ ( চোইরোন ) ওইখি।

**তৈমন্‌রোল**

**উন্মাদ**—উদ্ধবপু শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী ব্রজদা থাখিবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা শ্রীরাধিকাগী মতমতুদা ওইরম্বা উন্মাদ—অবস্থাদু শ্রীমদ্‌ভাগবতমগী তরাশুবা স্কন্ধগী নীফুতরেং—শুবা অধ্যায়দা বর্ণন তৌরি। য়াম্না কা হেন্না নুংঙাইবা, খুদোংথীবা অমসুং কায়নবদগী পোক্‌পা পুক্নীঙ-চোইববু (চিত্ত-বিভ্রমবু) উন্মাদ (ঙাওবা) কৌয়ি। উন্মাদ অসি ওইববদি থাক থাক নোকপা, জগোই শাবা, ঈশৈ শক্‌পা, অরেম্বা থৌদো, চোইরন, কোয়চেন-চেন্‌বা, খল্লা অমসুং ওন্থোক্নবা থবক তৌবা উগনী।

**উদঘূর্ণা**—পুক্নীঙকাবা ঙমদবগী তৌথোরকপা থৌদৌবু উদঘূর্ণা কৌয়ি। স্যাদ্বিলক্ষণমুদঘূর্ণা নানাবৈবশ্যচেষ্টিতম। — উজ্জ্বলনীলমণি। স্থায়ী। ১৩৭ উদঘূর্ণাগী খুদমদি :—উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হায়রি, "হে মরূপ, নঙগা কায়নবা মৈচাক্কা শ্রীরাধানা বুদ্ধি চোইদুনা করিগুম্বা মতাঙদা বাসকশয্যাগী মতৌগুম্না শয্যা শেম্নী, করিগুম্বদা খণ্ডিতা—ভাব লৌদুনা য়াম্না শাউরগা অমুবা নোংদা চৈথোকরি, অদুগা করিগুম্বদনা অভিসারিকা ওইদুনা য়াম্না মম্নবা মরক্তা কোয়না চংনী।"

**প্রলাপ**—মরম চাদবদা বাক্য শীজন্নবা। মী মচ্ছাদি লৈতবা, অদুবু লৈবোই থন্দুনা মাবু ঙাংলিবনী হায়না ঙাঙববু প্রলাপ কৌয়ি। "অনৰ্থক বাক্ প্রলাপঃ স্যাদিত্যাদি।" সাহিত্যদর্পণ। নত্রগা ব্যথ (অরেম্বা) বাঙ্‌ঙবু প্রলাপ কৌয়ি। "ব্যর্থালাপঃ প্রলাপঃ স্যাৎ।। উঃ নীঃ উদ্ভা /৮৭।।" খুদম :—"করোতি নাদং মুরলী রলী রলী ব্রজাঙ্গনাহৃন্মথনং থনং থনম্। ততো বিদুনা ভজতে জতে জতে হরে ভবন্তং লভিতা লিতা লিতা।। ঙাওরবী ( উন্মত্তা ) রাধানা হায়রম্মী - হে কৃষ্ণ, ব্রজনুজাশিংগী হৃদয়-মথন ( থন থন ) তৌদুনা নঙগী মুরলীনা ( রলী রলী ) হায়না খোংলি ; মতুদা মথরাই-রাজরবী ললিতা ( লিতা লিতা ) -না নঙবু ভজম ( জন, জন ) তৌরি। মফমসিদা শ্লোক-তা য়াঙরিবা রলী, রলী, থনং থনং, জতে জতে, লিতা লিতা, জন, জন, হায়বা শব্দ খরসি অরেম্বা কান্নদবনী। অসুম্না ঙাঙবা ব্যর্থ উক্তিসি প্রলাপ-নী।

শ্রীকৃষ্ণনা থাররক্লম্বা উদ্ধবনা ব্রজদা লেংলকপা মতমদা মহাক্কী চীঙ্গী শ্রীকৃষ্ণঙ্গী পাও তারগ। শ্রীরাধা বিরহগী মৈচাক হেন্নংলক্লবদা ডাঁওখিহুনা শ্রীরাধানা প্রলাপ-বাক্যশিং ডাওখিরহহু, সন্ন্যাস লৌরবগী মতুং চহী-তরানীথোইহু শ্রীকৃষ্ণগা বিরহ (কায়নবা) ভাব-পোকপদগী রাধাভাব-চঞ্চলবা মহাপ্রভুনা হুমিৎচুক্না রাধানা তৌরকল্লা প্রলাপ তৌখি।

## মূল ৮৮

দ্বাদশ বৎসর শেষ ঐছে গোঙাইল।
এইমত শেষলীলা ত্রিবিধানে কৈল ॥ ৮৮ ॥

## শব্দার্থ

দ্বাদশ বৎসর—চহী তরানীথোই ; শেষ—অরোয়বা ; ঐছে—মতৌ অসুম্না, গোঙাইল—মতম লেনখি ; এই মত—মতৌ অসিগুম্না ; শেষলীলা—অরোয়বা লীলা (সন্ন্যাস মতুং চহী কুম্মরিগী লীলাবু শেষলীলা কৌরি) ত্রিবিধানে—মওং অহুমদা , কৈল—শাম্নখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরোয়বা চহী তরানীথোইহু মতৌ অসুম্না লেনখি। মতৌ অসিগুম্না প্রভুগী শেষলীলা মওং অহুমদা শাম্নখি।

## নৈনরোল

ত্রিবিধানে—মওং অহুমদা, মতাও অহুম থোক্না। অহানবা মতাওনা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌববা মতমতুদগী তৌহুনা চহী তরুক অমা দেশ কয়াদা কোযবা, অনীশুবা মতাওনা, নীলাচলদা মতুং হেক থংনবা চহী তরুক অমা প্রেম ভক্তি তাকপী-তম্বীবা, অহুমশুবা মতাওনা, অরোয়বা চহী তরনীথোই নীলাচলদা গম্ভীরদা প্রভুগী শ্রীকৃষ্ণবিরহ (শ্রীকৃষ্ণকায়নবা) উৎপা।

## মূল ৮৯

সন্ন্যাস করি চব্বিশবৎসর কৈল যে যে কর্ম্ম।
অনন্ত অপার তার কে জানিবে মর্ম্ম ॥ ৮৯ ॥

## শব্দার্থ

সন্ন্যাস করি—সন্ন্যাস লৌরগা , চ

কৈল—তৌখি ; যে যে—অহু অহু ; কর্ম—থবক ; অনন্ত—লোইবা-নাইদবা ; অপার—ওমথৈনাইদবা ; তার—মতুগী ; কে—কনানা ; জানিবে—খঙগনী ; মর্ম—মরুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সন্ন্যাস লৌরগা তৌরম্ব-তৌরম্বা থবকশিংদুদি লোইবা-নাইদবনী অমসুং ওমথৈ-নাইদবনী : মতুগী মরুং খীংনা কনানা খঙগনী ?

## মূল ৯০

উদ্দেশ করিতে করি দিগ্-দরশন।
মুখ্য মুখ্য লীলার করি সূত্রগণন ॥ ৯০ ॥

## শব্দার্থ

উদ্দেশ করিতে—তাকুনবা হায়দুনা ; করি—তৌয়ি ; দিগ্-দরশন—মায়কৈ শলাই উৎপা ; মুখ্য মুখ্য—মরু মরু ওইবা ; লীলার—লীলাগী ; করি—তৌয়ি ; সূত্র—পোৎকী তেন্শন্বা ( বস্তুসংক্ষেপ ) ; গণন—মশীঙ থীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তাকুবা হায়দুনা শমজন্না তাকপনী। মরুমরু ওইবা লীলাদু সূত্র ওইনা মশীঙ থীবতনী।

## মূল ৯১

প্রথম সূত্র প্রভুর সন্ন্যাসকরণ।
তবে ত চলিলা প্রভু শ্রীবৃন্দাবন ॥ ৯১ ॥

## শব্দার্থ

প্রথম সূত্র—অহানবা সূত্রনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; সন্ন্যাস-করণ—সন্ন্যাস তৌবা ( লৌবা ) ; তবে ত—অদুদগী ; চলিলা—লেঙখি ; প্রভু—প্রভুনা ; শ্রীবৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন-দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবা সূত্রনা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌবা, অদুদগী প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন-দা লেঙখি।

## নৈনরোল

সন্ন্যাস লৌবা মতুংগী অহানবা চহী তরাকী লীলা—মধ্য-লীলা হায়না খণ্ডনবা, লীলাশিংগী সূত্র বর্ণন তৌবি হৌজিক। মধ্যলীলাগী অহানবা সূত্র-অহানবা লীলাদু কাটোয়াদা কেশবভারতীগী মফমদগী সন্ন্যাস লৌবা অদুনী। সন্ন্যাস হেক লৌবগা শ্রীকৃষ্ণদু ফংনীঙমন্থিবনা মায়কৈ শলাই খুঙলবা মতাঙদা চেক্লা চেক্লা লেঙলম্মী; পুরীওদা-খুদী শ্রীবৃন্দাবনগী মায়কৈ পাংলিবনী হায়রম্মী।

## মূল ৯২

প্রেমেতে বিহ্বল বাহ্য নাহিক স্মরণ।
রাঢ়দেশে তিনদিন করিলা ভ্রমণ ॥ ৯২ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমেতে—কৃষ্ণপ্রেমদা ( মুংশিবনা ); বিহ্বল—ঙাওরম্বা (ওইখি). বাহ্য—পান্ন ; নাহিক—লৈতে ; স্মরণ—নীঙশীঙবা ; রাঢদেশে—বাঢ়-দেশদা ; তিনদিন—নুমীৎহুমী ; করিলা—তৌখি ; ভ্রমণ—কৌয়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমদা প্রভু ঙাওরম্মী, মপান্মোংগী কবিমতা নীঙশীঙলমদে। মরমদুনা রাঢ়দেশদা নুমীৎহুমী চুপ্পা কোয়খি।

## নৈনরোল

রাঢ়দেশ—গঙ্গাগী নোংচুপ্পা লৈবা বঙ্গদেশগী শরূক অদুবু বাঢদেশ হায়না কৌয়ি। প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান লৈরমদনা মরমদা নুমীৎ হুমী চুপ্পা বাঢদেশদদা কোয়দুনা লৈরম্মী। শ্রীমন্নিত্যানন্দসু য়াওরম্মী।

## মূল ৯৩

নিত্যানন্দ প্রভু মহাপ্রভু ভুলাইয়া
গঙ্গাতীরে লঞা আইলা যমুনা বলিয়া ॥ ৯৩ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ প্রভু—শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুব ; ভুলাইয়া—ভুমহৎতুনা, গঙ্গাতীরে—গঙ্গাগী তোর্বান্দা, লঞা—পুরক্তুনা ; আইলা—লাকখি ; যমুনা—যমুনা তুরেল্লী ; বলিয়া—হায়রগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মহাপ্রভুবু শুমহৎলগা গঙ্গাবু যমুনানী হায়রক্লগা গঙ্গা-তোর্বান্দা পুরক্লুনা লেংলকখি।

## নৈনরো

সন্ন্যাস তৌরবা মতুংদা মহাপ্রভুনা মায়কৈ শনাই খুঙলমদে ; বৃন্দাবনগী মায়কৈদা চৎলিবনী হায়না চেন্না চেন্না চৎলম্মী। মতমদুদা বৃন্দাবনগী মায়কৈদা পুরিবনী হায়শন্দুনা শ্রী নিত্যানন্দনা মহা প্রভুবু শান্তিপুরদা পুরকখি। শান্তিপুর য়ৌরক্লগা গঙ্গাদু যমুনানী হায়না মহাপ্রভুদা য়েংহনখি অদুগা হায়খি—"যমুনানী ; যমুনাদা স্নান তৌরো।" প্রভুসু যমুনা-নী হায়দুনা গঙ্গাদা কুপ্লম্মী। পাওসি অসোমদা ফংলদুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা অনৌবা কৌপীনচিংবা পুরক্লুনা থুংখি।

## মূল ৯৪-৯৫

শান্তিপুরে আচার্য্যের গৃহে আগমন।

প্রথম ভিক্ষা কৈলা তাহাঁ রাত্রে সঙ্কীর্ত্তন ॥ ৯৪ ॥

মাতা ভক্তগণে তাহাঁ করিল মিলন।

সর্ব্ব সমাধান করি কৈল নীলাদ্রিগমন ॥ ৯৫ ॥

## শব্দার্থ

শান্তিপুরে—শান্তিপুরদা ; আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী ; গৃহে—য়ুমদা ; আগমন—লেংলকপা ; প্রথম —অহানবা ; ভিক্ষা—চাবা ; কৈলা—তৌখি ; তাহাঁ—মফমদুদা , রাত্রে—অহিংদা ; সঙ্কীর্ত্তন—নাম শোনবা ; মাতা—মমা ; ভক্তগণে—ভক্তশিংনে ; তাহাঁ—মফমদুদা ; করিল—তৌখি ; মিলন—তিন্নবা, উনবা ; সর্ব্ব সমাধান—তৌগদবা পুম্নমক তৌবা ; করি—তৌদুনা ; কৈল—তৌখি ; নীলাদ্রি—নীলাচল চীঙ ; গমন —চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শান্তিপুরদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী সংগায়দা লেংঙৌ, মফমদুদা অহানবা চাবা ফংদুনা নুংথীংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌই। শচীমাতা অমসুং ভক্তশিং পুম্বা মফমদুদা তিন্নখি। তৌগদবা পুম্বা তৌরগা নীলাচলদা লেংখি।

মৈতেন্দোলন

শ্রীঅদ্বৈতবু উবদা প্রভুগী জ্ঞান হঙ্খরম্মী। অহুদগী প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতগী সংগায়দা লেঙথরে, মফমদা শচীমাতাগা ভক্তশিংগবু প্রভুনা উনখি। কোম্বংদা ময়াম পুম্নমক্তগী বিদায় লৌরগা প্রভুনা নীলাচল পাংখি।

সর্ব্বসমাধান করি—ভক্ত লোইনমক্কা উনহুনা, শচীমাতাবু থেমজল্লগা, মমাবেম্মগী য়াথং লৌরদুনা অহুগা ভক্তশিং পুম্নমক্তগী বিদায় লৌরগা।

নীলাদ্রি—নীলাচল ; শ্রীক্ষেত্র ; পুরী।

মূল ৯৬-৯৭

পথে নানা লীলারস দেবদরশন।

মাধবপুরীর কথা গোপাল স্থাপন ॥ ৯৬ ॥

ক্ষীর চুরির কথা সাক্ষীগোপাল বিবরণ।

নিত্যানন্দ কৈল প্রভুর দণ্ডভঞ্জন ॥ ৯৭ ॥

শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা ; নানা—মথল মথাগী ; লীলারস—লীলাগী মহাও ; দেবদরশন—মন্দরশিংদা লাই দর্শন ; মাধব পুরীর কথা—মাধবপুরীগী ৱারী ; গোপাল-স্থাপন—শ্রীগোপালদেবগী য়াথংনা মাধবেন্দ্রপুরীনা গোপাল লৌখৎভুনা থম্বগী ৱারী ; ক্ষীরচুরির ক্ষীর হুরানবগী ; সাক্ষীগোপাল বিবরণ—সাক্ষী ওইখিবা শ্রীগোপালদেবগী ৱারী ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা ; কৈল—তৌখি ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; দণ্ড—চৈ ; ভঞ্জন—থুদেকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শান্তিপুরদগী নীলাচল লেঙবগী) লম্বীদা মথলমথাগী লীলারস চুপখি অহুগা শ্রীমন্দির, শ্রীবিগ্রহমচিংদা দর্শন তৌখি। অহুগা মাধবপুরীগী ৱারী লীখি। অহুগা ক্ষীর হুরানবগী ৱারীসু লীখি। শ্রীনিত্যানন্দনা মহাপ্রভুগী দণ্ড থুদেকখি।

নৈনরোল

মাধবপুরীগী কথা অমসুং ক্ষীরচুরিগী কথা মধ্যলীলাগী মরিশুবা পরিচ্ছেদ-দা য়েংবিউ। অহুম্না সাক্ষীগোপালগী কথা মধ্যলীলাগী মঙাশুবা পরিচ্ছেদ-দা য়েংবিউ। দণ্ডভঞ্জনগী ৱাসু মঙাশুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিউ।

### মূল ৯৮—৯৯

ক্রুদ্ধ হইয়া একা গেলা জগন্নাথ দেখিতে।
দেখিয়া মূর্চ্ছিত হঞা পড়িলা ভূমিতে ॥ ৯৮ ॥
সার্ব্বভৌম লঞা আইলা আপন ভবন।
তৃতীয় প্রহরে হৈল প্রভুর চেতন ॥ ৯৯ ॥

### শব্দার্থ

ক্রুদ্ধ—শাউবা ; হইয়া—ওইদুনা ; একা—মথন্তা ; গেলা—চৎখি ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; দেখিয়া—দর্শন তৌরগা ; মূর্চ্ছিত—রাম্বুবা , হঞা—ওইদুনা ; পড়িলা—তুথখি ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; সার্ব্বভৌম—শ্রীপাদ সার্ব্বভৌমনা ; লঞা—পুদুনা ; আইলা—লাকখি ; আপন—মছাগী ; ভবন—য়ুমদা ; তৃতীয়—অহুমশুবা ; প্রহরে—প্রহরদা ; হৈল—ওইখি ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; চেতন—জ্ঞান তাবা।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

( শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা চৈ থুদেকপদা প্রভুনা ) শাউরদুনা মথন্তমক শ্রীজগন্নাথ দরশন তৌবা লেংখি। ( শ্রীজগন্নাথ ) দর্শন তৌরগা প্রভু রাম্বদুনা লৈপাক্তা তুথখি। শ্রীপাদ সার্ব্বভৌমনা য়ুমদা প্রভুবু পুরগা হনখি। অহুমশুবা প্রহরদা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান ফংখি ( হায়বদি রাম্বরুবদগী হন্থরকুনা জ্ঞান তাখি )।

### মূল ১০০

নিত্যানন্দ জগদানন্দ দামোদর মুকুন্দ।
পাছে আসি মিলি সভে পাইল আনন্দ ॥ ১০০ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীমন্নিত্যানন্দ ; জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ পণ্ডিত ; দামোদর—শ্রীদামোদর পণ্ডিত ; মুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ ; পাছে—তুংদা ; আসি—লাক্তুনা ; মিলি—তিন্নরগা ; সভে—পুম্নমক্না ; পাইল—ফংখি ; আনন্দ—নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীজগদানন্দ পণ্ডিত, শ্রীদামোদর পণ্ডিত, শ্রীমুকুন্দ—মখোয়সি তুংদা লাকুনা শ্রীমহাপ্রভুগা লোইনমক হুন্ডাইরম্মি।

### নৈনরোল

মূল পয়ারসিদা পল্লিবা ভক্তশিংসে প্রভুগা লোয়ননা নীলাচল দা লাক্‌মিল্লবনী। ভুবনেশ্বরগী লম্বীদা ভার্গী তুবেলগী তোর্ব্বান্দা শ্রীনিত্যানন্দনা প্রভুগী চৈশ্‌ থুদেকখিবা মতমদা প্রভুনা শাওরদুনা মথন্তমক মাং থানা লোক্তখংখিরম্মী; কোন্থদা মখোয়ময়াম্বসি য়োরকুনা সার্ব্বভৌমগী সঙ্গায়দা প্রভুগা উনখি।

### মূল ১০১

তবেত সার্ব্বভৌমে প্রভু প্রসাদ করিল।
আপন ঈশ্বরমূর্ত্তি তাঁরে দেখাইল ॥ ১০১ ॥

### শব্দার্থ

তবেত—মতুংদা; সার্ব্বভৌমে—শ্রীসার্ব্বভৌমবু, প্রভু—মহাপ্রভুনা; প্রসাদ—চান্‌বীবা; করিল—তৌখি; আপন—মহাগী; ঈশ্বরমূর্ত্তি—ঈশ্বর ওইবগী মূর্ত্তি; তাঁরে—মঙোন্দা; দেখাইল—উংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুংদা প্রভুনা সার্ব্বভৌমবু কৃপা তৌবিখি। মহাগী ঈশ্বর-মূর্ত্তি মঙোন্দা উহন্‌খি।

### নৈনরোল

ঈশ্বরমূর্ত্তি—মহাগী ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবা খুৎ-মরি লোঙবা মূর্ত্তি। মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদা মহাগী রূপ (শক) উৎখি—অহানবদা চতুর্ভুজ রূপ মতুংদা মহামকী রূপ শ্যামবর্ণ বংশী-পায়বা মূর্ত্তিদু উৎখি।

শ্রীচৈতন্যভাগবত লেংবা শ্রীবৃন্দাবন দাসনা হায়রিবদি ষড়ভুজ (খুৎ তরুক-লোঙবা) মূর্ত্তি উৎখি হায়। শ্রীচৈতন্য ভাগবত অন্ত্য খণ্ড ৩য় অধ্যায়।

## মূল ১০২-১০৩

তবে ত করিল প্রভু দক্ষিণগমন।

কূর্ম্মক্ষেত্রে কৈল বাসুদেব বিমোচন ॥ ১০২ ॥

জীয়ড়নৃসিংহে কৈল নৃসিংহ স্তবন।

পথে পথে গ্রামে গ্রামে নামপ্রবর্ত্তন ॥ ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

তবে ত—তুংদা ; করিল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; দক্ষিণ—থারম ; গমন—চেঙবা ; কূর্ম্মক্ষেত্রে—কূর্ম্মক্ষেত্রদা ; কৈল—তৌখি ; বাসুদেব—বাসুদেব কৌবা ৱিপ্রবু ; বিমোচন—লানৱিবা ; জীয়ড় নৃসিংহে—জীয়ড়-নৃসিংহদা ; কৈল—তৌখি ; নৃসিংহ—নরসিংহবু ; স্তবন—স্তুতি ; পথে পথে—লম্বী খুদিঙদা ; গ্রামে গ্রামে—খুল খুদিঙদা ; নাম—হরিনাম ; প্রবর্ত্তন—হৌদোকপা ( তৌখি )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা প্রভুনা খা-ভারতকী মায়কৈ পাংখি। কূর্ম্মক্ষেত্র কৌবা লমদমদা বাসুদেব কৌবা বিপ্রবু প্রভুনা উদ্ধার তৌবিখি। জীয়ড়নৃসিংহদা শ্রীনৃসিংহদেববু স্তুতি তৌখি। লম্বী খুদিঙদা খুল খুদিঙদা প্রভুনা হরিনাম শন্দোকখি।

## মূল ১০৪

গোদাবরীতীরে বনে বৃন্দাবন ভ্রম।

রামানন্দ রায় সনে তাহাঞি মিলন ॥ ১০৪ ॥

### শব্দার্থ

গোদাবরীতীরে—গোদাবরী তোর্ব্বান্দা ; বনে—বন-বু ; বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন অদুনী হায়না ; ভ্রম—লাম্না লৌবা ; রামানন্দরায় সনে—শ্রীরামানন্দ রায়গা লোয়ননা ; তাহাঞি—মফমদা ; মিলন—উনবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোদাবরী তুরেল তোর্ব্বান্দা বন উবদা শ্রীবৃন্দাবন-অদুনী হায়না লাম্না খনবা ( তৌখি )। মফমদুমক্তা রামানন্দরায়গা লোয়ননা উনখি।

## নৈনরোল

মতম পুম্বদা প্রভুনি শ্রীরাধাগী ভাব-তা লৈখি। মরমতুনা প্রভুগী পুক্লীডদা শ্রীবৃন্দাবন-বু মতম পুম্বদা নীঙগীঙভী; মরমতুনা গোদাবরী তোর্ব্বানগী বন অদুবু শেরাম্না শ্রীবৃন্দাবন ওইনা লৌখি।

### মুল ১০৫—১০৭

ত্রিমল্ল-ত্রিপদী-স্থান কৈল দরশন।
সর্ব্বত্র করিল কৃষ্ণনাম প্রচারণ ॥ ১০৫ ॥
তবেত পাষণ্ডিগণে করিল দলন।
অহোবল-নৃসিংহাদি কৈল দরশন ॥ ১০৬ ॥
শ্রীরঙ্গক্ষেত্র আইলা কাবেরীর তীর।
শ্রীরঙ্গ দেখিয়া প্রেমে হইলা অস্থির ॥ ১০৭ ॥

### শব্দাৰ্থ

ত্রিমল্ল ত্রিপদীদগী মাইল তরাক লাপ্না নোংপোক মাযকৈদা লৈবা শেষাচলা কৌবা পব্বত অদুনী ( পর্ব্বতসিগী মথক্তা বালাজী-মূর্ত্তি লৈ ), ত্রিপদী—আর্কোট জিলাগী মনুঙদা লৈবা লম্নী ( মফমসিদা শ্রীরামচন্দ্রগী বিগ্রহ লৈ ), স্থান—মফম, কৈল— তৌয়ি, দরশন—দর্শন; সর্ব্বত্র — মফম পুম্বদা, করিল তৌখি, কৃষ্ণনাম কৃষ্ণগী মিং, প্রচারণ — শন্দোকপা, তবেত অদুদগী, পাষণ্ডিগণে—পাষণ্ডিশিংবু; করিল- তৌখি, দলন —খুদুম চনবা, অহোবল-নৃসিংহ অহোবল কৌবা নৃসিংহ, আদি- নচিংবা; কৈল দরশন—দর্শন তৌখি, শ্রীরঙ্গক্ষেত্র - হৌজিক্কী শ্রীরঙ্গপত্তন, আইলা লাকখি, কাবেরীর তীর কাবেরী তুরেলগী তোর্ব্বান; শ্রীরঙ্গ শ্রীরঙ্গনাথ; দেখিয়া—দর্শন তৌরগা, প্রেমে —কৃষ্ণ প্রেমদা, হইলা - ওইখি, অস্থির— লাংতক্কবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ত্রিমল্ল ত্রিপদী দর্শন তৌখি। মফম পুম্নমক্তা কৃষ্ণনাম শন্দোকখি। অদুদগী পাষণ্ডিশিংবু খুদুম চনখি। অহোবল-নৃসিংহ-নচিংবসু দর্শন তৌখি। শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা লেপ্তলগা কাবেরীগী তোর্বান্দা শ্রীরঙ্গনাথ দর্শন তৌরগা কৃষ্ণ-প্রেম্না লৈফম থঙখিদে।

টীকা-খোরাক

শ্রীরঙ্গক্ষেত্র—তৌজিকী শ্রীরঙ্গপত্তন মুখকবচুনী। মফমসিদা শ্রীরঙ্গনাথ কৌবা বিষ্ণুমূর্ত্তি লৈ। মসি রামানুজীয় বৈষ্ণব-শিংগী প্রসিদ্ধ তীর্থস্থান অমনী।

## মূল ১০৮

ত্রিমল্লভট্টের ঘরে কৈল প্রভু বাস।

তাহাঞি রহিলা প্রভু বর্ষা-চারি মাস ॥ ১০৮ ॥

### শব্দার্থ

ত্রিমল্লভট্টের—ত্রিমল্লভট্টগী, ঘরে—যুমদা, কৈল—তৌখি, প্রভু - মহাপ্রভুনা, বাস—লৈবা ; তাহাঞি—মফমতুদা, রহিলা—লৈখি, প্রভু প্রভুনা, বর্ষা - নোংজুথা, চারি—মরি, মাস—থাবম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্রিমল্লভট্টগী যুমদা প্রভু লৈখি। মফমতুদা প্রভুনা লৈবম্বসি নোংজথা থা মরি চুপনী।

## মূল ১০৯

শ্রীবৈষ্ণব ত্রিমল্লভট্ট পরম পণ্ডিত।

গোসাঞির পাণ্ডিত্যপ্রেমে হইলা বিস্মিত ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবৈষ্ণব—শ্রীসম্প্রদায়ী ( রামানুজ-সম্প্রদায়ী ), বৈষ্ণব ; ত্রিমল্লভট্ট — শ্রীত্রিমল্লভট্ট, পরম—অযোবী থাকী ; পণ্ডিত—পণ্ডিত ; গোসাঞির — মহাপ্রভুগী, পাণ্ডিত্য প্রেমে—পণ্ডিত ওইবনে অদুগা কৃষ্ণপ্রেমে অদুদা, হইলা - ওইখি, বিস্মিত—ঙকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসম্প্রদায় বৈষ্ণব ত্রিমল্লভট্ট পরম পণ্ডিতনি। মহাক্না মহাপ্রভুগী পণ্ডিত ওইবগী মতৌ অমসুং কৃষ্ণদা লৈবা প্রেমগী মতৌ উবদা ঙকখি।

## মূল ১১০

চাতুর্মাস্য তাহাঁ প্রভু শ্রীবৈষ্ণব সনে।

গোঙাইলা নৃত্যগীত-কৃষ্ণসংকীর্তনে ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

চাতুর্মাস্য—শয়ন একাদশীদগী উথান-একাদশী ফাওবগী মতমবু চাতু-র্মাস্য কৌয়ি ; তাঁহা—মফমহুদা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; শ্রী বৈষ্ণব সনে—শ্রীবৈষ্ণবকা লোয়ননা ; গোঙাইলা—মতম লেনখি ; নৃত্য—জগোই ; গীত ঈশৈ ; কৃষ্ণসঙ্কীর্তনে—কৃষ্ণ-সঙ্কীর্তন-দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমহুদা শ্রীবৈষ্ণবকা লোয়ননা প্রভুনা চাতুর্মাস্যগী মতমহু জগোই-ঈশৈ অমদি কৃষ্ণ সঙ্কীর্তন তৌহুনা লেনখি।

### মূল ১১১

চাতুর্মাস্য অন্তে পুন দক্ষিণ গমন।
পরমানন্দপুরীসনে তাহাঞি মিলন॥ ১১১॥

### শব্দার্থ

চাতুর্মাস্য-অন্তে—চতুর্মাস্য লোইবদা ; পুন—অমুক হন্না ; দক্ষিণ গমন—খারোমদা চৎপা (তৌখি) ; পরমানন্দপুরী—শ্রীপরমানন্দপুরীগা লোয়ননা ; তাহাঞি—মফমহুদা ; মিলন—উনবা (ওইখি)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাতুর্মাস্য লোইরবদা অমুক প্রভু দক্ষিণ-লোমদা লেঙলী। মফমহুদা শ্রীপরমানন্দ পুরীগা লোয়নন উনখি।

### মূল ১১২

তবে ভট্টমারী হৈতে কৃষ্ণদাসের উদ্ধার।
রামজপি-বিপ্রমুখে কৃষ্ণনাম প্রচার॥ ১১২॥

### শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; ভট্টমারী—বামাচারী-সন্ন্যাসী মখল অমা ; হৈতে—দগী ; কৃষ্ণদাসের উদ্ধার—কৃষ্ণদাসবু লান্‌থীবা ; রামজপি—রামশোন্‌বা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণগী ; মুখে—চীন্না ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং ; প্রচার—শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচুদগী ভট্টমারীগী মফমদগী কৃষ্ণদাসবু কন্‌বিখি। রাম-নাম-শোন্‌বা ব্রাহ্মণ অমবু মচীন্দা কৃষ্ণনাম শোল্‌হন্‌খি।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণদাস**—মহাপ্রভুনা দক্ষিণ-দা লেঙবা মতমদা জল-পাত্র (ঈশীঙগী ফু) পুননবা কৃষ্ণদাস কৌবা বিপ্র অমা প্রভুগা লোয়নরম্মী।

**রামজপি-বিপ্র**—মতম পূম্বদা রাম-নাম জপ-তৌবা বিপ্র।

## মূল ১১৩

শ্রীরঙ্গপুরীর সহ হইল মিলন।

রামদাস-বিপ্রের কৈল দুঃখ-বিমোচন ॥ ১১৩ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরঙ্গপুরীর সহ—শ্রীরঙ্গপুরীগা লোয়নননা ; হইল—ওইখি ; মিলন —উনবা ; রামদাস-বিপ্রের—রামদাস কৌবা বিপ্রগী ; কৈল—তৌখি ; দুঃখ—অৱাবা ; বিমোচন—কোকহন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীরঙ্গপুরীগা লোয়নননা উনখি। রামদাস বিপ্রগী অৱাবস্তু কোকহন্‌বিখি।

## নৈনরোল

**শ্রীরঙ্গপুরী**—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্যনী।

**রামদাসবিপ্র**—মহাক শ্রীরামচন্দ্রগী সেবক ব্রাহ্মণনী। জগৎকী মমা সীতাদেবীবু হিংচাবা রাবণনা চুম্থুনা পুখি হায়বসিদা মহাক্না মথৱাই হক্না নুংঙাইতজরমদবনী। প্রভুনা মাগী অৱাবসি কোকহন্‌খিবগী ৱারীদি মতুংদা লাকপা ১১৯ পয়ারগী টীকা য়েংবিউ।

## মূল ১১৪

তত্ত্ববাদি-সহ কৈল তত্ত্বের বিচার।

আপনাকে হীনবুদ্ধি হৈল তা-সভার ॥ ১১৪ ॥

## শব্দার্থ

তত্ত্ববাদি সহ - তত্ত্ববাদীশিংগা লোয়ননা ; কৈল—তৌখি ; তত্ত্বের—তত্ত্বগী , বিচার নৈনবা , আপনাকে—মছা মছাবু ; হীনবুদ্ধি—তোল্লী হায়না খনবা , হৈল-ওইখি ; তা সভার —মখোয় লোইনমকী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ববাদীশিংগা লোয়ননা তত্ত্বগী বিচার তৌনখি । মখোয়শিংদুনা মছা মছাবু তোল্লী হায়না লৌজখি ।

## নৈনরোল

তত্ত্ববাদী মখোযসি মধ্বাচার্য্যগী সম্প্রদায় মন্থ চনবনী ।

## মূল ১১৫

অনন্ত পুরুষোত্তম শ্রীজনার্দ্দন ।

পদ্মনাভ বাসুদেব কৈল দরশন ॥ ১১৫ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনন্ত, পুরুষোত্তম, শ্রীজনার্দ্দন, পদ্মনাভ, বাসুদেববু প্রভুনা দর্শন তৌখি ।

## মূল ১১৬

তবে প্রভু কৈল সপ্ততাল-বিমোচন ।

সেতুবন্ধস্নান রামেশ্বর দরশন ॥ ১১৬ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; প্রভু—মহাপ্রভু ; কৈল—তৌখি ; সপ্ততাল-বিমোচন—তাল পাম্বী তরেৎ লানবীবা ; সেতুবন্ধস্নান—সেতুবন্ধদা স্নান ; রামেশ্বর-দরশন- রামেশ্বর দর্শন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা তাল পাম্বী তরেৎপু লানবীখি । অদুগা সেতুবন্ধদা স্নান তৌরি অমসুং রামেশ্বর দর্শন তৌখি ।

## নৈনবোল

**সপ্ততাল-বিমোচন**—প্রভুনা কোন্‌থিবুনা তাল পাম্বী জরেৎপু উদ্ধার তৌবিখি। মসিগী রাদি মধ্যলীলাগী মাপনগুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিউ।

### মূল ১১৭

তাহাঞি করিল কূর্ম্ম-পুরাণ-শ্রবণ
মায়াসীতা নিল রাবণ—তাহাতে লিখন ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

তাহাঞি—মফমদুদা ; করিল—তৌখি ; কূর্ম্ম-পুরাণ—কূর্ম্ম-পুরাণ তাখি ; মায়াসীতা—অগুইবা-নত্তবা সীতা ; নিল—পুখি ; রাবণ—রাবণ নিংথৌ ; তাহাতে—মদুদা ; লিখন—ইবা ( তৌয়ি )।

#### মৈতৈলোন্দা ইল্দোকপা

মফমদুদা কূর্ম্ম-পুরাণ পাঠ তৌরম্বদু তারুই। পুরাণ অদুদা রাবন্না হূবদি মায়া সীতানী ( অশেংবা সীতা নত্তে ) হায়না ইরম্মী।

### মূল ১১৮

শুনিয়া প্রভুর হৈল আনন্দিত মন।
রামদাস বিপ্রের কথা হইল স্মরণ ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

শুনিয়া—নাকোংনা তারগা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; হৈল—ওইখি ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; মন—পূক্নীং ; রামদাস বিপ্রের—রামদাস বিপ্রগী ; কথা—ৱা ; হইল—ওইখি ; স্মরণ—নীংশীংবা।

#### মৈতৈলোন্দা ইল্দোকপা

মাতু নাকোংনা তাবদা প্রভুগী পূক্নীং নুংঙাইখি। রামদাস বিপ্রগী ৱা নীংশীংখি।

### মূল ১১৯

সেই পুরাতন পত্র আগ্রহ করি নিল।
রামদাসে দেখাইয়া দুঃখ খণ্ডাইল ॥ ১১৯ ॥

সেই—মতুমক ; পুরাতন—অমন্‌বা ; পত্র—চেনা ; আগ্রহ করি—খৌরাংনা ; নিল—লৌখি ; রামদাসে—রামদাসদা ; দেখাইয়া—য়েংহল্লগা ; দুঃখ—নুংঙাইতবা ; খণ্ডাইল—কোকহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেনা অমন্‌বা অতুমক থরাই য়াওনা প্রভুনা লৌরগা রামদাস বিপ্রদা য়েংহন্দুনা মাগী নুংঙাইরম্‌দবতু কোকহন্‌খি

## নৈনরোল

**সেই পুরাতন পত্র**—রাবণ নিংথৌনা মায়াসীতাবু হূখিবনী, অশেঙবা সীতাবুদি হূবা ঙমদে হায়বা রাসি কূর্ম্ম-পুরাণগী লামাই অমদা ইরম্মী। প্রভুনা মতুগী মহুত্তা অনৌবা চে অমদা ইথোকহল্লগা, অমন্‌বা চেনাতুমক পুতুনা লেঙঙকখি অতুগা মতু রামদাসবিপ্রদা উংখি। রাবন্না অশেঙবা সীতাবু শোকপা ঙমদে হায়বা হেক খঙবগা মাগী নুংঙাইরমদবতু কোকৃখি।

## মূল ১২০

ব্রহ্মসংহিতা কর্ণামৃত দুই পুঁথি পাঞা।
দুই পুস্তক লঞা আইলা উত্তম জানিয়া ॥ ১২০ ॥

## শব্দার্থ

ব্রহ্মসংহিতা—ব্রহ্মসংহিতা কৌবা লাইরীক ; কর্ণামৃত—শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীক ; দুই—অনী ; পুঁথি—লাইরীক ; পাঞা—ফংনা ; দুই পুস্তক—লাইরীক অনীতু ; লঞা—পুরক্তুনা ; আইলা—লাকখি ; উত্তম—অথোইবনী ; জানিয়া—খঙদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দাক্ষিণাত্যদা কোইরুবদা ) প্রভুনা ব্রহ্মসংহিতানে শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃতনে লাইরীক অনীসি ফংদুনা অনীমক অফবা ঙাক্নী হায়বা খঙদুনা পুরকৃখি।

## মূল ১২১

পুনরপি নীলাচলে গমন করিল।
ভক্তগণ মিলি স্নান-যাত্রা দেখিল ॥ ১২১ ॥

নিত্যানন্দ ; সার্ব্বভৌম—শ্রীপাদ সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; আগ্রহ করিয়া — থরাই য়াওনা ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; আইলা—লাকখি , মহাপ্রভুকে —মহাপ্রভুবু ; লইয়া—পুদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ খরনী ভক্তশিংগী লোয়নন্না প্রভু আলালনাথদা লৈখি । অতুদগী গৌড়দেশগী ভক্তশিং লাক্নে হায়বা পাও ফংখি । অতুদা শ্রী নিত্যানন্দ অমসুং সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মথরাইমক য়াওনা মহাপ্রভুবু পুরক্লুনা নীলাচলদা লাক্লি ।

## মূল ১২৫

বিরহে বিহ্বল প্রভু—না জানে রাত্রিদিনে ।

হেনকালে আইলা গৌড়ের ভক্তগণে ॥ ১২৫ ॥

### শব্দার্থ

বিরহে—কৃষ্ণগী কায়নবদা ; বিহ্বল—বিভুলা ( চুই ), পানগী বা খঙলমদে , প্রভু—প্রভুনা ; না জানে—খঙদে ; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল মশক ; হেন-কালে—মতম অসিদাইদা ; আইলা—লাকখি ; গৌড়ের গৌড়গী ; ভক্তগণে—ভক্তশিংনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী কায়নবদা বিভুলা চুরদুনা অহিং নুংথিলগী মশক খঙলমদে প্রভুদা । মতম অসিদাইদনী গৌড়গী ভক্তশিংনা লাক্লমদে ।

## মূল ১২৬

সঙ্গে মিলি যুক্তি করি কীর্ত্তন আরম্ভিল ।

কীর্ত্তন আবেশে প্রভুর মন স্থির হৈল ॥ ১২৬ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্গে—পুন্নমক্না ; মিলি—তিল্লগা ; যুক্তি করি—বা তানবুগা ; কীর্ত্তন —নাম শোনবা ; আরম্ভিল—হৌখি ; কীর্ত্তন-আবেশে—কীর্ত্তনগী মযাইদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; মন—পুক্নীঙ ; স্থির—ভপু থবা, হন্থবা ওইখি ।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

ময়াম পুম্নমক তিন্নদুনা যুক্তি তৌনরগা নামসঙ্কীর্ত্তন হৌখি। কীর্ত্তনগী ময়াইনা প্রভুগী পুক্নীঙ লৈত্নখি।

## মূল ১২৭

পূর্ব্বে যবে প্রভু রামানন্দেরে মিলিলা।
নীলাচলে আসিবারে তাঁরে আজ্ঞা দিলা ॥ ১২৭ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; যবে—মতমদুদা ; প্রভু—প্রভুনা ; রামানন্দেরে—রামানন্দবু ; মিলিলা—থেংনখিরুমী ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; আসিবারে—লাক্ননবা ; তাঁরে—মঙোন্দা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিলা—পীরুমী।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা প্রভুনা রামানন্দরায়গা উনখিবা মতমদুদা নীলাচলদা লাকউহায়না মঙোন্দা প্রভুনা য়াথং তাউথখি।

## মূল ১২৮

রাজ-আজ্ঞা লঞা তেঁহো আইলা কথোদিনে
রাত্রিদিনে কৃষ্ণকথা রামানন্দ সনে ॥ ১২৮ ॥

### শব্দার্থ

রাজ-আজ্ঞা (প্রতাপরুদ্র) নিংথৌগী য়াথং ; লঞা—লৌরগা ; তেঁহো—মতাক্না ; আইলা—লাকখি ; কথোদিনে—নুমীৎ খরা ; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী ৱারী ; রামানন্দ সনে—রামানন্দগা লোয়নননা।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

নিংথৌগী য়াথং লৌরগা শ্রীরামানন্দ রায় নুমীৎ খরনী লাকখি। অহিং-নুংথিল চুপ্না রামানন্দগা লোয়ননা প্রভুনা কৃষ্ণগী মরমদা ৱারী শানখি।

### তৈমনরোল

রায়-রামানন্দদি রাজা প্রতাপরুদ্রগী য়াম্না চাউবা কর্ম্মচারী অমনী। মরমহৌনা থবকী মফম থাদোক্লুনা ল্যাকখিবগীদমক নিংথৌগী য়াথং লৌখি।

মূল ১২৯

কাশীমিশ্রে কৃপা প্রদ্যুম্নমিশ্রাদি-মিলন ।
পরমানন্দ পুরী-গোবিন্দ-কাশীশ্বরাগমন ॥ ১২৯ ॥

শব্দার্থ

কাশীমিশ্রে কৃপা কাশী মিশ্রদা চানবীবা ; প্রদ্যুম্নমিশ্রাদি—প্রদ্যুম্ন মিশ্রনচিংবগা ; মিলন—উনবা ; পরমানন্দ পুরী-গোবিন্দ-কাশীশ্বর-আগমন—পরমানন্দ পুরী, গোবিন্দ অমসুং কাশীশ্বরনা লাকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীমিশ্রবু কৃপা তৌবিখি ; প্রদ্যুম্নমিশ্রমচিংবগা উনখি । পরমানন্দ গোবিন্দ অহুগা কাশীশ্বর লাকখি ।

মূল ১৩০

দামোদর-স্বরূপ-মিলনে পরম আনন্দ ।
শিখিমাহিতী-মিলন রায় ভবানন্দ ॥ ১৩০ ॥

শব্দার্থ

দামোদর-স্বরূপ-মিলন শ্রীদামোদর স্বরূপকা উনবা , পরম—খম্লথেঙবা ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; শিখিমাহিতী-মিলন—শিখিমাহিতীগা উনবা , রায় ভবানন্দ— ভবানন্দ রায় ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীদামোদর স্বরূপকা উনখি, অদুদা খম্লথেঙবা নুংঙাইখি । শিখিমাহিতীগসু উনখি অহুগা ভবানন্দ রায়গসু উনখি ।

মূল ১৩১

গৌড়দেশ হৈতে সব বৈষ্ণবের আগমন ।
কুলীন-গ্রামবাসি-সঙ্গে প্রথম মিলন ॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

গৌড়দেশ হৈতে—গৌড়দেশদগী , সব—পুম্নমক ; বৈষ্ণবের— বৈষ্ণব-শিংগী ; আগমন—লাকপা ; কুলীন-গ্রামবাসি-সঙ্গে—কুলীন-গ্রামবাসী-শিংগা লোয়নবা ; প্রথম—অহানবা ; মিলন—উনবা ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

গৌড়দেশদগী বৈষ্ণব পুম্নমক লাক্খি। কুলীনগ্রামবাসীশিংগা লোয়ননা ইত্থান্-হানুবা উনখি।

## মূল ১৩২

নরহরিদাস-আদি যত খণ্ডবাসী।
শিবানন্দসেন-সঙ্গে মিলিলা সভে আসি ॥ ১৩২ ॥

### শব্দার্থ

নরহরিদাস-আদি—শ্রীনরহরিদাসনচিংবা ; যত— কয়া ; খণ্ডবাসী—শ্রীখণ্ডদা লৈবা মীশিং ; শিবানন্দসেন সঙ্গে—শিবানন্দসেনগা লোয়ননা ; মিলিয়া—উনখি ; সভে—পুম্নমক ; আসি—লাকুনা।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

শ্রীনরহরিদাসনচিংবা মীশিংগা অমস্থং শিবানন্দ সেনগা লোয়ননা লোইনমক লাকুনা প্রভুগা উনখি।

## মূল ১৩৩

স্নানযাত্রা দেখি প্রভু সঙ্গে ভক্তগণ
সভা লঞা কৈল প্রভু গুণ্ডিচা-মার্জ্জন ॥ ১৩৩ ॥

### শব্দার্থ

স্নানযাত্রা—জগন্নাথদেবগী স্নানযাত্রা ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; প্রভু—প্রভু ; সঙ্গে—লোয়ননা ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; সভা—ময়ামপুম্বা ; লঞা—লোয়ননা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; গুণ্ডিচা—গুণ্ডিচা-মন্দির ; মার্জ্জন—শেংদোকপা।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা স্নানযাত্রা দর্শন তৌরগা ময়াম পুম্নমক লোয়ননা প্রভুনা গুণ্ডিচামন্দির মার্জ্জন তৌখি।

## মূল ১৩৪

সভাসঙ্গে তবে রথযাত্রা-দরশন।
রথ-আগে নৃত্য করি উদ্যান গমন ॥ ১৩৪ ॥

## শব্দার্থ

সভা সঙ্গে—মযাম পুম্বগা লোয়নননা ; হবে অতুদগী ; রথযাত্রা—কাংচিংবা : দরশন - দর্শন ( তৌখি ) , রথ-আগে—কাংগী মমাঙদা ; নৃত্য করি জগোই শারগ ; উদ্যান—লৈকোন্দা ; গমন—চৎপা (তৌখি) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম-পুম্বগা লোয়নননা প্রভু রথযাত্রা দর্শন তৌখি । কাংগী মাঙদা জগোই শারগা উদ্যান-দা লেংশল্লী ।

## নৈনরোল

**উদ্যান-গমন** – রথযাত্রাগী মতমদা গুণ্ডিচামন্দিরদা থুংগিদৈরী মমাঙদা শ্রীজগন্নাথগী রথ বলগন্ডিদা ডাইহাক লেপ্পী , মফমতুদা তিল্লম্বা মীশিংনা লন্নাই লন্নাই পুইনা জগন্নাথদা ভোগ কৎলী (লূক) : লূক কৎলিঙৈ মরক্তুদা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়নননা মনাক্তা লৈবা লৈকোন্দুদা পোথাখি । ২ . ১৩ । ১৯৭—২০৫ য়েংবিউ ।

## মূল ১৩৫

প্রতাপরুদ্রেরে কৃপা কৈল সেইস্থানে ।

গৌড়িয়াভক্তে আজ্ঞা দিল বিদায়ের দিনে ॥ ১৩৫ ॥

## শব্দার্থ

প্রতাপরুদ্রেরে - প্রতাপরুদ্রবু , কৃপা কৈল চানবীখি ; সেই স্থানে মফম অতুদা ; গৌড়িয়া ভক্তে—বঙ্গদেশকী ভক্তশিংদা . আজ্ঞা—য়াথং . দিল—পিখি ; বিদায়ের—বিদায়গী ; দিনে—নুমীতদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমতুদা (উদ্যানদা) লৈংথো প্রতাপরুদ্রবু কৃপা তৌবিখি । গৌড়িয়া ভক্তশিংনা বিদায় লৌবা নুমীত্তা প্রভুনা য়াথং তাওখি ।

## নৈনরোল

**প্রতাপরুদ্রেরে কৃপা**— প্রভুনা লৈকোন্দা পোথারিঙৈদা সার্ব-ভৌমনা তাকপা মতুং ইন্না রাজা প্রতাপরুদ্রনা রাজবেশ থাদোক্লগা

বৈষ্ণবকী বেশ থোল্লগা লৈকোন্দা চঙল্লম্মী অতুগা মঙ্গলতুদা লৈরগা বৈষ্ণবশিংগী য়াথং লৌরগা লৈপাক্তা চেপ্লগা মহাপ্রভুগী খোঙ নোইবা হৌখি অতুগা টৌন্দনা রাস-পঞ্চাধ্যায়গী "জয়তি তেঽধিকং"—নচিংবা শ্লোক অতু য়াওবা অধ্যায়তু থীরম্মী ; অসুম থীথরক্পতুনা 'তব কথামৃতং" হায়বা শ্লোক অতু পীরকপা মতমদা প্রেমাবেশদা মহাপ্রভুনা হৌগৎলগা প্রতাপরুদ্রবু চেংনা কোন্বিরগা মহে য়াল্হন্বিখি। মসিনী নিংথৌদা প্রভুনা তৌখিবা কৃপাদি। ১ ১৪/৪ -১৫ ।। য়েংবিয়ু ।।

## মূল ১৩৬

প্রতাপরুদ্র আসিবে রথ-যাত্রা-দরশনে।
এই ছলে চাহে ভক্তগণের মিলনে ।। ১৩৬ ।।

## শব্দার্থ

প্রতাপরুদ্র—চহী বুদিঙ ; আসিবে—লাকউ ; রথ-যাত্রা-দরশনে—রথযাত্রা দর্শন য়াওবা ; এই—অসি ; ছলে—তাংনা ; চাহে—পাম্মী ভক্তগণের—ভক্তশিংগা ; মিলনে—উনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা য়াথং হাওখি) চহী বুদিঙ রথযাত্রা দর্শন তৌবা লাকউ অসুম্না লাং তৌবগা ভক্তশিংগা উনবা পাম্মি।

## মূল ১৩৭

সার্ব্বভৌমঘরে প্রভুর ভিক্ষাপরিপাটী।
ষাঠীর মাতা কহে যাহাতে রাণ্ডী হউক ষাঠী ।। ১৩৭ ।।

## শব্দার্থ

সার্ব্বভৌমঘরে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী য়ুমদা ; প্রভুর—প্রভুগী ভিক্ষাপরিপাটী—ভিক্ষাচঙথোনবা ; ষাঠীর—সার্ব্বভৌমভট্টাচার্য্যগী মচানুপী ষাঠী হায়বীতুগী ; মাতা—মমা। সার্ব্বভৌমগী মনুপী ; কহে—হায়রম্মী ; যাতে—মতুনা ; রাণ্ডী—লুখ্রাবী, হউক—ওইসনু ; ষাঠী—ষাঠী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা মহাপ্রভুগী প্রসাদ খুম্নবা চঙথোক্লা থৌবাং তৌখি। মাঠীগী মমানা মচানুপীবু লুগ্রাবী ওইসনু হায়না শাপ তৌখি।

**নৈনবোক**

রথযাত্রাগী মতুঙদা গৌড়িয়া ভক্তশিংনা মরৈবাক্তা হনুখরা মতুঙদা থা পুদিঙ্কী মমীং মঙালী সার্ব্বভৌম ভাট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুবু ভিক্ষা ( চাবা ) তৌহল্লী। ভট্টাচার্য্যগী ঠৌবাণীনা মথল মথাগী অহাউ-অহাউবা পোং প্রভুগীদমক থোংলম্মী। নোংমা প্রভুনা চাক ফংগে হায়না ফমথবা মতমদা সার্ব্বভৌমগী মচানুপী মাঠীবু লোইবা মমাক অমোঘ কৌবা ব্রাহ্মণ অতুনা অবাপ্পদগী য়েংলগা হায়রম্মী — 'চাকয়ামশিনা তরামুক হনবা মীনা পেম্মা চাগনী। সন্ন্যাসী মথন্তনা অমুক য়াম্বনি চাবা।" মসি তাবগা সার্ব্বভৌমনা য়েংথোরকপদা অমোঘ চেনখ্রে। সার্ব্বভৌমনা মথরাই শোকখিত্রুনা অমোঘদা শাপ তৌখি ; অসেমদনা অমুক সার্ব্বভৌমগী লুপীনা ময়ামপাগী মচীন্দা সন্ন্যাসীবু নিন্দা তৌবদু তাহুন নুংঙাইতবদগী হৃদাক-কোকদা খুংতুম থুরগা হায়রম্মী—"ঐগী ইচানুপী ষাঠীদু লুগ্রা ওইসনু হায়বদি প্রভুবু নিন্দা তৌবিবা অমোঘ শিরসনু।" ২/১২ অধ্যায়।

অমোঘতা পান্নবা হায়রিনা ষাঠী-মানা মচানুপী লুগ্রা ওইসনু হায়বনী, প্রভুবু নিন্দা তৌবা পাষণ্ডীন হিংবগী কনি কান্নবগে ? মহাভৌদি শিবনা হেন্না ফৈ। অম্নাম্না মতমদা মঙ্গা ওইবীশিংনা থরাই নুংঙাইত্রবা মতমদা মচা-মচাদা হায়- 'নণ্ডদ হেক শিরো'। ষাঠীগী মমাগী রাহৈন্থু অশিংগুম্বনী। ষাঠীনা লুগ্রাবী ওইবদুনা মহাক্কী উদ্দেশ্য মক ওইবা নত্তে, অসিগুম্বা পাষণ্ডীগা মপুরোইবনী হায়না লৈমিংগদৌবগী শরকপুদি লুগ্রাবী ওইবনা হেন্না ফৈ হায়বসি মাগী আক্ষেপ—উক্তিগী মখুংতনখ্রবা অথং' ( মর্ম্মনী )।

**মূল ১৮৩**

বর্ষান্তরে অদ্বৈতাদি ভক্ত আগমন।
শিবানন্দ সেন করে সবার পালন॥ ১৩৮॥

**শব্দার্থ**

বর্ষান্তরে—মতুঙ চহী অমা চহীদা, অদ্বৈতনচিংবা ; ভক্ত-আগমন ভক্তশিংনা লাকপা (তৌখি), শিবানন্দসেন শ্রীশিবানন্দ সেন ; করে তৌরি ; সভার—ময়াম পুম্বগী, পালন য়েংশিন-খোৎচনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৃভংগী চহীদা অদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিং লাক্‌খি। মখোয়গী চাব-স্বরূপগী য়েংশনবদি শিবানন্দ সেন হায়বা ভক্তনা তৌখি।

## মূল ১৩৯

শিবানন্দের সঙ্গে আইলা কুকুর ভাগ্যবান।
প্রভুর চরণ দেখি কৈল অন্তর্ধান ॥ ১৩৯ ॥

## শব্দার্থ

শিবানন্দের—শিবানন্দগা ; সঙ্গে লোয়ননা ; আইলা লাক্‌খি ; কুকুর —হুই ; ভাগ্যবান – লাইবক-ফবা ; প্রভুর প্রভুগী ; চরণ— ... ; দেখি—য়েংলগা, দর্শন তৌবগা ; কৈল তৌখি ; অন্তর্ধান শক টুংলবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবানন্দগা লোয়নননা লাইবক-ফবা হুই অমা লাক্‌খি। প্রভুগী চরণ দর্শন তৌরবা মতুংদা শিখি।

## তৈনবরোল

কুম অমা শিবানন্দগা লোয়ননা হুই অমা নীলাচলদা লাক্‌খি। লম্বীদা নোংমদি করিগুম্বা থবক অমগীদমক শিবানন্দ মফম অমদা চংন্নবা মরম্না হুইদুগী মচীঞ্চাক পীরমদে। হুইস্তু কদোমদনো চংথোক্‌খরে। শিবানন্দ লেংলক্লগা কোয়থী থীবদা হুইদুবু ফংবা লৈখিদ্রে। কোন্নংদা মখোয়না নীলাচল য়োরগা হুইদু প্রভুগী চরণ-নাক্তা প্রভুনা পীজবা মূবী প্রসাদ চানুনা লৈরম্বা অদুগা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" হায়না শোল্লমতু থোকখি। হুইনী নীলাচলদা মবাই থাখি। কবিকর্ণপুরগী শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক অদুগী মত মতুং ইন্না গৌদোকসী থোক্‌পদি প্রভুনা বৃন্দাবন লেংড্রিঙৈগী মমাঙদনী।

## মূল ১৪০

পথে সার্ব্বভৌমসহ সভার মিলন।
সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যের কাশীতে গমন ॥ ১৪০ ॥

## শব্দার্থ

পথে— (শ্রীক্ষেত্র চৎপগী) লম্বীদা ; সার্ব্বভৌমসহ— সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা লোয়ননা ; সভার মিলন—গৌড়ীয় ভক্তশিংগা থেংনবা থোকখি ;

সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যের—সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কাশীতে—কাশীদা : গমন—চৎপা ( ওইখি )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীক্ষেত্র চংপগী) লম্বীদা গৌড়ীয় ভক্তশিংনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা উনখি। (মতমতুদা) সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য কাশীরোম পাংলম্মী।

## মূল ১৪১

প্রভুরে মিলিলা সর্ব্ব বৈষ্ণব আসিয়া।
জলক্রীড়া কৈল প্রভু সভারে লইয়া ॥ ১৪১ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুরে—প্রভুবু : মিলিলা—উনখি : সর্ব্ব বৈষ্ণব—বৈষ্ণব পুম্নমক : আসিয়া—লাকুনা। জলক্রীড়া—জলকেলি ( ঈশীংদা শান্নবা ) ; কৈল—তৌখি : প্রভু—প্রভুনা : সভারে—ময়াম পুম্বু : লইয়া—পুতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্নমক লাকুনা প্রভুবু উনখি। প্রভুনা ময়ামতুবু পুরগা জলকেলি শান্নখি।

## মূল ১৪২

সভা লঞা কৈল গুণ্ডিচাগৃহ সম্মার্জ্জন।
রথযাত্রা দরশনে প্রভুর নর্ত্তন ॥ ১৪২ ॥

## শব্দার্থ

সভা—ময়াম পুম্বব : লঞা—পুতুনা : কৈল—তৌখি : গুণ্ডিচাগৃহ—গুণ্ডিচাশঙ : সম্মার্জ্জন—তৈথোক-শেংদোকপা ; রথযাত্রা—কাংচিংবা : দরশনে—দর্শন তৌবদা : প্রভুর—প্রভুগী ; নর্ত্তন—জগোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম পুম্বব পুরগা গুণ্ডিচা-শঙ শেংদোকখি। রথযাত্রা দর্শন তৌবদ প্রভুনা জগোই শাখি।

## মূল ১৪৩

উপবনে কৈল প্রভু বিবিধ বিলাস।
প্রভুর অভিষেক কৈল বিপ্র কৃষ্ণদাস ॥ ১৪৩ ॥

## শব্দার্থ

উপবনে—লৈকোন্দা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; বিবিধ—মখলমখাগী ; বিলাস—লীলা ; প্রভুর—প্রভুগী ; অভিষেক—স্নানগীদমক অভিষেক ( ঈশীঙ হৈথবা ) ; কৈল—তৌখি ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৈকোন্দা প্রভুনা মখল-মখাগী লীলা শান্নখি। বিপ্র কৃষ্ণদাসনা প্রভুগী অভিষেক তৌখি ( ঈশীঙ হৈছুনা স্নান তৌহনখি )।

## মূল ১৪৪

গুণ্ডিচাতে নৃত্য অন্তে কৈল জলকেলি।
হোরা পঞ্চমীতে দেখিল লক্ষ্মীদেবীর কেলি ॥ ১৪৪ ॥

## শব্দার্থ

গুণ্ডিচাতে—গুণ্ডিচাদা ; নৃত্য—জগোই ; অন্তে—লোইরবদা ; কৈল তৌখি ; জলকেলি—ঈশীঙদা শান্নবা ; হোরা পঞ্চমীতে—কাংচিংবগী মতুং মঙানী পানবা ( পঞ্চমী তিথি ) অদুদা ; দেখিল—লক্ষ্মীদেবীগী ; কেলি—শান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ্ডিচাদা জগোই শাবা লোইরগা প্রভুনা জলকেলি শান্নখি। হোরা পঞ্চমীদা লক্ষ্মীদেবীগী শান্নবা য়েংখি।

## নৈনরোল

**হোরাপঞ্চমী** রথযাত্রা লুমীংকা তেক থানবা পঞ্চমী তিথিবু হোরা-পঞ্চমী কৌয়ি। লুমীংসিদা লক্ষ্মীদেবীনা মনাইশিংগা লোয়ননা অরৈবা ঐশ্বর্য্য ফোঙদোকুনা শ্রীমন্দিরদগী লেঙথোক্লগা শ্রীজগন্নাথগী সেবকশিংবু করি হায়নী শ্রীজগন্নাথগী রথবুসু য়ৈছুনা শাস্তি পী। হোরা-গী অর্থদি চংপা হায়বনি ; মঙানী শুবা তিথিসিদা লক্ষ্মীদেবীনা মাপাণ থোরকয়ি হায়দুনা লুমীংসিবু হোরা পঞ্চমী কৌয়ি। মহাকপু থাদোকুনা শ্রীজগন্নাথনা সুন্দরাচল-দা লেঙখি হায়দুনা জগন্নাথবু শাউবদু ফোঙদোকুবা হায়দুনা জগন্নাথগী দাস-দাসীশিংবু—করি হায়নী মহাকী রথ ফাওববু—শাস্তি পীবগী লীলা ( কেলি ) শান্নখি।

## মূল ১৪৫

কৃষ্ণজন্মযাত্রাতে প্রভু গোপবেশ হৈলা।
দধিভার বহি তবে লগুড় ফিরাইলা ॥ ১৪৫ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণজন্মযাত্রাতে – শ্রীজন্মাষ্টমীদা ; প্রভু—প্রভুনা ; গোপবেশ—গোপীগী ফিজোল থোন্‌বা ; হৈল—ওইখি ; দধিভার—শঙ্গোমফম্বগী চঙ্কু পননবা চৈ ; বহি—পুহুনা ; তবে—অতুদগী ; লগুড়—চৈ ; ফিরাইলা—কোয়হাই হাইরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণজন্ম নুমীত্তা প্রভুনা গোপগী বেশ থোন্‌খি। দধি-পুননবা চৈ পুরগা অতুদগী চৈদু কোয়হাই হাইতুনা শান্নখি।

## নৈনরোল

শঙ্গোম য়োন্‌বা গোয়ালাগী মতৌ তনদুনা প্রভুনা দধিভারদু লেংবান্দা হাপ্লগা পুরম্মী অতুদগী চৈদু কোয়হাই হাইদুনা শান্নখি।

## মূল ১৪৬

গৌড়ের ভক্তগণে তবে করি বিদায়।
সঙ্গের ভক্ত লঞা করে কীর্ত্তন সদায় ॥ ১৪৬ ॥

## শব্দার্থ

গৌড়ের—গৌড়গী হায়বদি বঙ্গদেশগী ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদু ; তবে—অতুদগী ; করিল বিদায়—বিদায় তৌখি ; সঙ্গের—লোয়নরম্বা ; ভক্ত লঞা—ভক্তশিংগা লোয়ননা ; করে—তৌরি ; কীর্ত্তন—সংকীর্ত্তন ; সদায়—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী গৌড়দেশগী ভক্তশিংদা বিদায় পীখি। লোয়নরিবা ভক্তশিংগা লোয়ননা মতম পুম্বদা কীর্ত্তন তৌরি।

## নৈনরোল

**সঙ্গের ভক্ত**—প্রভুগা লোয়ননা নীলাচলদা মতমপুম্বদা লৈমিন্নবা ভক্তশিং।

### মূল ১৪৭

বৃন্দাবন যাইতে কৈল গৌড়েরে গমন।
প্রতাপরুদ্র কৈল পথে বিবিধ সেবন ॥ ১৪৭ ॥

#### শব্দার্থ

বৃন্দাবন—বৃন্দাবনলোমদা ; যাইতে—লেঙবদা ; কৈল—তৌখি ; গৌড়েরে—গৌড়দেশগী মায়কৈদা ; গমন—চংপা ; প্রতাপরুদ্র—নিংথৌ প্রতাপরুদ্রনা ; কৈল—তৌখি ; পথে—লম্বীদা ; বিবিধ—মখল-মখাগী ; সেবন—সেবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বৃন্দাবন লেঙবদা গৌড়রোমদা লেঙখী ; লম্বীদা নিংথৌ প্রতাপ-রুদ্রনা সেবা মখল-মখা তৌখি।

### মূল ১৪৮

পুরী গোস্বাঞি সঙ্গে বস্ত্র-প্রদান-প্রসঙ্গ।
রামানন্দরায় আইলা ভদ্রক পর্য্যন্ত ॥ ১৪৮ ॥

#### শব্দার্থ

পুরী গোসাঞি—পুরী গোস্বামী ; সঙ্গে—লোয়ননা ; বস্ত্র—ফী ; প্রদান—পীবা ; প্রসঙ্গ—ৱাফম ; রামানন্দ রায়—শ্রীরামানন্দ রায় ; আইল—লাকখি ; ভদ্রক পর্য্যন্ত—ভদ্রক হায়বা লমদমফু ফাওবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরী গোস্বামীগী মখুত্তা ফী পুহনখিবা ( শচীমাতাদা পীরন্নবা ) অদুগী ৱাফমনী। শ্রীরামানন্দ রায়না ( প্রভুবু থীন্দোকপা ) ভদ্রক তাম্না লাকখি।

### মূল ১৪৯

আসি বিদ্যাবাচস্পতিগৃহেতে রহিলা।
প্রভুরে দেখিতে লোকসঙ্ঘট্ট হইলা ॥ ১৪৯ ॥

### শব্দার্থ

আসি —( গৌড়দেশদা ) লেঙলক্লগা ; বিদ্যাবাচস্পতিগৃহেতে—বিদ্যাবাচস্পতিগী য়ুমদা ; রহিলা—লৈখি ; প্রভুরে—প্রভুবু ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; লোকসঙ্ঘট্ট—মীয়াম তিন্‌বা ; হইলা—ওইখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ( গৌড়দেশদা ) লেঙলক্লগা বিদ্যাবাচস্পতিগী য়ুমদা লৈখি প্রভুবু দর্শন তৌবা মীয়াম য়াম্না তিন্‌খি ।

## নৈনরোল

**বিদ্যাবাচস্পতি**- মহাক অসি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ভাইনী ; গৌড়দেশগী কুমারহট্টগ্রামদা লৈরম্বনী ।

### মূল ১৫০

পঞ্চদিন দেখে লোক নাহিক বিশ্রাম ।
লোকভয়ে রাত্র্যে প্রভু আইলা কুলিয়াগ্রাম ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

পঞ্চদিন—নুমীৎ মঙানী ; দেখে—দর্শন তৌরি ; লোক—মীয়াম ; নাহিক—লৈতে ; বিশ্রাম—লেপ্পা ; লোকভয়ে—মীয়াম্‌ কিবদগী ; রাত্র্যে—অহিংদা ; প্রভু—প্রভুনা ; আইলা—লেংলক্‌খি ; কুলিয়াগ্রাম—কুলিয়াগ্রামদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ মঙানীদি মীয়াম লাক্লুনা প্রভুবু দর্শন তৌবৈ, লেপ্পা শূন্যত নাইদে। মীয়াম লাক্লনী হায়রগী কিবনা প্রভুনা কুলিয়াগ্রামদা অহিংদা লেঙলক্‌খি।

## নৈনরোল

**কুলিয়াগ্রাম**—নবদ্বীপকী মমাঙদা গঙ্গারংমদা কুলিয়াগ্রাম লৈ ।

### মূল ১৫১

কুলিয়াগ্রামেতে প্রভুর শুনি আগমন ।
কোটী কোটী লোক আসি কৈল দরশন ॥ ১৫১ ॥

**শব্দার্থ**

কুলিয়াগ্রামেতে—কুলিয়াগ্রামদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; শুনি—নাকোঙনা তাড়না ; আগমন—লেঙলকপা ; কোটী কোটী—করোর করোর ; লোক—মীয়াম ; আসি—লাক্লুনা ; কৈলা—তৌখি ; দরশন—দর্শন ;

**মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা**

কুলিয়াগ্রামদা প্রভুনা লেঙলকপদু মনাকোঙনা তারবদুনা মী কোটী কোটী লাক্লুনা দর্শন তৌরে।

**মূল ১৫২**

কুলিয়াগ্রামে কৈল দেবানন্দেরে প্রসাদ।
গোপাল বিপ্রের ক্ষমাইল শ্রীবাস-অপরাধ ॥ ১৫২ ॥

**শব্দার্থ**

কুলিয়াগ্রামে—কুলিয়াগ্রামদা ; কৈল—তৌখি ; দেবানন্দেরে—দেবানন্দবু ; প্রসাদ—চানবীবা ; গোপাল বিপ্রের—গোপালগী বিপ্রগী ; ক্ষমাইল—ডাকহনখিবি ; শ্রীবাস-অপরাধ—শ্রীবাসদা তৌখিবা মরাল।

**মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা**

কুলিয়াগ্রামদা দেবানন্দবু প্রভুনা কৃপা তৌখিবি ; গোপাল বিপ্রনা শ্রীবাসদা তৌরম্বা মরালদু ডাকহনখিবি।

## নৈনরোল

**দেবানন্দেরে প্রসাদ**—দেবানন্দ পণ্ডিতপু তৌবা কৃপা। দেবানন্দ পণ্ডিত শ্রীমদ্ভাগবত তাকপী-ওজাবা মীনী ; অদুবু মাগী থম্মোইদা ভক্তি লৈরমদে। লাইগী নোংমদগী নোংমদি শ্রীবাস পণ্ডিতনা দেবানন্দগী য়ুমদা লেঙলকখি। মতমদুদা ভাগবত পাঠ তৌরম্মী, অদুদা শ্রীবাস পণ্ডিতনা পাঠদু শ্রবণ তৌবম্মী। পাঠদু তারগা মহাক্কী হকচাঙদা প্রেমবিকার ওইখি, মহাক জ্ঞান মাঙখ্রে। দেবানন্দগী শিষ্যশিংনা প্রেমবিকারগী ভাব খঙদবদগী থরোই বারোইদবমখৈ শ্রীবাসবু ময়াম চঙদুনা কোনসন্দুনা ফারগা মফম অমদা থম্মুরে ; দেবানন্দসু মদুদা খাম্বা তৌরমদে। মসিনা শ্রীবাসগী মফমদা দেবানন্দগী অপরাধ ওইখি। সন্ন্যাসগী মতুংদা বৃন্দাবন লেঙবগী খোঙচৎমদা প্রভুনা কুলিয়াগ্রামদা লেঙলকখিবদা বক্রেশ্বর পণ্ডিতকা লোয়ননা দেবানন্দ লাক্লুনা প্রভুবু দর্শন তৌখি। বক্রেশ্বর পণ্ডিত-তি প্রভুগী য়াম্না

নুংশিবা ভক্তনী। দেবানন্দসু বক্রেশ্বরবু য়াম্না ভক্তি-শ্রদ্ধা তৌয়ি অদুগা বক্রেশ্বরগী সেবা মখল মখা তৌরম্মী। গুণ অসিবু উপলক্ষ্য ওইহন্দুনা প্রভুন। দেবানন্দবু কৃপা তৌবিখি।

গোপালবিপ্রের—১/১৭/ ৩৬-৫৮ মূল পয়ার য়েংবিউ।

মূল ১৫৩

পাষণ্ডী নিন্দুক আসি পড়িলা চরণে।

অপরাধ ক্ষমি তারে দিল কৃষ্ণপ্রেমে ॥ ১৫৩ ॥

**শব্দার্থ**

পাষণ্ডী— ঈশ্বর থাজদবা মী, নাস্তিক: নিন্দুক— থীনা ঙাঙবা মী: আসি—লাক্লুনা. পড়িলা—তুক্লখি: চরণে— (প্রভুগী) খুয়াদা; অপরাধ—মরাল; ক্ষমি— ঙাকপিদুনা: তারে—মঙোন্দা (মখোয়না); দিল—পীখি; কৃষ্ণপ্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবা।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

পাষণ্ডীশিং অমসুং প্রভুবু নিন্দা তৌরবা মীশি তু লাক্লুনা প্রভুগী খুযা-খাদা তুক্লখি। মখোয়গী মরাল ঙাকপিদুনা মখোয়দা কৃষ্ণপ্রেম পীখি।

**নৈনরোল**

**পড়িলা চরণে**—অপরাধ ঙাকপীয়ু হায়না খুযা খাদা তুখি। মখোয়গী অপরাধ কোক্লনবা হায়দুনা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌখিনা অনুগুম্বা মীতাশিংনা প্রভুদা চঙজখি।

মূল ১৫৪

বৃন্দাবন যাবেন প্রভু—শুনি নৃসিংহানন্দ।

পথ সাজাইল মনে পাইয়া আনন্দ ॥ ১৫৪ ॥

**শব্দার্থ**

বৃন্দাবন— বৃন্দাবন; যাবেন—লেঙগনী: প্রভু—প্রভু: শুনি—নাকোঙনা তাদুনা; নৃসিংহানন্দ—নৃসিংহানন্দ ব্রহ্মচারী; পথ—লম্বী: সাজাইল—লৈতেংখি; মনে— পুক্নীঙদা; পাইয়া— ফংদুনা; আনন্দ—নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু বৃন্দাবন লেঙগনী হায়না তারদুনা নৃসিংহানন্দনা মপুক্রীওদা হুংঙাইবা পোক্লগা লম্বী লৈতেং তৌখি ।

## নৈনরোল

নৃসিংহানন্দ— নৃসিংহানন্দ ব্রহ্মচারী : মহাক্কী মিং হান্নদি প্রদ্যুম্ন-ব্রহ্মচারী কৌরম্মী । মহাক নৃসিংহদেব লাংলম্মী । নৃসিংহদেবব মহাক্না হুন্দিং-ঙনা মতৌত উবদগী মহাপ্রভুনা মাগী মিং নৃসিংহানন্দ থোনবিখি (১/১০/৩৫) প্রভুনা কুলিয়াদগী বৃন্দাবন লেঙগদৌরি হায়বদা মহাক্না মপুক মনুংদা প্রভুগী লম্বেল লৈতেং তৌবম্মী । মপুক্কুংদা মহাক কুলিয়াদগী হৌবদনা বৃন্দাবনগী লম্বীদু অহানবদা মনিংঙনা থোনখি : মতু থোনবা লম্বীদি য়াম্না কল্মী— প্রভুগী মেঙলবা খুয়াদু শাগনী, মরমদুনা লম্বেল মথক্তা মথোক-যান্দনা লৈরাংনা শন্না কুপ্লম্মী ; মতৌ অসুম তৌরনা লম্বেলদু য়াম্না থোংহনা অতুগা মনম হুংশিনয়্রে । অমুক লম্বেলগী নাকল অনীদা পারেং শানা বকুল পাম্বী-নচিংবা অতৈ লৈ-পাম্বী থারম্মী- বকুলগী উক্তম লম্বেল হৌগনী, অতুগা লৈশম্না মায়কৈপুম্বা হুংশাইগনী : লম্বীগী নাকল অমীমত্তা মরক-মরক্তা পাক চাউরবা পুখ্রী লৈরম্মী । পুখ্রীদা ঈশিংদু হুংশেলহন্না লৃবম্মী. ঈশীংদুদা থংক গরবা থম্বান্ন কজরম্মী : পুখ্রীদা ঘাট লৈরম্মী ; পুখ্রীগী মপান্দসু ঈশিংদসু অদুগা লম্বীগী নাকল হৌরিব উ-পম্বীদসু মথল-মথংগী উচেক লৈরম্মী : মথোয়গী থুম্না খোঙেন্না থম্মোইদা হুংঙাইবা পোকহল্লী । লৈশম-পুবা নামিলা হুংশিনা, লিরি লিরি শাংলম্মী । নৃসিংহানন্দনা মতৌ অসুম্না মপুক্রীওদু হুংঙাইনা কুলিয়াদগী কানাইর নাটশালা ফাওবা লম্বেল অদু লৈতেং তৌখি ( রাখল্লা )। কানাইর নাটশালাদগীদি লম্বেল সাজাইবদু তৌনীঙলমদ্রে । য়াম্না তোংনা হোংনন; লম্বেল সাজাইবগী থবক্তা মন চঙদে হায়বা য়ারমদ্রে । মদুদা মানা ওকখি—মানা খনখি, হন্দক্কী যাত্রাসিদা প্রভুনা বৃন্দাবন লেঙবা হায়বদু হৌরোইদৌবমাল্লে । মরমদুনা মহাক্না মপুক্ন পুম্বদা হায়খি "কানাইর-নাটশালাদগী প্রভু হন্দক্তি হনখ্রগনী, অদুনা হন্দক্তি প্রভু বৃন্দাবন লেঙলরোই ।" ( ১৫৪-১৬১ পয়ার )

## মূল ১৫৫

কুলিয়ানগর হৈতে পথ রত্নে বান্ধাইল ।
নির্বৃন্ত-পুষ্পের শয্যা উপরে পাতিল ।। ১৫৫ ।।

### শব্দার্থ

কুলিয়ানগর হৈতে—কুলিয়ানগরদগী ; পথ—লম্বেল ; রত্নে—রত্নন। ; বান্ধাইল—থোনগংখি ; নির্বৃন্ত—মখোক্ য়াওদবা ; পুষ্পের—লৈরাংগী ; শয্যা—ফমুং ; উপরে—মথক্তা ; পাতিল—থাখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুলিয়ানগরদগী হৌতুনা লম্বেল রত্নন। থোনখি। মতুংগী মথক্তা মখোক য়াওদবা লৈরাংগী শয্যা থাখি।

### নৈনবোল

নির্বৃন্তপুষ্প—মখোক য়াওদবা লৈরাং। লৈখোক্তি লৈদগী হেন্না কল্লী : লৈখোক্ত নেংপদা প্রভূগী খোঙদা অণাবা পোকপা য়াই ; মরমদুনা লৈখোক হন্দোকখ্রগা লৈ-ডাক্তা লম্বেলদা চাইথায়বম্মী।

### মূল ১৫৬

পথে দুইদিকে পুষ্প বকুলের শ্রেণী।
মধ্যে মধ্যে দুইপাশে দিব্য পুষ্করিণী। ১৫৬॥

### শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা ; দুইদিকে—মায়কৈ অনীদা ; পুষ্প—লৈরাং ; বকুলের—বকুলগী ; শ্রেণী—পরেং ; মধ্যে মধ্যে—মরক মরক্তা ; দুই পাশে—নাকল অনীদা ; দিব্য—ফজরবা ; পুষ্করিণী—পুখ্রী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীগী মায়কৈ অনীদা লৈরাং বকুলগী পাম্বী পরেং ( হৌয়ি ) ; মরক মরক্তা নাকল অনীদা ফজরবা পুখ্রী লৈ।

### মূল ১৫৭

রত্নবান্ধা ঘাট তাহে প্রফুল্ল কমল।
নানা-পক্ষি-কোলাহল—সুধাসম জল॥ ১৫৭॥

### শব্দার্থ

রঙ্গবান্ধা—রঙ্গনা থোনবা ; ঘাট—ঘাট ; তাতে—মতুদা ; প্রফুল্ল—ফুগায়না শাংলবা ; কমল—থম্বাল ; নানা-পক্ষি—উচেক মখল মথাগী ; কোলাহল—খোম্লিল ; সুধাসম—অমৃতগা মান্নবা ; জল—লাইজ ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদা রঙ্গগী ঘাট লৈ ; ফুগায়না শাংপা থম্বাল লৌয়ি ; উচেক মখল মখানা পুম্লিল নিল্লম্মী । ( পুখ্রীগী ) ঈশীঙনা অমৃতগা মান্নে ।

### মূল ১৫৮

শীতল সমীর বহে নানা গন্ধ লঞা ।

কানাইর-নাটশালা পর্য্যন্ত লইল বান্ধিয়া ॥ ১৫৮ ॥

### শব্দার্থ

শীতল—অঙৈংবা ; সমীর—নুংশীৎ ; বহে—শীংলী ; নানা—মখল-মখাগী ; গন্ধ—মণম ; লঞা—পুদুনা ; কানাইর-নাটশালা—রাজমহলদগী ক্রোশ অহুম লাপ্পা লৈবা লম ; পর্য্যন্ত—ফাওবা ; লইল বান্ধিয়া—থোনখি ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈংলবা নুংশীৎনা মখল মখাগী মণম পুদুনা শীংলী । কানাইর-নাটশালা ফাওবা ( লম্বী ) শেম্লম্মী ।

### মূল ১৫৯

আগে মন নাহি চলে না পারে বান্ধিতে ।

পথ বান্ধা না যায় নৃসিংহ হইলা বিস্মিতে ॥ ১৫৯ ॥

### শব্দার্থ

আগে—মাঙদা, মখা তাথনা ; মন—পুক্নীঙ ; নাহি চলে—চৎত্রে ; না পারে—ঙমদ্রে ; বান্ধিতে—( লম্বেল ) থোনবা ; পথ—লম্বেল ; বান্ধা—থোনবা ; না যায়—চৎথদ্রে ; নৃসিংহ—শ্রীনৃসিংহানন্দ ; হইলা—ওইখি বিস্মিতে—ঙকপা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখা-তানা মন চৎথদ্রে ; ( লম্বেল ) থোন্থবা ঙম্লদ্রে । লম্বেল থোনবা য়াদবদুদা নৃসিংহানন্দ ঙকখি ।

## মূল ১৬০—১৬১

নিশ্চয় করিয়া কহি শুন সর্ব্বজন—
এবার না যাবেন প্রভু শ্রীবৃন্দাবন ॥ ১৬০ ॥
কানাইর-নাটশালা হৈতে আসিব ফিরিয়া।
জানিবে পশ্চাৎ কহিনু নিশ্চয় করিয়া ॥ ১৬১ ॥

### শব্দার্থ

নিশ্চয় করিয়া—শোয়দ্রবনী হায়না ; কহি—হায়রিসিনী ; শুন—তাও ; সর্ব্বজন—মাপুম্বা ; এবার—হন্দক্তি ; না যাবেন—লেঙলরোয় ; প্রভু—মহাপ্রভু ; শ্রীবৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন ; কানাইর-নাটশালা হৈতে—কানাইর-নাটশালাদগী ; আসিব—লাক্কনী ; ফিরিয়া—হন্দুনা ; জানিবে—খঙগনী ; পশ্চাৎ—তুংদা ; কহিনু—হায়রবনী ; নিশ্চয় করিয়া—লেপ্পমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নৃসিংহানন্দনা হায়রম্মী)—শোয়দ্রবনী হায়না ঐনা হায়রিবনী, তাবিসু মী পুম্নমক। হন্দক্তি প্রভু শ্রীবৃন্দাবন লেঙলরোয়। কানাইর নাটশালাদগী প্রভু হল্লক্কনী। ঐনা লেপ্পমক হায়রিবসিনী, ময়াম তুংদা খঙনিরক্কনি।

## মূল ১৬২

গোসাঞি কুলিয়া হৈতে চলিলা বৃন্দাবন।
সঙ্গে সহস্রেক লোক—যত ভক্তগণ ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

গোসাঞি—শ্রীমন্মহাপ্রভু ; কুলিয়া হৈতে—কুলিয়াদগী ; চলিলা—লেঙভী ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবনরোমদা। সঙ্গে—লোয়ননা ; সহস্রেক—লীশীঙ অমা ; লোক—মী ; যত—লৈরম্বা করা ; ভক্তগণ—ভক্তশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভু কুলিয়াদগী বৃন্দাবন লেঙবনী হায়না লেঙলম্মী। মী লীশীঙ অমরোম লোয়নরম্মী, মখোয়গী লৈবম্বা ভক্তশিংচুনী।

## মূল ১৬৩

যাহাঁ যাহাঁ যায় তাহাঁ কোটিসংখ্য লোক।
দেখিতে আইসে দেখি খণ্ডে দুঃখ শোক ॥ ১৬৩ ॥

## শব্দার্থ

যাহাঁ যাহাঁ—মফম মফমদা ; যায়—চৎলী ; তাহাঁ—মফমদুদা ; কোটিসংখ্য—মশীঙ কোটিগী লোক ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; আইসে—লাকৃয়ি ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; খণ্ডে—কোকৃয়ি ; দুঃখ-শোক—অরা-অন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা) লেংঙ্—লেংঙ্বা মফমদা মী কোটি কোটি (প্রভুবু) দর্শন তৌবা লাকৃখি অদুগা দর্শন ফংবদা মখোয়গী অরা-অন্না কোকৃয়ি।

## মূল ১৬৪

যাহাঁ তাহাঁ প্রভুর চরণ পড়য়ে চলিতে।
সেই মৃত্তিকা লয় লোক গর্ত্ত হয় পথে ॥ ১৬৪ ॥

## শব্দার্থ

যাহাঁ—মফমদা ; তাহাঁ—মফমদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণ—খোঙ্গুন ; পড়য়ে—থাই ; চলিতে—চৎপদা ; সেই মৃত্তিকা—লৈপাক অদু ; লয়—লৌয়ি ; লোক—মীয়াম ; গর্ত্ত—কোম ; হয়—ওই ; পথে—লম্বীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লেংবা লৈংবা মফমদা প্রভুগী খোঙ্গুন থাই ; (খোঙ্গুন্দুগী লৈপাক মীয়াম্না লৌনৈ, অদুগা লম্বীদা কোম ওইখি।

## মূল ১৬৫

ঐছে চলি আইলা প্রভু রামকেলিগ্রাম
গৌড়ের নিকটে গ্রাম অতি অনুপাম ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

ঐছে—মতৌ অতুম্মা ; চলি—চংতুন্না ; আইলা—লাক্খি ; প্রভু—প্রভুনা ; রামকেলিগ্রাম—রামকেলিগ্রাম ; গৌড়ের—গৌড়গী হায়বদি বাংলাগী কোন্নুংগী ; নিকটে—নাক্তা ; গ্রাম—খুল ; অতি—য়াম্না ; অনুপাম—চাঙদম্নড়াই-লৈতবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

মতৌ অতুম লেঙবনা প্রভু রামকেলিগ্রাম য়ৌরক্খি। গৌড়গী নাক্তা লৈবা গ্রাম অসি চাঙদম্নড়াই-লৈতবা অমনী।

### মূল ১৬৬

তাহাঁ নৃত্য করে প্রভু প্রেমে অচেতন।
কোটি কোটি লোক আইল দেখিতে চরণ॥ ১৬৬॥

### শব্দার্থ

তাহাঁ—মফমদুদা ; নৃত্য করে—জগোই শাই ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; অচেতন—শ্বান মাঙভী ; কোটি কোটি—কোটি কোটি ; লোক—মীয়াম ; আইল—লাক্খি ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

মফমদুদা (রামকেলিগ্রামদা) প্রভুনা জগোই-শাই, প্রেমসিকার লাডুনা শ্বান-মাঙভী। মী কোটি কোটি প্রভুগী চরণ দর্শন তৌবা লাক্খি।

### মূল ১৬৭

গৌড়েশ্বর যবন রাজা প্রভাব শুনিয়া।
কহিতে লাগিলা কিছু বিস্মিত হইয়া॥ ১৬৭॥

### শব্দার্থ

গৌড়েশ্বর—গৌরগী মবুঙডো ; যবন রাজা—যবন নিংথৌনা ; প্রভাব—প্রভুগী মতীক মরাই ; শুনিয়া—নাকোঙনা তাদুনা ; কহিতে—হায়বা ; লাগিলা—হৌখি ; কিছু—খরা ; বিস্মিত—ঙকপা ; হইয়া—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়—ঙাকপা মপু যবন নিংথৌনা প্রভুগী মতীক—ময়াইগী রাজ্ মনা-কোঙনা তারগা ঙক্কছুনা রা থরা ছায়বা হৌখি।

## মূল ১৬৮—১৬৯

বিনা দানে এত লোক যার পাছে হয়।
সেই ত গোসাঞি—ইহা জানিহ নিশ্চয় ॥ ১৬৮ ॥
কাজী যবন ইহার না করি হিংসন।
আপন ইচ্ছায় বুলুন যাহাঁ উহার মন ॥ ১৬৯ ॥

## শব্দার্থ

বিনা দানে—তলব রাওদবমখৈ ; এত—অসুক ; লোক—মীয়াম ; যার—মহাক্কী ; পাছে—নাক্তা ; হয়—লৈ ; সেই ত—মহাক্কীদো, গোসাঞি—গোস্বামী, মপু, ঈশ্বর ; ইহা—মসি ; জানিহ—খঙউ ; নিশ্চয়—লেপ্পমক ; কাজী—নিংথৌ মখাপোন্বা লম্বু ; যবন—মুসলমানগী ; ইহার—মহাকপু ; না করিহ—তৌগনু ; হিংসন—য়েংথীবা ; আপন—মন্থাগী ; ইচ্ছায়—নীঙঙকপা তুংইন্না ; বুলুন—কোয়চং চংশনু ; যাহাঁ—মফমদা ; উহার—মহাক্কী ; মন—পুক্নীঙ ( থরাইনা তাবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনাক্তা মী অসুক য়াম্না তলব ফংবন্তু নত্তনা লৈরিবসিনদি মহাক্মক্ ঈশ্বরনী ; রাফমসি লেপ্পমক খঙজল্লু। মুসলমান কাজী ! মহাকসিবু য়েংথীগনু। মনীঙ তম্না মহাক্না লেঙনীঙ লেঙনীঙবা মফমদা লেঙুশনু।

## তৈনবোল

পয়ার অনীসি গৌড়েশ্বর যবন-নিংথৌগী রানী। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মতমদা হুসেনসাহনা গৌড়গী নিংথৌ ওইরম্মী। প্রভুগী নাক্তা তিল্লবা মীয়ামতু উবদা হুসেনসাহনা সন্ন্যাসীসে ঈশ্বরনী হায়না খনখি। মীবু শুমক্কংপা ঙম্বদি ঈশ্বর নত্তনা কনানসু ঙমদে। তুংদা মুসলমান কাজীনা নত্রগা মুসলমান মীয়াম্না করিগুম্বা অত্যাচার তৌরকপসু য়াই খন্দুনা হুসেনসাহনা মীপুম্বদা হায়খি—"কনামতনা হিন্দু সন্ন্যাসীবু ওৎপা য়াদে, মহাক্না চংনীঙবা মফমদা চৎপদা থিংবা য়াদে।"

## মূল ১৭০

কেশব ছত্রীরে রাজা বার্ত্তা পুছিল।
প্রভুর মহিমা ছত্রী উড়াইয়া দিল ॥ ১৭০ ॥

## শব্দার্থ

কেশব ছত্রীরে—কেশব ছত্রীদা ( মহাক হুসেনসাহগী থাজরবা ) কর্ম্মচারীনী , রাজা—নিংথৌনা : বার্ত্তা—(প্রভুগী) রা ; পুছিল—হংখি : প্রভুর—প্রভুগী ; মহিমা—মতাকময়াই ; ছত্রী—কেশব ছত্রীনা ; উড়াইয়া দিল—উড়াইখি, লংশেকখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কেশবছত্রীদা হুসেনসাহ নিংথৌনা প্রভুগী মরমদা রা হংখি। অদুবু কেশবছত্রীনা প্রভুগী শক্তিগী মরমদা করিমত্তা ফোঙদোকখিদে।

## মূল ১৭১

ভিখারী সন্ন্যাসী করে তীর্থ-পর্যটন।
তারে দেখিবারে আইসে দুই চারি জন ॥ ১৭১ ॥
যবনে তোমার ঠাঁই করয়ে লাগানি।
তাঁর হিংসায় লাভ নাহি, হব আরো হানি ॥ ১৭২ ॥

## শব্দার্থ

ভিখারি—ভিক্ষা নিবা ; সন্ন্যাসী-লম্বোইবা ; করে—তৌরি ; তীর্থ পর্য্যটন—তীর্থ কোয়বা ; তারে—মহাকপু ; দেখিবারে—য়েংবগীদমক আইসে—লাকৃয়ি ; দুই—অনী ; চারি—মরি ; জন—মী ; যবন যবনশিংনা ; তোমার—নঙগী ; ঠাঁই—মফমদা ; করয়ে—তৌয়ি ; লাগানি পঙহায় হায়বা ; তাঁর হিংসায়—মাবু য়েংথিরুবনা ; লাভ—ভোংজবা নাহি—লৈতে ; হয়—ওই ; আরো—হেন্না ; হানি—মাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কেশবছত্রীনা খুমখি )—ভিখারী সন্ন্যাসীনী, অমুন তীর্থ কোয়বনী মাবু য়েংবা মী অনীম মরিথক লাকপনী। যবনশিংনা নঙগী নফমদা পঙহায় হায়জবনী। মাবু য়েংথিরুবনা ভোংজবা লৈরোই, থোইনা হেন্নহুম অমাঙবা ওইগনী।

## মৈনরোল

প্রভুগী অশেঙবা মহিমাগী রা কোঙদোক্লরগা হিন্দু ধর্ম্মব় য়েংথীবা যবন-বাদসাহ হুসেনসাহনা প্রভুগী খাঙনবা করিগুম্বা তৌরক্লবদি হায়না চিংনতুনা কেশবছত্রীনা প্রভুগী মহিমাদু হন্নবা হায়রম্বনী।

## মূল ১৭৩

রাজারে প্রবোধি কেশব ব্রাহ্মণ পাঠাইয়া।

চলিবার তরে প্রভুরে পাঠাইল কহিয়া ॥ ১৭৩ ॥

## শব্দার্থ

রাজারে—যবন বাদসাহব় ; প্রবোধি—থেমজল্লগা ; কেশব—কেশব ছত্রীনা ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ অমব় ; পাঠাইয়া—থাদুনা ; চলিবার তরে—(প্রভুব়) লেঙখিনবা হায়দুনা ; প্রভুরে—প্রভুগী নাক্তা ; পাঠাইল—থাখি ; কহিয়া—হায়দুনা ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যবন নিংথৌবু থেমজল্লগা কেশব-না ব্রাহ্মণ অমা প্রভুগী নাক্তা থারগা প্রভুবু লেঙলো হায়না পাওমেল্লম্মী।

## মৈনরোল

কেশব-না চিংনরম্মী নিংথৌনা কেশবকী বাহু থাজ্জদদুনা মনাই মুসলমাক্না হায়বা থাজরবদি প্রভুব় শুংপা-নৈবা তৌরকপা য়াই হায়বসিনী। মরমদুনা প্রভুনা লমদো থুনা থাদোকুনা লেঙখিননবগীদমক ব্রাহ্মণ অমা থাদুনা হায়হল্লম্বনী।

## মূল ১৭৪

দবীর খাসেরে রাজা পুছিল নিভৃতে।

গোসাঞির মহিমা তেঁহো লাগিল কহিতে ॥ ১৭৪ ॥

## শব্দার্থ

দবীরখাসেরে—দবীরখাসদা ; রাজা—নিংথৌ হুসেন সাহনা ; পুছিল—হংলম্মী ; নিভৃতে—অতীকপদা ; গোসাঞির—প্রভুগী ; মহিমা—মহীক ময়াই ; তেঁহো—মহাক্না (দবীরখাসনা) ; লাগিল—হৌখি ; কহিতে—হায়বা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

( কেশবছত্রীনা হায়রকপু থাজরমদবা মরম ) যবন রাজানা দবীরখাসদা চীক্লা ( প্রভুগী রা ) হংখি। দবীরখাসনা প্রভুগী মহিমা হায়রবা হৌগংখি।

## নৈনরোল

দবীরখাস— রূপ গোস্বামীগী উপাধিনী, হুসেনসাহ বাদসাহনা পীবনি।

## মূল ১৭৫-১৭৮

যে তোমার রাজ্য দিল তোমার গোসাঞা।
তোমার দেশে তোমার ভাগ্যে জন্মিলা আসিঞা॥ ১৭৫॥
তোমার মঙ্গল বাঞ্ছে—কার্য্যসিদ্ধি হয়।
ইহার আশীর্ব্বাদে তোমার সর্ব্বত্রেতে জয়॥ ১৭৬॥
মোরে কেন পুছ তুমি পুছ আপন মন।
তুমি নরাধিপ হও—বিষ্ণু—অংশসম॥ ১৭৭॥
তোমার চিত্তে চৈতন্যের কৈছে হয় জ্ঞান।
তোমার চিত্তে যে লয়; সেই ত প্রমাণ॥ ১৭৮॥

## শব্দার্থ

যে মহাক্ক অদো; তোমার— নঙোন্দা; রাজ্য— নিংথৌনা ঙাকপা লৈপাক; দিল— পীরম্মী; তোমার— নঙগী; গোসাঞা— মপু; তোমার—নঙগী; দেশে—লৈবাক্তা; তোমার—নঙগী; ভাগ্যে—লাইবক্লা; জন্মিলা—পোক্লরে; আসিঞা—লাকুনা; তোমার—নঙগী; মঙ্গল—য়াইফবা; বাঞ্ছে—ওইহন্নীঙঙী; কার্য্যসিদ্ধি—থবক পাঙথোকপা; হয়—ওই; ইহার—মহাকসিগী; আশীর্ব্বাদে—য়াইফথোক্লা; তোমার—নহাক্কী; সর্ব্বত্রে—মফম পূম্বদা; জয়—লালঙম্বা; মোরে—ঐঙোন্দা; কেন—করিগী; পুছ—হংলিবনো; তুমি পুছ—নঙ হংঙু; আপন—নছাগী; মনে—পুক্নিংদা; তুমি—নঙ; নরাধিপ—প্রজাগী মপু; হও—ওই; বিষ্ণু—অংশ—বিষ্ণুগী শরুক্কা; সম—মান্নবনী; তোমার—নঙগী; চিত্তে—পুক্নীঙদা; চৈতন্যের—চৈতন্যবু; কৈছে—করি ওইনা; হয়—ওই; জ্ঞান—খঙবা; তোমার—নঙগী; চিত্তে—পুক্নীঙদা; যে—মহু; লয়—লৌয়ি; সেইত—মহুতনা; প্রমাণ—খুদম ( দৃষ্টান্ত )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙোন্দা রাজ্য পীবিবা নবুংঙোদো নরায়বক ফবদগী অঙগী দেশদা লেঙলক্লুনা পোক্পীররে। মহাক্না নঙগী মক্তদা ওইনবা নীঙথী, মরম অদুনা নঙনা থবক পাঙথোক্লিবনী। মহাক্কী আশীর্ব্বাদনা মফম খুদিংমক্তা নঙগী জয় ওইবনী। ঐঙোন্দা করিদৌনা হংলিবনো, নপুক্নুংদা হংঙু না, নঙদি নিংথৌনী, অদুনা নহাক বিষ্ণুগী অংশনী। নপুক্নুংদবু চৈতন্যসে করিনী হায়না খঙ্বগে? নঙগী চিত্তনা লৌবদুনা (মহাক করিনো হায়বদুগী) প্রমাণনী।

**টৈমন্নোনা**

**বিষ্ণু-অংশ**— বিষ্ণুনা পালনগী (ভাকশেণবগী, য়োক্পগী) ভগবান্নী, জগৎ পালন নত্রগা প্রজা পালনগী শক্তিদি বিষ্ণুমকী শক্তিনী; মহাক্কী শক্তিদুগীমবীক ফংলনা নিংথৌনা রাজ্য পালন তৌরিবনী। বিষ্ণুদগী পালন শক্তি ফংডি হায়দুনা বিষ্ণু-অংশ-সম (বিষ্ণুগী অংশনী) হায়রিবনী।

**মূল ১৭৯**

রাজা কহে—শুন মোর মনে যেই লয়।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর ইঁহো নাহিক সংশয় ॥ ১৭৯ ॥

**শব্দার্থ**

রাজা— নিংথৌনা; কহে—হায়; শুন—নাকোঙনা তাও: মোর—ঐগী; মনে—পুক্নুংদা; যেই—মদু; লয়—লৌয়ি; সাক্ষাৎ—চংচংবা; ঈশ্বর—ঈশ্বর, মপু; ইঁহো—মহাক্কী; নাহিক—লৈতে; সংশয়—চিংনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

হুসেন সাহ নিংথৌনা হায়রম্মী—ঐগী পুক্নুংনা করি হায়না লৌবগে হায়বদু তাও। মহাক্সে সাক্ষাৎ (চংচংবা) ঈশ্বরনী, মসিদা চিংনবা লৈত্রে।

**মূল ১৮০**

এত কহি রাজা গেলা নিজ অভ্যন্তরে।
তবে দবীর খাস আইলা আপনার ঘরে ॥ ১৮০ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসিখক; কহি—হায়রগা; রাজা—নিংথৌনা, গেলা—চঙখরে; নিজ—মরমাই; অভ্যন্তরে—লৈমকোন্দা (অন্তঃপুরদা); তবে—অদুদগী;

দবীর খাস—দবীর খাসনা; আইলা—লাকখি; আপনার—লন্নাই; ঘরে—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা রাজানা লন্নাই লৈমকোন্দা চৎখি। অদুদগী দবীর-খাসনা মযুমদা হল্লকয়ি।

## মূল ১৮১

ঘরে আসি দুই ভাই যুকতি করিয়া।
প্রভু দেখিবারে চলে বেশ লুকাইয়া॥ ১৮১॥

## শব্দার্থ

ঘরে—য়ুমদা; আসি—লাক্লুনা; দুই-ভাই—মচিন্মনাও অনী; যুকতি—যুক্তি (না তানবা), করিয়া—তৌদুনা; প্রভু—প্রভুবু; দেখিবারে—দর্শন তৌননবা; চলে—চৎলী; বেশ—ফিজোল; লুকাইয়া—লোৎতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়ুমদা লাক্লগা মচিন্মাও অনী না তানরগা প্রভুবু দর্শন তৌরুনবা ফীজোল লোৎলগা চৎলী।

## তাৎপর্য

**দুইভাই**—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন মচিন্মমনাও। **বেশ লুকাইয়া** রাজকর্মচারীগী পোষাক লোৎলগা হায়বদি মীচম অতৈগুম্বা পোষাক শেৎতুনা।

## মূল ১৮২

অর্দ্ধরাত্রে দুই ভাই আইলা প্রভুস্থানে।
প্রথমে মিলিলা নিত্যানন্দ হরিদাস সনে॥ ১৮২॥

## শব্দার্থ

অর্দ্ধরাত্রে—নোংয়াইদা; দুই ভাই—মচিন্মনাও অনীনা; আইলা—লাকখি; প্রভুস্থানে—প্রভুগী মফমদা; প্রথমে—অহানবদা; মিলিলা—উনখি; নিত্যানন্দ—শ্রীমন্নিত্যানন্দ; হরিদাস—শ্রীমনহরিদাস; সনে—লোয়নননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং নোংমাইদা মচিন্নবাও অনীনা প্রভুগী মফমদা লাকখি। অহানবদা শ্রীমন্‌নিত্যানন্দ অমসুং শ্রীলহরিদাসনা উনৈ।

### নৈনরোল

প্রথমে—অহানবদা। প্রভুগা উনম্নিবৈগী মম্যাঙদা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীহরিদাসনা উনৈ। ভগবৎ—কৃপা ফংননবগীদমক অহানবদা ভক্তগী কৃপা ফংনবা তৌগদবনী।

### মূল ১৮৩

তাঁরা দুইজন জানাইল প্রভুর গোচরে।

রূপ–সাকর মল্লিক আইলা তোমা দেখিবারে ॥ ১৮৩॥

### শব্দার্থ

তাঁরা—মখোয় ( শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস ); দুই জন—মী অনীনা; জানাইল—খঙহনখি; প্রভু—প্রভুগী; গোচরে—মীংমাঙদা; রূপ—শ্রীরূপ; সাকরমল্লিক—শ্রীসনাতন; আইলা—লাকয়ি; তোমা—নঙবু; দেখিবারে—দর্শন তৌননবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস ) মখোয় অনীনা প্রভুগী মাঙদা খঙহনখি—"রূপ-কা সাকরমল্লিক্‌-কনা নঙবু দর্শন তৌননবা লাক্লি।"

### নৈনরোল

সাকরমল্লিক্‌—শ্রীরূপকী ময়াম্বা শ্রীসনাতনগী উপাধিনী, বাদসাহনা পীবনী।

### মূল ১৮৪

দুই গুচ্ছ তৃণ দোঁহে দশনে ধরিয়া।

গলে বস্ত্র বান্ধি পড়ে দণ্ডবৎ হঞা ॥ ১৮৪ ॥

### শব্দার্থ

দুই—অনী; গুচ্ছ—চরোং; তৃণ—নাপী; দোঁহে—অনীনা; দশনে—যানা; ধরিয়া—চীকুনা; গলে—উক্তা; বস্ত্র—ফি; বান্ধি—য়েংতুনা; পড়ে—তুথে; দণ্ডবৎ—চৈশাঙগুম; হঞা—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীনা নাপী-চরোং য়াদা চীক্তুনা অমম্তুং ঙক্তা ফি য়েৎতুনা দণ্ডবৎ শাংনা তাদুনা লে।

নৈনরোল

দশনে ধরিয়া—য়ানা চীক্তুনা। নাপী য়ানা চীকপদি শাগী লীচৎনী হায়হুনা তোনবগী খুদম ওই।

মূল ১৮৫

দৈন্য রোদন করে আনন্দে বিহ্বল।

প্রভু কহে উঠ উঠ হইল মঙ্গল ॥ ১৮৫ ॥

শব্দার্থ

দৈন্য—দীন ওইবগী ভাব; রোদন—কপ্পা; করে—তৌয়ি; আনন্দে—নুংঙাইবনা; বিহ্বল—জ্ঞান মাঙবা, বিঙ্গুলা চুবা; প্রভু—প্রভুনা; কহে—হায়; উঠ উঠ—হৌগৎলে। হৌগৎলো; হইল—ওইরে; মঙ্গল—ম্নাইফবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তোল্লী হায়বগী মতৌদা পিরাং শিন্থে অহুগা নুংঙাইবনা মফম মরাড খঙথিদে। প্রভুনা হায়রম্মী—হৌগৎলো হৌগৎলো; মঙ্গল ওইরে।

মূল ১৮৬

উঠি দুই ভাই তবে দন্তে তৃণ ধরি।

দৈন্য করি স্তুতি করে যোড় হাত করি—॥ ১৮৬ ॥

শব্দার্থ

উঠি—হৌগৎলগা; দুই ভাই—মচিন্মনাও অনীনা; তবে—অদুদগী; দন্তে—য়াদা; তৃণ ধরি—নাপী চীক্তুনা; দৈন্য করি—নোনজনা; স্তুতি করে—স্তুতি তৌজে; যোড়—লোন্নবা; হাত—খুৎ; করি—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচীন্মনাও অনীতুনা অদুদগী হৌগৎলগা য়াদা নাপী চীক্তুনা নোনজনা খুবাঙ চাংজা লোন্নবা স্তুতি তৌয়ি।

## মূল ১৮৭-১৮৮

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দয়াময়।

পতিতপাবন জয় জয় মহাশয় ॥ ১৮৭ ॥

নীচজাতি নীচসঙ্গী করি নীচ কাজ।

তোমার অগ্রেতে প্রভু কহিতে বাসি লাজ ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়— জয় ওইরে ; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা ; দয়াময়—থৌজাল-হৈবা ; পতিতপাবন—সংসারদা পৃথরবা মীবু লৌখৎপীবা ; জয় জয়— জয় ওইরে জয় ওইরে ; মহাশয়—পূকচেল-চাওবা ; নীচজাতি—তোল্লবা জাতি ; নীচসঙ্গী— তোল্লবগা সঙ্গ তৌবা মী ; করি—তৌয়ি ; নীচ—অতোনবা থবক ; তোমার—নঙগী ; অগ্রেতে—মাঙদা ; প্রভু—হে প্রভু ; কহিতে—হায়দোকপদা ; বাসি লাজ—ঈকায়জৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থৌজাল-হৈবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা জয় ওইরে ! তোল্ল-তারববু কনবীবা ! পূকচেল চাউবা ! মহাপ্রভু জয় ওইরে ! ঐখোযদি তোল্লবা জাতিনী, তোল্ল-বগা তিল্লবনী, তৌবসু অতোনবা থবক ভাক তৌয়ি। হে প্রভু ! নমাঙদা রা ভাঙপদবা ঈকায়জৈ।

## নৈনরোল

**নীচজাতি**—পতিত জাতি ; নীচজাতিগা মান্নবা।

**নীচসঙ্গী**—যবনগী সঙ্গীনী ; **করি নীচ কাজ**—যবনগী চাকরী তৌয়ি। যবনগা লোয়ননা লৈহুনা অমসুং যবনগী মনাই ওইহুনা যবনগী শেন্না হকচাঙ য়োকয়ি। মরমসিনা ম্লেচ্ছ-যবনগা মান্নবা নীচজাতি ওইরেদো। মসি নোনজহৈবগী রাহৈনী ; তশেংবদি রূপকা সনাতনগদি ব্রাহ্মণনী।

## মূল ১৮৯

তথাহি ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ব্ববিভাগে সাধনভক্তিলহর্য্যাম্ (২/৬৫)

মত্তুল্যো নাস্তি পাপাত্মা নাপরাধী চ কশ্চন।

পরিহারেঽপি লজ্জা মে কিং ব্রুবে পুরুষোত্তম ॥ ১৮৯ ॥

শব্দার্থ

মৎতুল্যঃ—ঐগা মান্নবা ; নাস্তি—লৈতে ; পাপাত্মা—পাপী ; ন—লৈতে ; অপরাধী—মরাল্লৈবা ; চ—স্থ ; কশ্চন—কনামতা ; পরিহারে অপি—নগুগী চরণ খাদা হঙ্গচরদা ; লজ্জা—ঈকায়বা (৩ই) ; মে—ঐগী ; কিম্—করি ; ব্রুবে—হায়গনী : পরুষোত্তম—হে পরুষোত্তম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগা মান্নবা পাপী অমসুং ঐগা মান্নবা অপরাধ-লৈবা কনামা লৈতরে। হে পুরুষোত্তম ! করি অমুক হায়গনী ? নগুগী চরণ-খাদা হঙ্গৎপদফাওবা ঈকায়রে।

নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীরূপ-সনাতনগী দৈন্য-উক্তিনী। তুংদা ভক্তিরসামৃতসিন্ধু লেংবা মতমদা লাইরীকতুদা শ্লোকসি হাপ্ খিবনি।

মূল ১৯০

পতিতপাবন-হেতু তোমার অবতার।

আমি বহি জগতে পতিত নাহি আর ॥ ১৯০ ॥

শব্দার্থ

পতিতপাবন-হেতু—পতিত ওইবা মীব লান্বিগে হায়বগী মরম্মা ; তোমার—নহাকী ; অবতার—নোঙগুম্বনী ; আমি—ঐহাক ; বহি—নত্তনা ; জগতে—জগত্তা ; পতিত—সংসারদা পুখরবা ; নাহি—লৈত্রে ; আর—অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পতিত ওইবা মীবু লান্বিগে হায়বগীদমক নহৃমা অবতার তৌবনী। ঐহাক নত্তনা জগত্তা পতিত অতৈ লৈতরে।

মূল ১৯১

জগাই-মাধাই দুই করিলে উদ্ধার।

তাহা উদ্ধারিতে শ্রম নহিল তোমার ॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

জগাই-মাধাই—জগায়-মাধাই ; দুই—অনীবু ; করিলে—তৌরে ;

উদ্ধার— লান্‌বীবা ; তাহা— মখোয়বু ; উদ্ধারিতে— উদ্ধার তৌবদা ; শ্রম —শোম্বা, হোৎমবা ; রহিল—ওইখিদে ; তোমার—নহাক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগাই মাধাই অনীবু উদ্ধার তৌবিখিয়ে। মখোয়বু উদ্ধার তৌবদা নহাক হাখিবা লৈতে।

মূল ১৯২

ব্রাহ্মণ-জাতি তারা—নবদ্বীপে ঘর।

নীচসেবা না করে নহে নীচের কূর্পর ॥ ১৯২ ॥

শব্দার্থ

ব্রাহ্মণ-জাতি— ব্রাহ্মণ ওইনা পোকপনী ; তারা— মখোয়দি ; নবদ্বীপ — নবদ্বীপ-তা ; ঘর—যুম ( লৈ ) ; নীচসেবা— অতোনবগী সেবা ; না করে — তৌদে। নহে— নত্তে ; নীচের—অতোনবা জাতিগী ; কূর্পর—মনাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়দি ( জগাই মাধাইদি ) ব্রাহ্মণ-জাতিনী, নবদ্বীপ-তা লৈবনী। অতোনবা মীগী সেবা তৌদে অমসুং অতোনবগী মনাই ওইদে।

মূল ১৯৩

সবে এক দোষ তার হয়— পাপাচার।

পাপরাশি দহে নামাভাসেতে তোমার ॥ ১৯৩ ॥

শব্দার্থ

সবে—লোইনমক হায়রবদা ; এক— অমা ; দোষ— মরাল্‌ ; তার— মাগী, ( মখয়মসিদা ) মখোয়গী ; হয়— ওই ; পাপাচার— পাপ ওইহনবা নীচৎ ; পাপরাশি—পাপকী মপৈদি ; দহে— চাক্তুনা তুম্মী ; নামাভাসেতে তোমার— নহাক্কী নামগী আভাস-না ( মওাতুনা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়গী দোষ হায়রবা তাব্রবদা মখোয় পাপাচার ( পাপকী শাজৎ ) চৎলী। পাপকী মপৈদি নহাক্কী নামগী আভাসতনা চাক্‌থেক্লি।

## নৈনরোল

**পাপ-আচার**—পাপ ওইগদবা শাজং ; **নামাভাস**—নামীদা ( মিংগী মপুদা ) কৌবা নত্তনা নাম অতু উচ্চারণ তৌববু নামাভাস কৌয়ি । অজামিলগী মচানুপাগী মিং নারায়ণ কৌয়ি । মহাক্কা মচাবু তম্মা **নারায়ণ, নারায়ণ** হায়না কৌখিবা মতমদা বৈকুণ্ঠেশ্বর নারায়ণবু লক্ষ্য তৌদ্রবস্থু নাবায়ণগী **নামাভাস**-দি উচ্চারণ তৌরে ; বৈকুণ্ঠেশ্বর নারায়ণবু লক্ষ্য তৌদুনা **নারায়ণ** হায়না কৌরম্লগদি **নাম** উচ্চারণ তৌবা হায়বতু ওইরমগ-দৌবা । নাম-মাহাত্ম্য **কয়াম্নক কনবগে হায়ববু** নামতু শোনবগী রাদি লায়রদুনা, নামাভাসনফাওবা পাপকী মপৈ কোক্‌য়ি ।

## মূল ১৯৪

তোমার নাম লঞা করে তোমার নিন্দন ।

সেই নাম হৈল তার মুক্তির কারণ ॥ ১৯৪ ॥

### অন্বয়ার্থ

তোমাব— নহাক্কী ; নাম—মিং ; লঞা—লৌরগা ; উচ্চারণ তৌরগা ; করে—তৌরি ; তোমার—নহাক্কী ; নিন্দন—নিন্দা, তাথী রা ; সেই নাম —মিং অদুনা ; হৈল—ওইরে ; তার—মখোয়গী ; মুক্তির—লাম্মনবগী ; কারণ—মরম ।

### মৈতৈলোন্দা লন্দোকপা

নহাক্কী নাম লৌরগা নঙবু থীনা ঙাঙবনী ( জগাই-মাধাইনা ) । নঙগী নামদুনা মখোয়ণীগী লাম্মনবগী মরম ওইরে ।

### নৈনরোল

জগাই মাধাইনা ভগবানগী নামাভাস উচ্চারণ-তৌদে, ভগবানগী মিংদুমক উচ্চারণ তৌয়ে । ভগবানগী নিন্দা তৌগে হায়বগীদমক ভগবানবু লক্ষ্য তৌরগা ভগবানগী নাম উচ্চারণ তৌরে, মদুদা মখোয়গী পাপ-পুন্না মরু ফুক্না মাঙখ্রে, মখোয়গী চিত্তদু শুদ্ধ ওইরে, করিমত্রা মোত্তরে । মসি ওইরিবদি ভগবানগী নামগী বস্তুগত ( পোৎমচাগী ওইবা ) শক্তিননী । বস্তু-শক্তিদি বুদ্ধিশক্তিবু ঙাইদে ; থূৎ পোক্কনী হায়বা খঙদদুনা মৈদা থূৎ থিং-জল্লগা থূৎ পোক্পগুম্না, নামগী শক্তি-খঙদ্রবস্থু করেম্নদুনা নত্রগা শ্রদ্ধা তৌদুনা ওইরবস্থু ভগবানগী নামদু উচ্চারণ তৌরবদি নামদুনা মাগী ফল অদু ফংহল্লী ।

## মূল ১৯৫

জগাই-মাধাই হৈতে কোটি কোটিগুণে।
অধম পতিত পাপী আমি দুই জনে ॥ ১৯৫ ॥

### শব্দার্থ

জগাই মাধাই জগাই অমসুং মাধাই, হৈতে দগী; কোটি-কোটি গুণে- -শরূক কোটি কোটি হেন্না; অধম অতোনবা; পতিত —সংসারদ পূম্ববা, পাপী পাপ-চেনবা, আমি —ঐখোয়, দুই জনে -মী অনীদি।

#### মৈতৈলোন্দা ছন্দোরূপ

জগাই-মাধাইদগী ঐখোয় অনীনা শরূক কোটি কোটি হেন্না তোল্লী, সংসারদা পূথৈ শত্রুগা পাপচেল্লী।

## মূল ১৯৬

ম্লেচ্ছ জাতি ম্লেচ্ছসেবী করি ম্লেচ্ছ-কর্ম্ম।
গোব্রাহ্মণদ্রোহি-সঙ্গে আমার সঙ্গম ॥ ১৯৬ ॥

### শব্দার্থ

ম্লেচ্ছ জাতি— ম্লেচ্ছগী মতৌগুম্না তক্কচবা থবক তৌই হায়বগীদমক ম্লেচ্ছজাতিগুম্লে; ম্লেচ্ছসেবী—ম্লেচ্ছগী মনাইনী, করি—তৌযি; ম্লেচ্ছ-কর্ম্ম —ম্লেচ্ছগী কৌনশা ওইবা থবক, গো —শল, ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ; দ্রোহী —য়েংথিবা; সঙ্গে -লোয়ননা, আমার- ঐখোয়গী; সঙ্গম—তিন্নবা, সঙ্গ।

#### মৈতৈলোন্দা ছন্দোরূপ

ঐখোযদি ম্লেচ্ছজাতিগুম্বনী, ম্লেচ্ছগী মনাইনী, ম্লেচ্ছনা তৌগদবা থবক তৌয়ি। শল-ব্রাহ্মণবু য়েংথিবা মীগা ঐখোযনী তিন্নৈ।

## নৈনরোল

ম্লেচ্ছজাতি —"(ঐখোয়দি) ম্লেচ্ছগী মতৌগুম্না তক্কচবা থবক তৌবনীনা ম্লেচ্ছজাতিগুম্নী।" হায়রিসি রূপ-সনাতনগী দৈন্য উৎপা হায়ভনী, অশেংবদি মথোয়দি ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপনী। বৈষ্ণবতোষণীগী মমৈদা মখোয়গী পরিচয়গী মতাঙদা হায়রি—"জাতস্তত্র মুকুন্দতো দ্বিজবরঃ শ্রীমান্

কুমারাবিধঃ। তৎপুত্রেষু মহিষ্ঠ-বৈষ্ণবগণ-শ্রেষ্ঠাস্ত্রয়ো জজ্ঞিরে। আদি শ্রীলসনাতনস্তদনুজঃ শ্রীরূপনামা ততঃ। শ্রীমদ্বল্লভনামধেয়বলিতঃ।।— মকুন্দনা দ্বিজবর কুমার কৌবা মচাম্নুপা-অমা পোকৃয়ি; কুমারগী মচানুপা-শিংগী মবক্তা মহামান্য বৈষ্ণবশিংগী মুংশিজবা অহুম য়াংরম্মী, অহ নবা সনাতন, অনীশুবনা শ্রীরূপ অহুম্পা অজ্ঞমশুবনা শ্রীবল্লভ।।

রূপ সনাতন অনীসি হুসেনসাহগী মথাদা চাকুরী তৌবা মতমদা ম্লেচ্ছ ওইখরে হায়না কনা-কনাগুম্বনা হায়; মহু নাতৈ চাদে। মহাপ্রভুগী চরণ দর্শন তৌববা মতুঙদা হকচাঙ কুমদসে হায়শম্বনা শ্রীসনাতন থবক কাওবা লেপ্‌খি, মতমত্তুদা বাদসাহনা মচৈনা থাজনা যেংহল্লুবদা মহাক নাদে হায়বা খঙ্গী। মহুদা বাদসাহ মচামক চৎতুনা সনাতনগী মযুম যৌখি, অদুদা উখিবদি- ব্রাহ্মণ-পণ্ডিতশিংগা লোয়ননা সনাতন শ্রীমদ্ভাগবত নৈনবম্মী। 'ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত বিশ-ত্রিশ লঞা। ভাগবত-বিচার করে সভাতে বসিযা।। ২/১৯/১৭।।" হুসেন সাহগী মতমদা হিন্দুশিংগী সমাজবু পুল্লম্বা নিয়মসি কয়ামুক শাথীনা কল্লম্বগে হায়ববু হুসেনসাহনা মাগী পাঙ্গুগী ঈশীঙ ব্রাহ্মণ সুবুদ্ধিরায়গী য়াম্বু দা তৈজিন্নম্বদা ব্রাহ্মণ সমাজনা—মখে যদগী হেন্দোকুনা হিন্দু সমাজ পুম্নমক্কা- সুবুদ্ধি রায় সমাজদগী তাম্লে কৃখি। অম্বুম্না ওৌনবম্বা মতমদা, রূপ-সনাতন অনীনা মুসলমান ওইরম্ব থোক্লবদি মখোযগী যুমদা ভট্টাচার্য্য ব্রাহ্মণ কুম্-বুম্না চত্তলগ। শ্রীমদভাগবত নৈনগনী হায়বকসিবু থাজবা য়াবগ্না? অসিগী মথক্তদা, রামকেলিদা প্রভুগী দর্শন তৌবগা হঙ্গক্নবা মতুঙদা মচিন্নবাও অনীনা বিষয়সম্পত্তি হাদে য়গা উপায় শেমখি। শেল যাম্না পীদুনা ব্রাহ্মণ অনীবু বোৎরগা রবণ তৌরগা কৃষ্ণমন্ত্রনা পুরশ্চরণ তৌহনখি। মখোয় অনীনা মুসলমান ওইরম্নবদি ব্রাহ্মণ অনীহুনা মখোযবু পুরশ্চরণ তৌহিংবু হায়বা য়াবমগনী হায়বা থাজদে। দীক্ষাগী তুংদা পুরশ্চরণ তৌগনী। কৃষ্ণ-মন্ত্রনা পুরশ্চরণ তৌযি হায়ব রাসিদগী হঙবা চম্বদি রূপ সনাতন অনীসি হন্নবা কৃষ্ণমন্ত্রদা দীক্ষা লৌবম্বনী। মখোয়না মুসলমান ধর্ম্ম লৌরম্বা থোক্ল-বদি কৃষ্ণমন্ত্রদা দীক্ষা লৌবম্নোইদৌরনী, অদুগা কনামতনম্ব মখোযবু কৃষ্ণ-মন্ত্রদা দীক্ষা পীবম্নোইদবনী। ম্লেচ্ছ কর্ম্ম—অয়াম্বা মতমদা হুসেন সাহনা শল, ব্রাহ্মণ অমসুং সেবতাগী মকমদা হিংসাগী থবক হায়া তৌয়ি। মহুদা মন্ত্রী ওইনা রূপ সনাতনখোয়না তেঙবাতঙ্গী। মরমসিনা হায়রিবমী মখোয়নী ম্লেচ্ছগী লৌকপা ওইবা থবক তৌয়ি হায়না।

## মূল ১৯৭

মোর কর্ম মোর হাথে গলায় বান্ধিয়া।
কুবিষয়–বিষ্ঠাগর্ত্তে দিয়াছে ফেলাইয়া ॥ ১৯৭ ॥

## শব্দার্থ

মোর—ঐগী (ঐখোয়গী); কর্ম্ম—থবক; প্রারব্ধ ( নহানমূক্মপোক্রুগী চৌরক্লবা) কর্ম্মনা; মোর—ঐখোয়গী: হাথে—খুৎতা; গলায়—ওক্তা; বান্ধিয়া—পুন্দ্না; কুবিষয়—ফত্তবা বিষয়গী (ভগবদ্ভক্তিদা কায়গদবগী) মশক ওইবা; বিষ্ঠা—থীগী; গর্ত্তে—কোম্দা; দিয়াছে ফেলাইয়া—লংশন্বিরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়গী প্রোরব্ধ কর্ম্মনা খুৎকা ওক্কা পুনশিল্লগা ফত্তবা বিষয়গী মশক–ওইবা থীগোমদা লংশন্বিরে

## নৈনরোল

প্রাবব্ধ কর্ম্মগী ফলদি চাদবা য়াদে।

## মূল ১৯৮

আমা উদ্ধারিতে বলী নাহি ত্রিভুবনে।
পতিতপাবন তুমি সবে তোমা বিনে ॥ ১৯৮ ॥

## শব্দার্থ

আমা—ঐখোয়বু; উদ্ধারিতে—লান্দিনবা; বলী—পাঙ্গল–কন্বা; নাহি—লৈতে; ত্রিভুবনে—মরোল অহুমদা: পতিতপাবন—লেখা–তাববব্ লান্বীবা; তুমি—নহাক্কী; সবে—খক্ত (কেবল); তোমা—নঙ; বিনে—নত্তুনা।

মৈতৈলোন্দা ইন্দোকপা

মরোল অহুমদা ঐখোয়বু কনবীনবা শক্তি–চেন্বা কনা লৈতে। নঙদি লেখাতারবা মীবু লৌখৎপা অহুনী; নঙখক্তা নত্তুনা (অতৈমা লৈতে)।

## মূল ১৯৯

আমা উদ্ধারিয়া যদি দেখাও বল।
পতিতপাবন–নাম তবে সে সফল ॥ ১৯৯ ॥

### শব্দার্থ

আমা—ঐখোয়বু ; উদ্ধারিয়া—উদ্ধার তৌবিদুনা ; যদি—বদি ; দেখাও—উৎলু , বল—পাঙ্গল ; পতিতপাবন নাম—পতিতপাবন হায়বা মিং ; তবে—অদু ওইরবদি ; সে—মদু ; সফল—মহৈ য়াল্লে।

মৈতেলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়নীবু উদ্ধার তৌবিদুনা শক্তি উৎলবদি পতিতপাবন কৌবা নমিংদো মহৈ য়াল্লে।

### মূল ২০০

সত্য এক বাত কহোঁ শুন দয়াময়।
মো বিনু দয়ার পাত্র জগতে না হয় ॥ ২০০ ॥

### শব্দার্থ

সত্য—অশেইবা ; এক—অমা ; বাত—রা ; কহোঁ—হায়গে ; শুন—তাও ; দয়াময়—হে থৌজালহৈবা ; মো—ঐ (ঐখোয়) ; বিনু—নত্তনা ; দয়ার—চান্নবগীদমক ; পাত্র—হাপ্ফম ; ( দয়ার পাত্র—চান্বীফম্ ) ; জগতে—জগৎত ; না হয়—ওইদে।

মৈতেলোন্দা হন্দোকপা

হে থৌজাল হৈবা ইবুংঙো অশেইবা রা অমা হঙ্গৎকে তাবিয়ু—ঐখোয়নী নত্তনা থৌজালফম্ থোক্পা জগৎতা লৈত্রবনী।

### মূল ২০১

মোরে দয়া করি কর স্বদয়া সফল।
অখিল ব্রহ্মাণ্ড দেখুক তোমার দয়াবল ॥ ২০১ ॥

### শব্দার্থ

মোরে—ঐবু ( ঐখোয়নীবু ) ; দয়া—চান্বীবা ; করি—তৌদুনা ; কর—ওইহল্লো ; স্বদয়া—নহাক্কী দয়াদু ( থৌজাল্দু ) ; সফল—মহৈয়ানবা ; অখিল—অপুম্বা ; ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ডশিং ; দেখুক—উজশনু ; তোমার—নহাক্কী ; দয়াবল—দয়াগী পাঙ্গল।

মৈতেলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়নীবু থৌজালবীদুনা নহাক্কী দয়াদু মহৈ য়াল্হল্লো। ব্রহ্মাণ্ড পুম্বনা নঙগী দয়াগী শক্তিদু উজশনু।

## মূল ২০২

তথাহি যামুনমুনিবিরচিতে স্তোত্ররত্নে (৫০)

ন মৃষা পরমার্থমেব মে শৃণু বিজ্ঞাপনমেকমগ্রতঃ।
যদি মে ন দয়িষ্যসে তদা দয়নীয়স্তব নাথ দুর্লভঃ ॥ ২০২ ॥

### শব্দার্থ

ন—নত্তে ; মৃষা—ওইদবা ( মিথ্যা ) ; পরমার্থম্—অওইবা (সত্য) ; এব—লেপ্পমক ; মে—ঐগী ; শৃণু—নাকোওনা তাবিয়ু ; বিজ্ঞাপনম্—রাকং ; একম্—অমা ; অগ্রতঃ—মাঙদা ; যদি—বদি ; মে—ঐবু ; ন দয়িষ্যসে—থোজান্দ্রে ; তদা—অদু ওইরবদি ; দয়নীয়ঃ—থোজানফম-থোকৃপা অমা ; নাথ—হে (ঐবু) লোইবা ; দুর্লভঃ—ফংবদা য়াম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নাথ, নঙগী মাঙদা (নফমদা) ঐনা হঙ্গংচনীঙবা অমা লৈ—ঐনা হঙ্গংলিবসি মিথ্যা নত্তে, সত্যানী। ( ঐগী রাকংতি অসিনী—) নঙনা ঐবু দয়া তৌদ্রবদি নঙনা দয়া তৌগদবা মীওা থিবদা ফংবা য়াগনী।

### নৈনরোল

ন মৃষা—ওইদবা নত্তে। ঐগুম্বা দয়া-তৌফম মীওা অমা লৈত্রে হায়বসি হায়শন্নবা নত্তে, অশেংবা য়ানী। দুর্লভঃ—পতিত ওইবা মীদি দয়া-তৌফম অমনী ; অদুকী মতীক পতিত ওইরগা অদুকী মতীক দয়াতৌফমনী। ঐগুম্না পতিত ওইবা জগৎসিদা অতৈমা লৈত্রে ; মরমদুনা ঐবু দয়া তৌদ্রবদি নঙনা দয়া তৌগদবা মীওা অমা কদায়দসু ফংলরোই।

## মূল ২০৩

আপনা অযোগ্য দেখি মনে পাঙ্ ক্ষোভ।
তথাপি তোমার গুণে উপজয় লোভ ॥ ২০৩ ॥

### শব্দার্থ

আপনা—ইছাবু ; অযোগ্য—মতীকচাদবা ওইনা ; দেখি—উদ্লা ; মনে—পুক্নীঙদা ; পাঙ্—ফংঙী ; ক্ষোভ—অপানবা (বাধা) ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; তোমার—নহাক্কী ; গুণে—গুণদা ; উপজয়—পোকয়ি ; লোভ—মিহৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইছাবু মতীক-চাদে হায়বা উহুনা থক্-পন্‌বা অমা ফংঙী, অদুম ওই-নমক নগুণছুনা ( অতোন্‌ববু নচাংম মুংশিবীবা গুণ অদুনা ) ঐঙোন্দা মিহৌবা অমা পোকয়ি।

## মূল ২০৪

বামন যৈছে চাঁদ ধরিতে চাহে করে।
তৈছে এই বাঞ্ছা মোর উঠয়ে অন্তরে ॥ ১০৪ ॥

## শব্দার্থ

বামন—খীক্লেম্বনা, যৈছে—মতুংগুম্না ; চাঁদ—থা ; ধরিতে—ফাবা ; চাহে—পাম্মী ; করে—খুৎনা ; তৈছে—অদুগুম্না ; এই—অসি ; বাঞ্ছা—অপাম্বা ; মোর—ঐগী ; উঠয়ে—পোকুয়ি ; অন্তরে—পুক্নুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খীক্লেম্বনা মখুৎনা থা লানবগুম্না ঐগী অপাম্বসি (নংবু সেবা তৌনীঙবসি) পুক্নুংদা পোক্লকয়ি।

## মূল ২০৫

তথাহি যামুনমুনিবিরচিতে স্তোত্ররত্নে (৪৬)

ভবন্তমেবানুচরন্নিরন্তরং—
প্রশান্তনিঃশেষমনোরথান্তরঃ।
কদাহমৈকান্তিকনিত্যকিঙ্করঃ
প্রহর্ষয়িষ্যামি সনাথজীবিতম্ ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

ভবন্তম্—নহাক্‌পু ; এব—লেপ্পক ; অনুচরন্—তুং ইন্দুনা, সেবা তৌহুনা ; নিরন্তরম্—তন্তনা ; প্রশান্ত—নেমৎল্লবা ; নিঃশেষ—মপুংফানা ; মনোরথ—অপাম্বা ; অন্তরঃ—অতোপ্পা ; প্রশান্তনিঃশেষমনোরথান্তরঃ—( নঙগী সেবা নত্তবা) অতোপ্পা অপাম্বা লৈত্রবা মী ; কদা—কদৌঙেই অহম্—ঐ ; ঐকান্তিক—পম্মুং অমখক্তবু চু পায়বগুম্ পায়বা ; নিত্য-কিঙ্করঃ—নত্তম পুম্বগী মীনাই ওইবা মী ( ওইহুনা ) ; প্রহর্ষয়িষ্যামি—হর্ষাও-হনগনী ; সনাথ-জীবিতম্—মপুগা লোয়নবা পুন্সীবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নাম ( নঙগী সেবা পাম্বসী নত্তবা ) অতোপ্পা পুন্থা থাদোক্লুনা নঙগী পুন্ডলে-লৈশঙ্বা মতম পুম্বগী ননাই ওইহুনা নঙবু সেবা তৌনা তৌনা কদৌঙৈ ঐনা ঐগী মপু-পানবা পুন্সীবু হুংঙাইহনবা ঙমগনী ?

## নৈনরোল

**ঐকান্তিক-নিত্যকিঙ্কর** অতৈ-অথম নাইদনা সেবা তৌবা মীবু নিত্য-কিঙ্কর কৌয়ি . কিঙ্কর হায়বদি মীনাই হায়বনী। অসিগুম্ব সেবানা অমত্তা ওায়বা মথৌনী হায়না খনবা, অতোপ্পা মবম অমা খল্লুবা লৈত্রবা, অদুগুম্বা মীবু ঐকান্তিক-নিত্যকিঙ্কর কৌয়ি। কিঙ্কর-শব্দগী অর্থ মনাই (দাস) ওইরবসু মাগী থোইদোকপা বাঙ্গন ( অর্থ-মগাঙ ) অমা লৈ। "কিং করোমি,, কিং করোমি মপুগী পন্নবগীদমক ঐ করি তৌগে, ঐ করি তৌনী, করি তৌবা ঙমগনী। করি তৌবগা মহাক্কী হুংঙাইবা ওইগদগে"— অসিগুম্বা সেবা তৌনীঙবগী খোযবাঙবা অমা মতম পুম্নমক্তা পোক্লুনা লৈবা মহাক্কুবু কিঙ্কর কৌয়ি। অম্ব্রা মপুগীদমক খোযবাঙবসিনা মনাই ওইবা মহাকীদি মবন্নাই হুংঙাইবা পামদে হায়বসু তাক্লি।

**সনাথজীবিতম্**—নাথ-লৈবা ( মপু-পানবা ) পুন্সীবু। নঙগী কিঙ্কর ওইবা ফংদবনা হায়বদি নঙগী সেবা তৌনা ফংদবনা ঐগী জীবিত ( জীবন ) অসী অনাথ ( মপু-পানদবা ) ওইহুনা লৈরে ; নঙগী চরণ সেবা ফংলগদি, অদুনা মহাকপু ফংলগদি ঐগী জীবিত-সী ( পুন্সীসী নাথ ( মপু পানবা ) ওইগনী , মতমদুদা জীবিত অদুবু সনাথজীবিতম্ কৌবা যাগনী।

**প্রহর্ষয়িষ্যামি**—মপাঙফানা হর্ষ ওহনগনী (হুংঙাইহনগনী)। প্রভুবু (মপুবু) ফংলগদি পুন্সীসে সনাথ (মপু-পানবা) ওইগনী , অদুব করম তৌনা পুন্সীসীবু হুংঙাইহনবা য়াই ? মদু হায়রি। ঐকান্তিক-নিত্যকিঙ্কর ওইহুনা— ঐকান্তিক ওইনা অমসুং নংপা লৈতনা প্রভুবু সেবা তৌরগদা পুন্সীবু হুংঙাইহনবা য়াই— সেবা তৌবা ফংদবদগী থরাই হুংঙাইরমদ্রে পুন্সী ওই-বনসু ঐকান্তিকী ভগবৎ সেবানা হুংঙাইহনবা য়াই।

অদুবু কার ওইবা ওল্লবদা অদুগুম্বা সেবাদু ফংবা য়াগনা হায়রুড়ু প্রশান্ত-নিঃশেষ-মনোরথান্তর' হায়বসিনা তাক্লি। মনোরথগী অর্থদি

অপাম্বা ( বাসনা ) হায়বনী। মনোরথান্তরগী অর্থদি অতোপ্পা অপাম্বা হায়বনী, ভগবৎ-সেবা নত্তনা অতোপ্পা বাসনা হায়বনী। করিমত্তা লেমহৌদ্রবা ( শেষ লৈত্রবা ) অদুবু নিঃশেষ কৌয়ি। ভগবৎ-সেবা তৌনীঙবা নত্তনা অতৈ-অতোপ্পা বাসনা পূম্নমক নিঃশেষ ওইনা ( করিমত্তা লেমহৌদবমথৈ ) প্রশান্ত ওইবা হায়বদি লৈত্রবা অদুবু প্রশান্তনিঃশেষমনোরথান্তরঃ কৌয়ি। ভগবৎ-সেবাগী বাসনা-নত্তবা অতৈ অতোপ্পা বাসনা পূম্নমক লৈত্রবা মী মহাক অদুত্তনা শ্রীভগবানবু ঐকান্তিকী সেবা তৌনবগী লাইবক ফংজত্নুনা পুন্সী মহৈ য়াল্হনবা ঙমগনী। শ্রীরূপসনাতন অনীনা নৈনরিবা শ্লোকসী থীরগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী খুয়াদা অসিগুম্বা সেবা তৌজগে হায়না হঙ্গংলম্মী। মূল পয়ার ২০৪ দা য়াওবা বাঙ্গা অদু শ্লোকসিদা মপূঙ ফানা তাক্লে।

## মূল ২০৬

শুনি প্রভু কহে—শুন রূপ দবীর খাস।
তুমি-দুই-ভাই মোর পুরাতন দাস ॥ ২০৬ ॥

## শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাদুনা; প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা; কহে—হায়; শুন—নাকোঙনা তাও; রূপ দবীর খাস—দবীর-খাস হায়বা উপাধি ফংবা শ্রীরূপ; তুমি দুই-ভাই—নচিন্নানাও অনী, রূপ অমসুং সনাতন; মোর—ঐগী; পুরাতন—অরিবা; দাস—নাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা (শ্রীরূপ গোস্বামীগী রা) নাকোঙনা তারগা হায়রম্মী—দবীর-খাস কৌবা উপাধি ফংলবা রূপ তাও, নখোয় নচিন্নানাও অনীসে ঐগী অরিবা দাসনী।

## নৈনরোল

**মোর পুরাতন দাস**—ঐগী থায়নগী অরিবা ইনাইনী। ব্রজলীলাদা শ্রীরূপগোস্বামীসি শ্রীরূপমঞ্জরীনী অদুগা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা শ্রীরতিমঞ্জরী নত্রগা শ্রীলবঙ্গমঞ্জরীনী। মখোয়সী প্রভুগী নিত্যপরিকরনী; মরমদুনা মখোয়বু পুরাতন দাস হায়রিবনী।

## মূল ২০৭

আজি হৈতে দোঁহার নাম রূপ সনাতন।

দৈন্য ছাড় তোমার দৈন্যে ফাটে মোর মন ॥ ২০৭ ॥

### শব্দার্থ

আজি হৈতে— ঙসিদগী ; দোঁহার—অনীগী ; নাম— মিং ; রূপ সনাতন — রূপ অমসুং সনাতন ; দৈন্য—তোঙ্থবা ; ছাড়—থাদোক্লো ; তোমার দৈন্যে— নঙগী তোঙ্থবসিদা ; ফাটে—কায়রে ; মোর—ঐগী ; মন—পুক্নীং ( থম্মোয় )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঙসিদগী তৌনা নখোয়নীগী মিং রূপ অমসুং সনাতন হায়না থোল্লবনী। তোঙ্থবা তৌক্লো ; নখোয়না তোঙ্থবসিদা ঐগী থম্মোই কায়রে।

### তৈনবরোল

বাদসাহনা শ্রীরূপ-দা পীবা উপাধিনা দবীরখাস-নী অদুগা শ্রীসনাতনদা পীবনা সাকর-মল্লিক-নী। প্রভুনা উনবা মুমীতুদগী মখোয়নীগী উপাধি থাদোকহল্লে। মদুনা তাকপদি উপাধি থাদোকপগা লোয়ন-লোয়ননা রাজ-কর্ম্ম থাদোক্লে হায়বদুনী।

## মূল ২০৮

দৈন্যপত্রী লিখি মোরে পাঠাইলে বার বার।

সেই পত্রী দ্বারা জানি তোমার ব্যবহার ॥ ২০৮ ॥

### শব্দার্থ

দৈন্যপত্রী— তোঙ্থবা উৎতুনা ইবা চিঠি ; লিখি—ইদুনা ; মোরে— ঐঙোন্দা ; পাঠাইলে—থারকখি ; বার বার —হন্না হন্না ; সেই—অদু ; পত্রী-দ্বারা—চিঠিনা ; জানি – খঙঙী ; তোমার—নহাক্কী ; ব্যবহার—মতৌ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয়না দৈন্য উৎতুনা হন্না হন্না ঐঙোন্দা চিঠি ইরকখি। চিঠিশিংদুদগী নখোয়গী মতৌ কবিনা তাযবা ঐহাক খঙঙী।

### তৈনবরোল

পয়ারসিনা তাকপদি প্রভুনা রামকেলিদা লেঙলক্লিঙৈগী মমাঙদা

শ্রীরূপ-সনাতন অনীনা প্রভুদা দৈন্যপত্রী হন্না হন্না থারক্খি, মরমদুনা চিঠিশিংদুদগী মখোয়না শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌনীউডী হায়বসি মহাপ্রভুনা হায়না খঙলম্লে।

মুল ২০৯

তোমার হৃদয়-ইচ্ছা জানি পত্রীদ্বারে।
তোমা শিক্ষাইতে শ্লোক পাঠাইল তোমারে॥ ২০৯॥

শব্দার্থ

তোমার--নহাক্কী ; হৃদয়-ইচ্ছা - থম্মোইগী অপাম্বা ; জানি— খঙডী , পত্রীদ্বারে—চিঠিদুনা ; তোমাব - নহাকপু : শিক্ষাইতে—তাক্পিগে হায়দুনা ; শ্লোক—শ্লোক ; পাঠাইল - থাখি , তোমারে - নঙোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী থম্মোইনা পামজবা করিনো হায়বদু নহাক্কী চিঠিদগী খঙডী। অদুনা ঐনা নঙবু তাক্পিগে হায়নগীদমক শ্লোক অদে। নঙোন্দা থাখিবদুনী।

মৈনরোল

মহাপ্রভুনা থাখিবা শ্লোক অদু মখাদা লাকনী। রাজকর্ম তৌন-তৌনমক, করম্না পুক্নীঙবু ভগবানগী সেবাদা থিংজনবা য়াহি হায়বগী পাউ-তাক্ ওইনা শ্লোক অদু পীখিদনী।

তথাহি শিক্ষাশ্লোক : —

মুল ২১০

পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্মসু।
তদেবাস্বাদয়ত্যন্তর্নবসঙ্গরসায়নম্॥ ২১০॥

শব্দার্থ

পরব্যসনিনী—মপুরোইবা-নত্তবা অতোপ্পা মুপাদা লুপ্পবী ; নারী নুপী ; ব্যগ্রা—চিন্নবা ; অপি- সু ; গৃহকর্মসু—য়ুমগী থবক্তা ; তৎ এব —( হায়না সংশ্রবা ) অদুমক ; আস্বাদয়তি—মহাও তংডী ; অন্তঃ— পুক্নীঙদা , নবসঙ্গরসায়নম্— অতোপ্পা মুপাগা নৌনা উনবগী রস

ইঙ্গিতনা মখোয় অনীনা সংসারদা আমক্ত ওইবা মীগুম চংলম্বনী অদুগা মখোয়বু উপলক্ষ্য ওইনা থম্নগা থৌজাল-হৈবা মহাপ্রভুনা সাংসারিক ওইবা মীশিংদা ভজনগী ক্রম (মথং-মনাও) আকুপীখিবনী। নৈনরিবা শ্লোকসিদা জীবগী শিক্ষাগীদমক প্রভুনা শ্রীরূপসনাতন অনীদা হায়খিবনী—"নখোয় রাজকর্ম্ম তৌরি, অদুম তৌথো, অদুগা নপুক্কীওদি মতম পুম্বদা ভগবান্‌গী চরণ-খাদা থম্নবা হোৎনৌ।

## মুল ২১১

গৌড়-নিকট আসিতে মোর নাহি প্রয়োজন।
তোমা দোঁহা দেখিতে মোর ইহাঁ আগমন॥ ২২১॥

## শব্দার্থ

গৌড়নিকট—গৌড়দেশগী মনাক্তা রামকেলিগ্রামদা; আসিতে—লাক্লবা; মোর—ঐগী; নাহি—লৈতে; প্রয়োজন—কাম্নবা; তোমা—নখোয়; দোঁহা—অনী; দেখিতে—উনগে হায়দুনা; মোর—ঐগী; ইহাঁ—মফমসিদা; আগমন—লাক্পনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়গী মনাক্তা (হায়বদি রামকেলিগ্রামদা) ঐহাক লাক্লবা থবক অতৈ অমা লৈতে; ঐনা অসিদা লাক্পদি নখোয় অনীবু উনগে তৌবনী।

## মুল ২১২

এই মোর মনের কথা কেহো নাহি জানে।
সভে বোলে— কেনে আইলা রামকেলিগ্রামে॥ ২১২॥

## শব্দার্থ

এই—অসী; মোর—ঐগী; মনের—পুক্কীগী; কথা—ৱা; কেহো—কনামত্তা; নাহি জানে—খঙদে; সভে—মীপুম্নমক্না; বোলে—হায়; কেনে—করিগীনো; আইলা—লাক্লিবা; রামকেলিগ্রামে—রামকেলি খুন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী পুক্কীগী ৱাসী কনামত্তনা খঙদে। লোইনমক্না হংঙী—করিগীনো রামকেলিগ্রামদা লাক্লিবা?

## মূল ২১৩

ভাল হৈল দুই ভাই আইলা মোর স্থানে।
ঘর যাহ ভয় কিছু না করিহ মনে ॥ ২১৩ ॥

### শব্দার্থ

ভাল হৈল—ফরে ; দুই ভাই—নচিন্নাও অনী ; আইলা—লাক্রে ; মোর - ঐগী ; স্থানে—মফমদা ; ঘর—য়ুমদা ; যাহ—চৎলো ; ভয়—কিবা , কিছু করিস্নু ; না করিহ—তৌরন্নু ; মনে—পুক্নুংদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নচিন্নাও অনীনা ঐগী নাক্তা লাকপসি য়াম্না ফরে। য়ুমদা হল্লো, নপুক্নীংদা করিস্নু কিক্লন্নু।

## মূল ২১৪

জন্মে জন্মে তুমি দুই—কিঙ্কর আমার।
অচিরাতে কৃষ্ণ তোমার করিব উদ্ধার ॥ ২১৪ ॥

### শব্দার্থ

জন্মে জন্মে—মপোক খুদিংদা ; তুমি-দুই—নখোয়নী ; কিঙ্কর—নাইনী ; আমার—ঐগী ; অচিরাতে—থুন্দনমক ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; তোমার—নঙগী ( নখোয়গী ) ; করিব—তৌগনী ; উদ্ধার—লৌখৎপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নপোক নপোক খুদিংদা নখোয় অনী ঐগী ইনাইনী। থুন্দনমক শ্রীকৃষ্ণনা নখোয়বু লান্বিগনী ( হায়বদি রাজকর্মদগী উদ্ধার তৌবিগনী হায়বদি কৃষ্ণগী কৃপানা থুনমক ঐকান্তিক ওইনা কৃষ্ণসেবা তৌবগী লাইবক লাক্লগনী। )

## মূল ২১৫

এত বলি দোঁহার শিরে ধরে দুই হাথে।
দুই ভাই প্রভুপাদ নিল নিজ মাথে ॥ ২১৫ ॥

৫ শব্দার্থ

এত—অসুকখক ; বলি—হায়রগা ; তোহার—অনীগী ; শিবে—কোক্তা ; ধরে—পায় ; দুই স্কন্ধে—খুৎ অনীনা ; দুই ভাই—মচিন্নাও অনীনা , প্রভুপদ—প্রভুগী খোঙ : নিল—পখৎনী ; নিজ মাথে—মছা মছাগী কোক্তা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুকখক হায়রগা প্রভুনা মখোয় অনীগী কোক্তা খুৎ অনীনা শোতুনা নাপ্পী হায়বদি আশীর্বাদ তৌবী নত্রগা শক্তি সঞ্চার তৌবী । মচীন্নাও অনীনা প্রভুগী চরণ অহু মকোক মকোক্তা পুখৎচে ।

মূল ২১৬

দোঁহা আলিঙ্গিযা প্রভু বলিল ভক্তগণে

সভে কৃপা করি' উদ্ধারিত দুইজনে ॥ ২১৬ ॥

শব্দার্থ

দোঁহা—অনীবু ; আলিঙ্গিযা—কোল্লগা , প্রভু—প্রভুনা , বলিল হায়রম্মী ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা ; সভে—পুম্নমক্না ; কৃপা—থৌজাল করি—পীবীগদবনি ; উদ্ধারহ—হাপ্পিয়ু ; দুইজনে—মী অনীসিবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

('রূপ-সনাতন') অনীবু কোল্লগা প্রভুনা ভক্তশিংদা হায়রম্মী—পুম্নমক্না থৌজাল্লিবুনা মী অনীসিবু উদ্ধার তৌবিয়ু ।

মূল ২১৭

দুইজনে প্রভুর কৃপা দেখি ভক্তগণে ।

'হরি হরি' বোলে সভে আনন্দিত মনে ॥ ২১৭ ॥

শব্দার্থ

দুইজনে—মখোয় অনীদা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; কৃপা—থৌজাল ; দেখি—উরগা ; ভক্তগণে—ভক্তশিংনা ; হরি হরি—হরি হরি ; বোলে—শোল্লী ; সভে—পুম্নমক্না ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; মনে—পুক্নীংদা ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মখোয় অনীবু ( রূপ সনাতনবু ) প্রভুনা কৃপা তৌবদু ভক্তশিংনা উরগা মখোয় লোয়নমক্না পুক্নীঙ হুংঙাইনা 'হরি হরি' হায়না শোনখি।

মূল ২১৮–২১৯

নিত্যানন্দ হরিদাস শ্রীবাস গদাধর।
মুকুন্দ জগদানন্দ মুরারি বক্রেশ্বর ॥ ২১৮ ॥
সভার চরণ ধরি পড়ে দুই ভাই।
সভে বোলে ধন্য তুমি, পাইলে গোসাঞি ॥ ২১৯ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীমন্‌নিত্যানন্দ প্রভু ; হরিদাস—শ্রীমন হরিদাস ; শ্রীবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত ; গদাধর—শ্রীমন গদাধর ; মুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ ; জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ ; মুরারি—শ্রীমুরারি ; বক্রেশ্বর—শ্রীবক্রেশ্বর ; সভার—পুম্নমক্কী ; চরণ—খোঙ ; ধরি—পায়দুনা ; পড়ে—তুই ; দুই ভাই—মচিন্নুপাও অনী ; সভে—পুম্নমক্না ; বোলে—হায় ; ধন্য—থাগৎনজাইনী ; তুমি—নঙ ( নখোয়নী ) ; পাইলে—ফংজরে ; গোসাঞি—প্রভুবু।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীহরিদাস, শ্রীশ্রীবাস, শ্রীগদাধর, শ্রীমুকুন্দ, শ্রীজগদানন্দ, শ্রীমুরারি, শ্রীবক্রেশ্বর মখোয় ময়াম পুম্নমক্কী খোঙ পায়দুনা মচিন্নুপাও অনীনা খুরুমজে। ময়াম পুম্নমক্না হায়রম্মী নখোয় অনী ধন্যনী, মরমদি নখোয় প্রভুবু ফংজরে হায়বদি প্রভুগী কৃপা ফংজরে।

মূল ২২০

সভা-পাশ আজ্ঞা লঞা চলন-সময়
প্রভু-পদে কহে কিছু করিয়া বিনয় ॥ ২২০ ॥

শব্দার্থ

সভা পাশ—পুম্নমক্কী মফমদগী ; আজ্ঞা—য়াথং ; লঞা—লৌরগা ; চলন-সময়—চৎলমদাই মতমদা ; প্রভু-পদে—প্রভুগী খুয়াথাদা ; কহে—হায়রী ; কিছু—খরা ; করিয়া বিনয়—খোনজিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূন্নমক্কী য়াথং লৌরগা চৎলমদাই মতমদা য়াম্না নোনজনা প্রভুগী চরণ-খাদা য়া থরদং হঙ্গৎলম্মী।

মূল ২২১-২২৩

ইহাঁ হৈতে চল প্রভু ইহাঁ নাহি কাজ।
যদ্যপি তোমারে ভক্তি করে গৌড়রাজ ॥ ২২১ ॥
তথাপি যবন জাতি না করি প্রতীতি।
তীর্থযাত্রায় এত সঙ্ঘট্ট ভাল নহে রীতি ॥ ২২২ ॥
যার সঙ্গে চলে এই লোক লক্ষকোটি।
বৃন্দাবন যাত্রার এই নহে পরিপাটি ॥ ২২৩ ॥

শব্দার্থ

ইহাঁ হৈতে—মফমসিদগী ; চল—লেঙলো ; প্রভু—হে প্রভু ; ইহাঁ—মফমসিদা ; নৈত্রে কাজ—কান্নবা ; যদ্যপি—বস্য ; তোমারে—নহাকপু ; ভক্তি করে—ভক্তি তৌয়ি ; গৌড়রাজ—গৌড়গী নিংথৌনা ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; যবন জাতি—যবন জাতিনী ; না করি—তৌদে ; প্রতীতি—থাজবা, বিশ্বাস ; তীর্থযাত্রায়—তীর্থযাত্রাদা ; এত—অস্তুক ; সঙ্ঘট্ট—মীয়াম্ তিন্বা ; ভাল—ফবা ; নহে—নত্তে ; রীতি—মতৌ ; যার—মাগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; চলে—চৎলী ; এই—অসী ; লোক—মী ; লক্ষকোটি—লখাকোটি ; বৃন্দাবনযাত্রার—বৃন্দাবন চৎপগী ; এই—মসী ; নহে—ওইদে ; পরিপাটি—নাতৈ-চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, মফমসিদগী লেঙথরো, মফমসিদা নৈহনা কান্নবা নৈতে। প্রভুবু গৌড়রাজনা ভক্তি তৌরবস্য অদুম ওইনমক যবন জাতিনীনা থাজফম নৈতে। তীর্থযাত্রাদা মী অস্তুক-তিন্বসি অফবা মতৌ নত্তে। মী লক্ষ-কোটি লোয়ননা বৃন্দাবন চৎপদি নাতৈ অমা চাদে।

নৈনরোল

গৌড়েশ্বর হুসেনসাহনা প্রভুবু ভক্তি য়াম্না তৌয়ি ; অদু ওইরবস্য

যবনশিংদি অয় হ্বনা হিন্দুবু তাথী। হৌজিক হৌজিক লুনা তৌরবস্মু যবনগী স্বভাবতকী খঙহৌদনা শ্রদ্ধা-ভক্তি তৌবা অদুদগী হেক য়েংথীরক্লোই হায়বা ওয়্বা নত্তে। অদুনা করি ওইগনী হায়বগী থাজনডাই লৈতে।

## মূল ২২৪

যদ্যপি বস্তুতঃ প্রভুর কিছু নাহি ভয়।

তথাপি লৌকিক লীলা—লোকচেষ্টাময় ॥ ২২৪ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি —বস্মু ; বস্তুতঃ—তশেংবমক ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; কিছু—করিস্মু ; নাহি – লৈতে ; ভয় – কিবা ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; লৌকিক —মীয়ামগী , লীলা—থৌদৌ ; লোকচেষ্টাময়—মীওইবগী থৌদৌ ডাক্তা ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তশেংবমক প্রভুগী অকিবা করিস্মু লৈত্রবস্মু অদুম ওইনমক মীওইব-দৌনা তৌবা লীলা শান্নে ; মীওইবগী থৌদৌ ডাক্তা ওইবা লীলা ডান্নী মাগীদি।

## নৈনরোল

শ্রীচৈতন্যদি মনীঙ-তম্বা ঈশ্বরনী। কনাবুস্মু কিনডাই মরম অমত্তা মাগী লৈত্তে। মহু খঙন-খঙনমক যবনশিংনা অত্যাচার তৌগনী হায়বগী চিংনদুনা মহাকপু রামকেলি গ্রামদগী থুনা লেঙখিনবা হায়রম্লিবা করিগীনো? যদ্যপি ( -বস্মু ) হায়বা শব্দসিনা পয়ারসিদা মদুগী মরম তাক্লি। মহাক মনীঙ-তম্বা ঈশ্বর ওইরবস্মু তাইবং মীদৌনা লীলা শান্নরি অদুগা তাইবং মীদৌনা থবক তৌরি। মরমসিনা মীওইবগী অকিবা পোক্লবা মরমশিংদু লাক্লবদি মহাকস্মু কিবা উৎতুনা অভিনয় তৌয়ি। মহাকপু নুংশিজবা মীশিংনা নুংশিবগী হৌনশা তশেংনমক আশঙ্কা তৌরিবনী।

## মূল ২২৫

এত বলি চরণ বন্দি গেলা দুইজন।

প্রভুর সেই গ্রাম হৈতে চলিতে হৈল মন ॥ ২২৫ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিগুম্ক ; বলি— হায়রগা ; চরণ—খোঙ ; বন্দি—খুরুম্লগা ; গেলা—চংখি ; দুই জন—মখোয় অনীদো ; প্রভুব—প্রভুগী ; সেইগ্রাম হৈতে—খুল অদুদগী ; চলিতে—চংননবা . হৈল— ওইখি। মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা অসিথক হঙ্গংলম্লগা মখোয় ( রূপ সনাতন ) অনীদো হন্খিরম্মী। প্রভুস্মু গ্রাম ( বামকেলিগ্রাম ) অদুদগী লেঙনীঙলম্লে।

### মূল ২২৬

প্রাতে চলি আইলা প্রভু কানাইর নাটশালা।
দেখিল সকল তাঁহা কৃষ্ণচরিত্রলীলা ॥ ২২৬ ।

### শব্দার্থ

প্রাতে—অয়ুক্তা ; চলি— চংলগা ; আইলা—লাক্খি ; প্রভু—মহা-প্রভুনা ; কানাইব নাটশালা—হৌজিক্কী দিনজপুর ; দেখিল— য়েংখি ; সকল—পুম্নমক ; তাঁহা- মফমদুদা , কৃষ্ণচরিত্রলীলা কৃষ্ণগী চরিত্র উৎপা লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক্তা প্রভুনা ( বামকেলিদগী ) কানাইর নাটশালা তাম্না লেঙখি। মফমদুদা কৃষ্ণচরিত্র লীলা পুম্নমক য়েংখি।

### নৈনরোল

মযাম্মা হায়নৈ, দিনাজপুরদা বাণবাজগী সঙ্গ ই নৈবম্মী ; বাণবাজগী মচাবেম্মা উষাবু হূবা মতম্দা শ্রীকৃষ্ণ মফমসিদা লৈরম্মী। মদুগী খুৎম ( চিহ্ন ) থরা হৌজিক ফাওবা লৈ, প্রভুনা মদু দর্শন তৌখি। মফমদুগী হৌজিক ওইরিবা মিংদি কানাইর নাটশালা কৌরি।

### মূল ২২৭

সেইরাত্র্যে প্রভু তাহাঁ চিন্তে মনে মন।
সঙ্গে সংঘট্ট ভাল নহে— কৈল সনাতন ॥ ২২৭ ॥

## শব্দার্থ

সেইরাত্রে—অহিং অদুদা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; চিন্তে—খল্লী ; মনে মন—পূক্ক্ ওদা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; সখাত্ত—মীয়ামদি, ভাল—ফবা ; নহে—নত্তে ; কৈল—হায়রম্মী ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং অদুদা প্রভুনা পূক্ ওদা খন্খি—"মী য়াম্না লোয়নবদি ফত্তে" হায়না সনাতন-না হায়রম্মীনা।

## মূল ২২৮

মথুরা যাইব আমি এত লোক সঙ্গে।

কিছু সুখ না পাইব, হবে রসভঙ্গে॥ ২২৮॥

## শব্দার্থ

মথুরা—মথুরাদা ; যাইব—চৎকনী ; আমি—ঐ ; এত লোক সঙ্গে মী অস্থক য়াম্বগা লোয়ননা, কিছু—খজিক ; সুখ—নুংঙাইবা, না—নত্তে ; পাইব—ফংগনী ; (না পাইব—ফংলোই) ; হবে—ওইগনী ; রসভঙ্গে—নুংঙাইবা কায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐ মথুরাদা অস্থক য়াম্বা মী লোয়ননা চৎকদোরিবনী। অদুদি করিমসু ফংলরোয়, নুংঙাইবা কায়রগনী।

## তৈনরোল

মথুরাদা চৎপা কায়বদি বৃন্দাবন চৎপা হায়বনী। মীয়াম য়াওরবদি ময়ামত্না লাওশঙ্খকুন। খনগদোবা রাখল অমত্তদা পুক্নীং লেওহন্দবা য়াররোইদোবনীনা নুংঙাইফম থওলরোয়।

## মূল ২২৯

একাকী যাইব কিবা সঙ্গে একজন।

তবে সে শোভয়ে বৃন্দাবনেরে গমন॥ ২২৯॥

## শব্দার্থ

একাকী ইথন্তা ; যাইব—ঐ চৎলগে ; কিবা—নত্রগা ; সঙ্গে—

লোয়ননা ; একজন—মী অমা ; ভবে—অদু ওইরবদি ; সে—মচুনা ; শোভয়ে—ফগনী ; বৃন্দাবনেরে—বৃন্দাবনলোমদা ; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইথন্তমক চৎলগে, নত্রগা মী অমথক্ত লোয়নগে। মচুম তৌরবদি বৃন্দাবন চৎপদা ফজরে।

## মূল ২৩০

এত চিন্তি প্রাতঃকালে গঙ্গাস্নান করি।
'নীলাচলে যাব' বলি চলিলা গৌরহরি ॥ ২৩০ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসুক য়াম্না ; চিন্তি—খল্লগা ; প্রাতঃকালে—অয়ুক ঙন্না ; গঙ্গাস্নান করি—চাইথরগা ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; যাব—চৎকে ; বলি—হায়দুনা ; চলিলা—লেঙখি ; গৌরহরি—শ্রীগৌরহরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাখল অসুক্ তৌরগা অয়ুক অঙনবদা চাইথরগা নীলাচলদা চৎলগনী হায়না শ্রীগৌরহরি লেঙখি।

## মূল ২৩১

এইমত চলি চলি আইলা শান্তিপুরে।
দিন পাঁচ সাত রহিলা আচার্য্যের ঘরে ॥ ২৩১ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; চলি চলি—চৎল-চৎলগা ; আইলা—লাক্‌খি ; শান্তিপুরে—শান্তিপুরদা ; দিন—নুমীৎ ; পাঁচ—মঙা ; সাত—তরেৎ ; রহিল—লৈখি ; আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী ; ঘরে—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না চৎপদুনা শান্তিপুরদা থুংলখি। নুমীৎ মঙা-তরেৎ প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈত-আচার্যগী সঙ্গায়দা লৈখি।

## মূল ২৩২

শচীদেবী আনি তাঁরে কৈল নমস্কার।
সাতদিন তাঁর ঠাঞি ভিক্ষা-ব্যবহার ॥ ২৩২ ॥

## শব্দার্থ

শচীদেবী আনি—শচীদেবীবু পুরক্‌কুনা ; তাঁরে—মঙোন্দা (শচীদেবীবু) ; কৈল—তৌখি ; নমস্কার—খুরম্‌না ; সাত—তরেং ; দিন—নুমীৎ ; তাঁর—মাগী (শচীদেবীগী) ; নিকট—মফমদা ; ভিক্ষা-ব্যবহার—ভিক্ষা নিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীদেবীবু পুরক্‌কুনা মঙোন্দা প্রভুনা খুরুম্‌খি। নুমীৎ তরেৎনী শচী-দেবীগী মফমদা ভিক্ষা নিখি ( প্রসাদ ফংখি )।

## মূল ২৩৩

তাঁর ঠাঞি আজ্ঞা লঞা করিলা গমনে।
বিনয় করিয়া বিদায় দিল ভক্তগণে ॥ ২৩৩ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর—মাগী (শচীদেবীগী) ; ঠাঞি—মফমদা ; আজ্ঞা—য়াথং ; লঞা—লৌরগা ; করিলা—তৌখ্রে ; গমনে—চৎপা ; বিনয় করিয়া—নোলূক্না ; বিদায় দিল—বিদায় পীখি ; ভক্তগণে—ভক্তশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীদেবীগী মফমদগী য়াথং লৌরগা প্রভু লাক্‌খি। নো-লূক্‌পা রাহৈ শীজন্নদুনা ভক্তশিংবু বিদায় পীখি।

## মূল ২৩৪

জনদুই সঙ্গে আমি যাব নীলাচলে।
আমারে মিলিবা আসি রথযাত্রাকালে ॥ ২৩৪ ॥

## শব্দার্থ

জন—মী ; দুই—অনী ; সঙ্গে—লোয়ননা ; আমি—ঐ ; যাব—চৎকনী ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; আমারে—ঐবু ; মিলিবা—উনরো ; আসি—লাক্কুনা ; রথযাত্রাকালে—রথযাত্রাগী মতমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অনীরোমগা লোয়ননা ঐ নীলাচলদা চৎকে। কাংচিংবা মতমদা লাক্কুনা ঐগা উনসি।

## মূল ২৩৫

বলভদ্র-ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত-দামোদর।

দুইজন-সঙ্গে প্রভু আইলা নীলাচল ॥ ২৩৫ ॥

### শব্দার্থ

দুইজন-সঙ্গে—মী অনীগা লোয়ননা ; প্রভুনা ; আইলা—লাকৃখি ; নীলাচল—নীলাচলদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলভদ্র-ভট্টাচার্য্য অমসুং পণ্ডিত দামোদর হায়বা মী অনীসিগা লোয়ননা প্রভু নীলাচলদা লেঙলকৃখি।

## মূল ২৩৬

দিন কথো তাহাঁ রহি চলিলা বৃন্দাবন।

লুকাইয়া চলিলা রাত্রে—না জানে কোনজন ॥ ২৩৬ ॥

### শব্দার্থ

দিন—নুমীৎ ; কথো—কয়া ; তাহঁ—মফমদুদা ; রহি—লৈরগা ; চলিলা—লেঙঙী ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ; লুকাইয়া—লোন্না ; চলিলা—লেঙঙী ; রাত্রে—অহিংদা ; না জানে—খঙদে ; কোনজন—কনামত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ খরনী মফমদুদা (নীলাচলদা) লৈরগা বৃন্দাবন পাংখি। অহিংদা লোন্না যাত্রা তৌখি ; কনামত্তা খঙহৌদে।

### মৈনরোল

বিজয়া দশমী নুমীত্তা প্রভুনা বৃন্দাবন পাংলগে হায়দুনা গৌড়রোমদা যাত্রা তৌখিবনী ; মতমদুদা তুংদা লাক্কদবা রথযাত্রাগী মমাঙদা প্রভু নীলচলদা হল্লক্লম্বনী অদুগা তুংদা লাক্কদবা শরৎকী মতমদা ঝাড়িখণ্ডগী লম্বীদা অমূক হন্না বৃন্দাবন মায়কৈ পাংঙী।

প্রভুনা লোন্না লেঙলম্বদি মী অতৈ ময়াম্না তুং ইনগে হায়রবনী শনবদগীনী।

## মূল ২৩৭

বলভদ্র-ভট্টাচার্য্য রহে মাত্র সঙ্গে।

ঝারিখণ্ড-পথে কাশী আইলা মহারঙ্গে ॥ ২৩৭ ॥

### শব্দার্থ

বলভদ্র-ভট্টাচার্য্য—শ্রীবলভদ্র ভট্টাচার্য্য ; রহে—লৈরম্মী ; মাত্র—দুত্তা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; ঝারিখণ্ড-পথে—ঝারিখণ্ডগী লম্বীদা ; কাশী—কাশীদা ; আইলা—লাকৃখি ; মহারঙ্গে—য়াম্না নুংঙাইনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা লোয়নরম্মসী বলভদ্র ভট্টাচার্য্যদনী। ঝারিখণ্ডগী লম্বীদা ( উমংগী লম্বীদা ) লেণ্ডুনা প্রভু কাশীদা য়াম্না হরাওনা থুংখি।

## মূল ২৩৮

দিন-চারি কাশীতে রহি গেলা বৃন্দাবন।

মথুরা দেখিয়া দেখে দ্বাদশ কানন ॥ ২৩৮ ॥

### শব্দার্থ

দিন-চারি—নুমীৎ মরিনীরোম ; কাশীতে—কাশীদা ; রহি—লৈরগা ; গেলা—লেঙভী ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ; মথুরা—মথুরা ; দেখিয়া—দর্শন তৌরগা ; দেখে—দর্শন তৌয়ি ; দ্বাদশ—তরানীথোই ; কানন—বন।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ মরিনীরোম কাশীদা লৈরম্লগা প্রভু বৃন্দাবন পাংঙী। মথুরা দর্শন তৌরগা বন তরানীথোই দর্শন তৌয়ি।

### তৈনজরোল

**দ্বাদশ কানন**—ব্রজমণ্ডলগী মনুংদা লৈবা বন তরানীথোই। মখোয়গী মমিংদি—(১) মধুবন, (২) তালবন, (৩) কুমুদবন, (৪) কামাবন, (৫) বহুলা বন, (৬) ভদ্রবন, (৭) খদিরবন, (৮) মহাবন, (৯) লোহজঙ্ঘবন, (১০) বেলবন, (১১) ভাণ্ডীরবন, (১২) বৃন্দাবন—অসিনী।

মূল ২৩৯

লীলাস্থল দেখি প্রেমে হইলা অস্থির।
বলভদ্র কৈল তাঁরে মথুরা-বাহির ॥ ২৩৯ ॥

শব্দার্থ

লীলাস্থল—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নফম ; দেখি—উরগা ; প্রেমে—কৃষ্ণবু মুংশিবনা ( প্রেম লাদুনা ) ; হইলা—ওইখি ; অস্থির—ইফিং-ফিংবা, ত্থপথদবা ; বলভদ্র—বলভদ্রভট্টাচার্য্যনা ; কৈল—তৌখি ; তাঁরে—মহাকপু ( প্রভুবু ) ; মথুরা-বাহির—মথুরা-বাংমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-শান্নফম উবদা কৃষ্ণপ্রেম্না প্রভু লৈফম খঙলমদে। অদুদগী শ্রীবলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু মথুরা-বাংমা লান্থোক্তুনা পুখি।

মূল ২৪০

গঙ্গাতীর-পথে লৈয়া প্রয়াগে আইলা।
শ্রীরূপ আসি প্রভুকে তাহাঁই মিলিলা ॥ ২৪০ ॥

শব্দার্থ

গঙ্গাতীর-পথে—গঙ্গা-তোর্বানগী লম্বীদা ; লৈয়া—পুরক্তুনা ; প্রয়াগে—প্রয়াগ-তা ; আইলা—লাক্খি ; শ্রীরূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; আসি—লাক্তুনা ; প্রভুকে—প্রভুবু ; তাহাঁই—মফমদুদা ; মিলিলা—উনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাতুরেলগী তোর্বানগী লম্বীদা প্রভুবু পুরক্তুনা প্রয়াগ-তা লাকখি। মফমদুদা শ্রীরূপ গোস্বামী লাক্তুনা উনখি।

মূল ২৪১

দণ্ডবৎ করি রূপ ভূমিতে পড়িয়া।
পরম আনন্দে প্রভু আলিঙ্গন দিলা ॥ ২৪১ ॥

### শব্দার্থ

দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌদুনা ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামীনা ; ভূমিতে-পড়িয়া—লৈপাক্তা তুদুনা ; পরম আনন্দে— খমথেংনা নুংঙাইখিবনা ; প্রভু—প্রভুনা ; আলিঙ্গন দিলা—কোনৃবিখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামীনা দণ্ডবৎ তৌরগা লৈপাক্-থক্তা তুথরম্মী । খমথেংনা নুংঙাইখিবনা প্রভুনা মহাকপু কোন্খৎপিখি ।

### মূল ২৪২

শ্রীরূপের শিক্ষা করি পাঠাইলা বৃন্দাবন ।

আপনে করিলা বারাণসী আগমন ॥ ২৪২ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরূপের—শ্রীরূপগী ; শিক্ষা করি—তমগদবা শরূক তম্বিদুনা ; পাঠাইলা—থাখি ; বৃন্দাবন— বৃন্দাবন ; আপনে—( প্রভু ) মহানা ; করিলা—চৎখি ; বারাণসী—বারাণসীদা ( কাশীদা ) ; আগমন - লাক্পা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপতা তাক্পিগদবা অদু তাক্পিরগা প্রভুনা মহাকপু বৃন্দাবন তয়। থাখি । অদুগা প্রভু মহামক্লা কাশীদা লেঙলক্লম্মী ।

### মূল ২৪৩

কাশীতে প্রভুকে আসি মিলিলা সনাতন ।

দুই মাস রহি তাঁরে করাইল শিক্ষণ ॥ ২৪৩ ॥

### শব্দার্থ

কাশীতে—কাশীদা ; প্রভুকে—প্রভুবু ; আসি—লাক্লুনা ; মিলিলা—উমখি ; সনাতন—সনাতন গোস্বামী ; দুই—অনী ; মাস—থাবুম্ ; রহি—লৈদুনা ; তাঁরে—মঙোন্দা ; করাইল শিক্ষণ—তাক্পীখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীদা শ্রীসনাতন গোস্বামী লাক্লুনা প্রভুগা উম্নখি । থা অনী লৈদুনা মহাকপু তাক্পী-তম্বীখি ।

## মুল ২৪৪

মথুরা পাঠাল তাঁরে দিয়া ভক্তিবল।
সন্ন্যাসীরে কৃপা করি গেলা নীলাচল ॥ ২৪৪ ॥

### শব্দার্থ

মথুরা—মথুরাদা ; পাঠাল—থাখি ; তাঁরে—মহাকপু ( শ্রীসনাতন গোস্বামীবু ) ; দিয়া—পীডুনা ; ভক্তিবল—ভক্তি কৌবা পাঙ্গল ; সন্ন্যাসীরে—সন্ন্যাসীবু ( প্রকাশানন্দ-সরস্বতীনচিংবা সন্ন্যাসীশিংবু ) ; কৃপা করি—চান্‌বিরগা ( প্রেমভক্তি পীবিরগা ) ; গেলা—লেঙখি ; নীলাচল—নীলাচল তম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীসনাতন গোস্বামীদা ভক্তি কৌবা পাঙ্গল হাপ্পীরগা মথুরাদা থাবিখি। প্রকাশানন্দ-সরস্বতীনচিংবা সন্ন্যাসীশিংবু কৃপা তৌবিরগা ( প্রেমভক্তি পীবিরগা ) প্রভু নীলাচল তম্না লেঙখি।

## মূল ২৪৫

ছয়বৎসর ঐছে প্রভু করিলা বিলাস।
কভু ইতি-উতি, কভু ক্ষেত্রে বাস ॥ ২৪৫ ॥

### শব্দার্থ

ছয়—তরুক ; বৎসর—চহী ; ঐছে—মতৌ অতুম্না ; প্রভু—প্রভুনা ; করিলা—তৌখি ; বিলাস—শান্নবা ; কভু—করিগুম্বা মতমদা ; ইতি-উতি—অমরোমদমুক অমরোমদমুক ; কভু—করিগুম্বদনা ; ক্ষেত্রে—শ্রীক্ষেত্রদা ; বাস—লৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী তরুক প্রভুনা মতৌ অতুম্না লীলা শান্নখি। করিগুম্বা মতমদা অমদমুক লেঙথোক্-লেঙশিন্ তৌখি। করিগুম্বদনা শ্রীক্ষেত্রদা প্রভুনা বাস তৌখি।

## মুল ২৪৬

আনন্দে ভক্তসঙ্গে সদা কীর্তন বিলাস।
জগন্নাথ দরশনে প্রেমের বিলাস ॥ ২৪৬ ॥

### শব্দার্থ

আনন্দে—নুংঙাইনা ; ভক্তসঙ্গে—ভক্তগা লোয়নমা ; সদা—মতম পুম্বদা ; কীর্ত্তন বিলাস—কীর্ত্তন তৌবা ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথদেব ; দরশনে—দর্শন তৌবদা ; প্রেমের বিলাস—প্রেম পোক্পা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নুংঙাইনা ভক্তশিংগা মতম পুম্বদা কীর্ত্তন তৌয়ি । শ্রীজগন্নাথ-দেববু দর্শন তৌবদা প্রেমগী ঈহৌ হৌখি ।

## নৈনরোল

করি করিংগুম্বা গ্রন্থদা পয়ার অসী য়াওদে ।

### মূল ২৪৭

মধ্যলীলা করিল এই সূত্রের গণন ।
অন্ত্যলীলার সূত্র এবে শুন ভক্তগণ ॥ ২৪৭ ॥

### শব্দার্থ

মধ্যলীলার—প্রভুগী মধ্যলীলাগী ; করিল—তৌজরে ; এই—অসী ; সূত্রের—সূত্রগী ; গণন—শীংথাবা ; অন্ত্যলীলার—অরোয়বা লীলাগী ; সূত্র—সূত্র ; এবে—হৌজিক ; শুন—নাকোংনা তাবিয়ু ; ভক্তগণ—হে ভক্তশিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মধ্যলীলাগী সূত্র থীবা লোইরে । অন্ত্যলীলাগী সূত্র নাকোংনা তাবিয়ু, ওহে ভক্তশিং ।

### মূল ২৪৮

বৃন্দাবন হৈতে যদি নীলাচল আইলা ।
আঠার বর্ষ তাহাঁ বাস, কাহাঁ নাহি গেলা ॥ ২৪৮ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবন হৈতে—বৃন্দাবনদগী ; যদি—বদি ; নীলাচল—নীলাচলরোমদা ; আইলা—লাকখি ; আঠার—তরানিপাল ; বর্ষ—চহী ; তাহাঁ—মফমদুদা ; বাস—লৈবা ; কাহাঁ—কদায়দস্ম ; নাহি গেলা—চৎত্রে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবনদগী নীলাচলদা লেঙলক্লগা চহী তরানীপান্ মফমদুদা বাস তৌখি, অতোপ্পা মফম অমদা লেংথোক্লম্ব্রে।

মূল ২৪৯

প্রতিবর্ষ আইসে সব গৌড়ের ভক্তগণ।
চারিমাস রহে প্রভুর সঙ্গে সম্মিলন ॥ ২৪৯ ॥

শব্দার্থ

প্রতিবর্ষ—চহী খুদিং ; আইসে—লাক্লি ; সব—পুম্নমক ; গৌড়ের—গৌড়দেশগী ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; চারিমাস—থা মরি ; রহে—লৈ প্রভুর সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; সম্মিলন—তিন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী খুদিংগী গৌড়দেশগী ভক্তশিং পুম্নমক লাক্লি। থা মরি ( হরিশয়ন নুমিত্তগী হরি-উত্থান ফাওবা ) প্রভুগা লোয়ননা তিন্নদুনা লৈ।

মূল ২৫০

নিরন্তর নৃত্যগীতে-কীর্ত্তন-বিলাস।
আচণ্ডালে প্রেমভক্তি করিলা প্রকাশ ॥ ২৫০ ॥

শব্দার্থ

নিরন্তর—মরক লেপ্পা নাইদবমখৈ ; নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ কীর্ত্তন—নাম শোনবা ; বিলাস—নুংঙাইবা ; আচণ্ডালে—চণ্ডাল ফাওবা প্রেমভক্তি—কৃষ্ণবু নুংশিনা নীঙবগী সেবা ; করিল—তৌখি ; প্রকাশ—ফোঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৎ-অথম নাইদবমখৈ জগোই-ঈশৈ-নামকীর্ত্তন তৌখি। চণ্ডাল ফাওবদা প্রেমভক্তি ফোঙদোকখি।

## মুল ২৫১-২৫৩

পণ্ডিত গোসাঞি কৈল নীলাচল-বাস।
বক্রেশ্বর দামোদর শঙ্কর হরিদাস ॥ ২৫১ ।
জগদানন্দ ভগবান গোবিন্দ কাশীশ্বর।
পরমানন্দ পুরী আর স্বরূপ দামোদর ॥ ২৫২ ।।
ক্ষেত্রবাসী রামানন্দ রায় প্রভৃতি।
প্রভু-সঙ্গে এইসব কৈল নিত্যস্থিতি ॥ ২৫৩॥

### শব্দার্থ

পণ্ডিত গোসাঞি—শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামী. কৈল—তৌখি ; নীলাচল—নীলাচল-দা ; বাস—লৈবা ; আর —অমুগা ; ক্ষেত্রবাসী—ক্ষেত্রগী মী ; প্রভৃতি—অসিনচিংবা ; প্রভু সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; এইসব—লোইনমক্সি ; কৈল—তৌখি ; নিত্য—মতমপুম্বা ; স্থিতি—লৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামী, শ্রীবক্রেশ্বর, শ্রীদামোদর, শ্রীশঙ্কর, শ্রীহরিদাস, শ্রীজগদানন্দ, শ্রীভগবান, শ্রীগোবিন্দ, শ্রিকাশীশ্বর, শ্রীপরমানন্দ পুরী, শ্রীস্বরূপদামোদর অমুগা ক্ষেত্রগী শ্রীরামানন্দ রায়-নচিংবা ভক্তশিং পুম্নমক্সি প্রভুগা লোয়ননা মতমচুপ্পা লৈখি।

## মুল ২৫৪-২৫৫

অদ্বৈত নিত্যানন্দ মুকুন্দ শ্রীবাস।
বিদ্যানিধি বাসুদেব মুরারি যত দাস ॥ ২৫৪ ॥
প্রতিবর্ষে আইসে, সঙ্গে রহে চারিমাস
তাঁহা সভা লঞা প্রভুর বিবিধ বিলাস ॥ ২৫৫ ॥

### শব্দার্থ

যত—কয়াদো ; দাস—মনাই ; প্রতিবর্ষে—চহী খূদিংগী ; আইসে—লাকয়ি ; সঙ্গে—লোয়ননা ; রহে—লৈ ; চারিমাস—থা মরি ; তাঁহা—মখোয় ; সভা—পুম্নমক ; লঞা—লোয়ননা ; প্রভুর—প্রভুগী ; বিবিধ—মখলমখা ; বিলাস—শান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীমুকুন্দ, শ্রীশ্রীবাস, শ্রীবিদ্যানিধি, শ্রীবাসুদেব, শ্রীমুরারিনচিংবা ভক্তশিং করাদো চহী থৃদিংগী লাক্লগা প্রভুগা লোয়ননা থা মরি চৃপ্পা লৈ। অদুগা প্রভুনা মখোয় পুম্নমক্কা লোয়ননা লীলা মখল মখল শান্নখি।

## মূল ২৫৬

হরিদাসের সিদ্ধিপ্রাপ্তি অদ্ভুত সে সব।
আপনি মহাপ্রভু যাঁর কৈল মহোৎসব॥ ২৫৬॥

### শব্দার্থ

হরিদাসের—শ্রীহরিদাস ঠাকুরগী; সিদ্ধিপ্রাপ্তি—নোংগাবা; অদ্ভুত—অঙকপনী; সে—মদু: সব—পুম্নমক; আপনি—মহামন্না; মহাপ্রভু—মহাপ্রভু; যাঁর—মহাক্কী; কৈল—তৌখি; মহোৎসব—অচৌবা উৎসব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিদাস ঠাকুরনা নোংগাখিবহুদি অঙকপগী মশক্কী। মহাপ্রভু মহা-মক্কা মাগীদমক মহোৎসব তৌখি।

### নৈনরোল

**সিদ্ধিপ্রাপ্তি**—সাধনগী ফল ফংববু সিদ্ধিপ্রাপ্তি (সিদ্ধি ফংবা) কৌয়ি। তৌফম-থোকপা সাধনা তৌরগা ইহলোকসিদগী সাধক অদুনা মহানা পাম্জবা ভগবদ্ধামদা চৎলগা শ্রীভগবান্গী নিত্যপার্ষদ ওইবা ফংববু সাধক-ভক্তগী সিদ্ধি ফংবা কৌয়ি। হরিদাস ঠাকুরনা সিদ্ধি ফংলবদা (দেহ থাদোক্ল-বদা) শ্রীমন্ মহাপ্রভু মহামক্কা প্রসাদ ভিক্ষা তৌরগা মহোৎসব তৌখি। দেহ থাদোক্পা হায়বদি মৃত্যু (শিবা) কৌয়ি, শিবা হায়বহুদি অরাবগী মশক ওইবা রানী; অদুগীদমক করিগী মহোৎসব তৌরিবনো হায়বা য়াই। মহুগী পাউখুমদি অসিনী—হরিদাস ঠাকুরগুম্বা ভক্তনা দেহ থাদোকপদি মৃত্যু (শিবা) নত্তে, মহুদি সিদ্ধিপ্রাপ্তিনী; শ্রীভগবান্গী পার্ষদ ওইবা ফংনবা মহাক্কা সাধন তৌরম্বনী; দেহ থাদোক্লগা নিত্যধামদা চঙদুনা মহাক্তি ভগবান্গী পার্ষদ ওইগ্নে, মশুম্না বন্দুনা মাগী মন্নপশিংনা য়াম্না নুংঙাইরদুনা মহোৎসব তৌরম্বনী।

## মূল ২৫৭

তবে রূপগোসাঞিির পুনরাগমন।
তাঁর হৃদয়ে কৈল প্রভু শক্তি-সঞ্চারণ ॥ ২৫৭ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; রূপগোসাঞির—শ্রীরূপগোস্বামীগী ; পুনঃ আগমন—অমূক হন্না লাক্পা ; তাঁর মহাকী ; হৃদয়ে—হৃদিদা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ; শক্তি-সঞ্চারণ—শক্তি হাপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী শ্রীরূপগোস্বামীনা অমূক হন্না লাক্খি। মাগী হৃদিন্থংদা প্রভুনা শক্তি সঞ্চার তৌখি।

### নৈনরোল

পয়ারসিগী অর্থ অসুম তাবদা থনগনী—মতুদি হরিদাস ঠাকুরনা থুপ্ খ্রবা মতুংদা শ্রীরূপ গোস্বামীহু নীলাচলদা লাক্যি হায়না, থাঙ্গৈশেংবদি মতু নত্তে। অন্ত্যলীলাগী অহানবা পরিচ্ছেদ অতুদগী খঙবদি মহাপ্রভুনা বৃন্দাবন-দগী হল্লক্লবা মতুংদা শ্রীরূপ নীলাচলদা লাক্লগা হরিদাস ঠাকুরগা লৈমিন্নরম্মী হায়।

**পুনরাগমন**—অমূক হন্না লাক্পা হায়বসি নীলাচলদা লাক্পগী রা নত্তে ; মরমদি শ্রীরূপনা নীলাচলদা লাক্খিবসি অমুক্তগী হেল্লী হায়বগী প্রমাণ লৈত্তে। মফমসিদা **পুনরাগমন** হায়বিবসি প্রভুগী নাক্তা অমুক হন্না লাকপবু হায়বনী ; মতম অমদা মহাক প্রভুগী নাক্তা প্রয়াগ-দা চৎলুই ; অমূক হন্না নীলাচলদা। মফমসিদা অন্ত্যলীলাগী থোদোকশিং পনবগী ক্রমসি ঐতিহাসিক ওইবা ক্রম নত্তে। গ্রন্থকারগী লীলাবেশদগী অসূম্না হায়রিবনী।

## মূল ২৫৮

তবে ছোট হরিদাসে প্রভু কৈল দণ্ড।
দামোদর-পণ্ডিত কৈল প্রভুকে বাক্যদণ্ড ॥ ২৫৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; ছোট-হরিদাসে—কীর্তনীয়া হরিদাসদা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌখি ; দণ্ড—শাস্তি ; দামোদর-পণ্ডিত—দামোদর পণ্ডিত ; কৈল—তৌখি ; বাক্যদণ্ড—রারাক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা ছোট হরিদাসবু দণ্ড পীখি। দামোদর পণ্ডিতনসু প্রভুদা বাকাদণ্ড তৌখি।

**নৈনরোল**

মাধবী-দাসীগী মফমদগী চেঙ্ নিদুনা পুরকখি হায়দুনা ছোট-হরিদাসবু প্রভুনা তাম্বোক্খি। ব্রাহ্মণী অমগী মচান্নুপাবু মুংশিনা তৌয়ি হায়দুনা প্রভুবু দামোদর-পণ্ডিতনা বাক্যদণ্ড তৌয়ি।

**মূল ২৫৯**

তবে সনাতন-গোসাঞির পুনরাগমন।

জ্যৈষ্ঠমাসে প্রভু তাঁরে কৈল পরীক্ষণ ॥ ২৫৯ ॥

**শব্দার্থ**

তবে—অদুদগী ; সনাতন-গোসাঞির—সনাতন গোস্বামীগী ; পুনঃ-আগমন—অমুক হন্না লাক্পা ; জ্যৈষ্ঠ মাসে—জ্যৈষ্ঠ (কালেন) থাদা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু ; কৈল—তৌখি ; পরীক্ষণ—চাংয়েং (পরীক্ষা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী সনাতন গোস্বামীনা হন্নমুক (প্রভু উনবা) লাক্লম্মী। কালেন্থাদা প্রভুনা মাবু চাংয়েংখি।

**নৈনরোল**

**পুনরাগমন**—সনাতন গোস্বামীনা প্রভুগী নাক্তা লাক্পদা অনীরক শুবগী রাবুনী অমুক হন্না লাক্পা হায়বসে। নীলাচলদা অনীরক লাকয়ি হায়বা নত্তে। মহাক্তা লাক্পা মতমদা শ্রীহরিদাস ঠাকুর হিংলম্মী অমসুং হরিদাসগা লৈমিন্নরম্মী।

**পরীক্ষণ**—শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা নীলাচলদা লৈবা মতমদা যমেশ্বর-টোটাদা নোংমা মধ্যাহ্নদা প্রভুগী ভিক্ষাগী নিমন্ত্রণ লৈরম্মী। প্রভুনা সনাতনবুসু মফমদুদা নিমন্ত্রণ তৌরম্মী। শ্রীমন্দিরগী নাক্তা লম্বী চুমদ্রিং লৈবনী ; অদুবু শ্রীসনাতন-না মহাক মছাবু অমাংবনী (অপবিত্রনী) হায়দুনা লম্বী অচুম্বদদি চংকে হায়দদুনা সমুদ্রগী তোর্ব্বাল্লোমদা চংলম্মী ; মদুদা নুংশানা চাক্তা শাগ্রবা লৈভোই সেকটামা মখোগুদু পোক্খোল্লম্মী।

## মূল ২৬০

তুষ্ট হঞা প্রভু তাঁরে পাঠাইল বৃন্দাবন।
অদ্বৈতের হাথে প্রভুর অদ্ভুত-ভোজন ॥ ২৬০ ।

### শব্দার্থ

তুষ্ট-হঞা—পেল্লদুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মাবু ( শ্রীপাদ সনাতনবু ) ; পাঠাইল—থাখি ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ধামদা ; অদ্বৈতের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী ; হাথে—খুৎতা ; প্রভুর—প্রভুগী ; অদ্ভুত—অঙকপা ; ভোজন—চাবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপাদসনাতনবু পেন্নবিরদুনা প্রভুনা মহাকপু বৃন্দাবন ধামদা থাখিরম্মী। শ্রীঅদ্বৈতগী খুৎনা থোংবা লুক প্রভুনা হাউনা হাখি।

## মূল ২৬১

নিত্যানন্দসঙ্গে যুক্তি করিয়া নিভৃতে।
তাঁরে পাঠাইল গৌড়ে প্রেম প্রচারিতে ॥ ২৬১ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দসঙ্গে—শ্রীমন্নিত্যানন্দগা লোয়ননা ; যুক্তি—ৱা-তানবা ; করিয়া—তৌদুনা ; নিভৃতে—অচীকৃপদা ; তাঁরে—মহাকপু (নিত্যানন্দবু) ; পাঠাইল—থাখি ; গৌড়ে—গৌড়দেশদা ; প্রেম—নুংশিবা, কৃষ্ণপ্রেম ; প্রচারিতে—শন্দোক্নবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্-নিত্যানন্দগা অচীকপদা ৱা তানরগা প্রভুনা মহাকপু গৌড়-দেশদা কৃষ্ণপ্রেম প্রচার তৌরুনবা থাখি।

## মূল ২৬২

তবে ত বল্লভ ভট্ট প্রভুরে মিলিলা।
কৃষ্ণ-নামের অর্থ প্রভু তাঁহারে কহিলা ॥ ২৬২ ॥

## শব্দার্থ

তবে ত—অতুদুগী ; বল্লভভট্ট—শ্রীবল্লভ ভট্টাচার্যনা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; মিলিলা—উনখি ; কৃষ্ণনামের—কৃষ্ণনামগী , অর্থ—মবোল , প্রভু—প্রভুনা ; তাঁহারে—মঙোন্দা ; কহিলা—হায়খি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী শ্রীবল্লভ ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু উনখি। প্রভুনা মঙোন্দা কৃষ্ণনামগী অর্থ তাকৃপিখি।

### নৈনরোল

ম ফমসী অস্য ৭শুবা পবিচ্ছেদদা য়েংবিউ।

## মূল ২৬৩

প্রদ্যুম্ন মিশ্রেরে প্রভু রামানন্দ-স্থানে।
কৃষ্ণ-কথা শুনাইল—করি তাঁর গুণে ॥ ২৬৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রদ্যুম্ন মিশ্রেরে—প্রদ্যুম্ন মিশ্রবু ; প্রভু—প্রভুনা ; রামানন্দ-স্থানে—শ্রীরামানন্দ র যগী মফমদা ; কৃষ্ণ-কথা—কৃষ্ণগী বা ; শুনাইল—নাকোঙনা তাহনখি ; কহি—হায়দুনা ; তাঁব—মহাকী ; গুণে—গুণ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা প্রদ্যুম্নমিশ্রবু রামানন্দগী মফমদা মাগী গুণগী বা হায়বগা কৃষ্ণকথা শ্রবণ তৌহনখি।

## মূল ২৬৪

গোপীনাথ পট্টনায়ক রামানন্দ-ভ্রাতা।
রাজা মারিতেছিল—প্রভু হৈল ত্রাতা ॥ ২৬৪ ॥

## শব্দার্থ

গোপীনাথ পট্টনায়ক—শ্রীগোপীনাথ পট্টনায়ক ; বামানন্দ-ভ্রাতা—বামানন্দ রায়গী মনাও ; রাজা—নিংথৌনা ; মারিতেছিল—হাৎকদৌরম্ববনী ; প্রভু—প্রভুনা ; হৈল—ওইখি , ত্রাতা—কনবীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামানন্দ রায়গী মনাও শ্রীগোপীনাথ পট্টনায়কপু নিংথৌনা হাং-কদোরম্লবনী ; অদুবু প্রভুনা কনবিখি।

মূল ২৬৫

রামচন্দ্রপুরী-ভয়ে ভিক্ষা ঘাটাইলা।
বৈষ্ণবের দুঃখ দেখি অর্দ্ধেক রাখিলা ॥ ২৬৫ ॥

শব্দার্থ

রামচন্দ্রপুরী-ভয়ে—রামচন্দ্রপুরীবু কিবদগী ; ভিক্ষা—ভিক্ষা ; ঘাটাইলা—হন্থহল্লম্মী ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; দুঃখ—অরাবা ; দেখি—উদুনা ; অর্দ্ধেক—তংখাইমা থম্খি হায়বদি তংখাইমতা চাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামচন্দ্রপুরীবু কিবদগী লুক হাবদু হন্থরম্মী। বৈষ্ণবকী অরাবা উদুনা তংখাইমা থাকখী।

মূল ২৬৬

ব্রহ্মাণ্ড-ভিতরে হয় চৌদ্দ ভুবন।
চৌদ্দ-ভুবনে বৈসে যত জীবগণ ॥ ২৬৬ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মাণ্ড-ভিতরে—ব্রহ্মাণ্ডগী মনূঙদা ; হয়—লৈ ; চৌদ্দভুবন—ভুবন ( মরোল ) তরামরি ; চৌদ্দ-ভুবনে—মরোল তরামরিদা ; বৈসে—বাস তৌয়ি ; যত জীবগণ—জীবশিং লৈরিবা পুম্বদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী মনূঙদা ভুবন ( মরোল ) তরামরি লৈ। মরোল তরামরিদা জীবশিংনী হায়বা পুম্নমক্তো লৈ।

মূল ২৬৭

মনুষ্যের বেশ ধরি যাত্রিকের ছলে।
মহাপ্রভু দর্শন করে আসি নীলাচলে ॥ ২৬৭ ॥

### শব্দার্থ

মনুষ্যের—মীওইবগী ; বেশ—ফিজোল ; ধরি—শেৎলগা ; যাত্রিকের-ছলে—যাত্রিকনী হায়শন্নরুনা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুবু ; দর্শন করে—য়েংলৈ, থুরুম্লে ; আসি—লাক্তুনা ; নীলাচলে—নীলাচলদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( জীবশিংহুনা ) মীওইবগী ফিশেং শেৎলগা যাত্রিকনী হায়শন্নরুনা নীলাচলদা লাক্তুনা প্রভুবু দর্শন তৌয়ি।

### মূল ২৬৮

একদিন শ্রীবাসাদি যত ভক্তগণ।

মহাপ্রভুর গুণ গাঞা করেন কীর্ত্তন ॥ ২৬৮ ॥

### শব্দার্থ

একদিন—নোংমা ; শ্রীবাস-আদি—শ্রীবাসনচিংবা ; যত—লৈরম্বা কয়া ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; গুণ—গুণ ; গাঞা—শোন্দুনা ; করেন কীর্ত্তন—কীর্ত্তন তৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা শ্রীবাসনচিংবা ভক্ত লৈরম্বা কয়ানা মহাপ্রভুগী গুণ শক-শোন্দুনা কীর্ত্তন তৌয়ি।

### মূল ২৬৯

শুনি ভক্তগণে কহে সক্রোধবচনে।

কৃষ্ণনাম-গুণ ছাড়ি কি কর কীর্ত্তনে ॥ ২৬৯ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—(প্রভুনা) নাকোঙনা (কীর্ত্তন) তারগা ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা ; কহে—হায় ; সক্রোধ—অশাউবগা লোয়নবা ; বচনে—ৱাহৈনা ; কৃষ্ণ-নাম গুণ—শ্রীকৃষ্ণগী মিংগা গুণগা ; ছাড়ি—থাদোক্তুনা ; কি—কবি ; কর—তৌয়ি ; কীর্ত্তনে—কীর্ত্তন-দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা মহাপ্রভুগী গুণ শকুনা কীর্ত্তন তৌবদু প্রভুনা নাকোঙনা

তারুত্নুনা অশাউবা ৰাহৈনা প্রভুনা ভক্তশিংদা হায়রম্মী—কৃষ্ণগী নাম-গুণ তোক্‌থোক্‌না কীর্ত্তনদা নখোয়না তৌরিবসি করিগীনো ?

## মূল ২৭০

ঔদ্ধত্য করিতে হৈল সভাকার মন।
স্বতন্ত্র হইয়া সভে নাশাবে ভুবন ॥ ২৭০ ॥

## শব্দার্থ

ঔদ্ধত্য—লমকেৎ-লমহাইবা ; করিতে—তৌগে হায়না ; হৈল—ওইরবা ; সভাকার—লোইনমক্কী ; মন—পুক্কীঙ ; স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা ; হইয়া—ওইদুনা ; সভে—পুম্নমক্না ; নাশাবে—মাঙহল্লগনী ; ভুবন—জগৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোইনমক্কী পুক্কীঙদা লমকেৎ-লমহাইবগে হায়না খল্লবোই। ননীঙ তমত্নুনা লোইনমক্না জগৎপুম্বা মাঙহল্লগেরা ?

## তৈনবরোল

মহাপ্রভুনা অমুক্না হায়রম্মী—"নখোয় পুম্বনা অদুক লমকেৎ-লমহাইরিবা করিগীনো ? মহাজনশিংগী আচরণ অমদি শাস্ত্রনা তাক্‌পা লম্বী থাদোক্‌না নখোয় নখোয়গী লন্নাই মত মতুংইন্না থবক তৌরবদি মীয়ামগী মাঙনবা ওইগনী হায়না নখোয়গী চিংনবা পোক্রা ? অসিগুম্বা আচরণ তৌদুনা জগৎকী মাঙনবা তৌরিবা করিগীনো ?"

## মূল ২৭১

দশদিকের কোটি-কোটি লোক হেনকালে।
'জয় কৃষ্ণ চৈতন্য' বলি করে কলাহলে ॥ ২৭১ ॥
জয় জয় মহাপ্রভু ব্রজেন্দ্র-কুমার।
জগৎ তারিতে প্রভু তোমার অবতার ॥ ২৭২ ॥
বহুদূর হৈতে আইলাঙ হঞা বড় আর্ত্ত।
দরশন দিয়া প্রভু করহ কৃতার্থ ॥ ২৭৩ ॥

## শব্দার্থ

দশদিকের—মায়কৈ তরাগী ; কোটি কোটি—কোটি কোটি ; লোক মী ; হেন কালে—মতম অসিদা ; জয় কৃষ্ণচৈতন্য—জয় কৃষ্ণচৈতন্য ; বলি —হায়না ; করে—তৌয়ি ; কোলাহলে—চরাঙনবা ; জয় জয়—জয় জয় ; মহাপ্রভু ব্রজেন্দ্রকুমার ব্রজনিংথৌ মপারি মহাপ্রভু ; জগৎ তারিতে—জগৎপু লান্‌বিগে হায়তুনা ; প্রভু—হে প্রভু ; তোমার অবতার—নঙগী নোংগুম্বনী ; বহুদূর হৈতে—য়াম্না লাপ্পদগী ; আইলাঙ—লাক্‌পনী ; হঞা —ওইতুনা ; বড় আর্ত্ত—য়াম্না রাবা ; দরশন দিয়া—দর্শন পীনবিতুনা ; প্রভু—হে প্রভু ; করহ—ওইহল্লো ; কৃতার্থ—মহৈয়ানবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ তরাগী মী কোটি কোটিনা মতমচুন্দা 'জয় কৃষ্ণচৈতন্য' হায়না খোল্লাও থাতুনা পূম্নীল-নিল্লম্মী । (মখোয়না লাউরম্মী) ব্রজনিংথৌ মপারি জয়, প্রভু নঙনা নোংগুম্লকপদি জগৎ লান্‌বিগে হায়বগীদমক্নী । লম লাপ্প লাপ্পবদগী য়াম্না রানা ঐখোয় লাক্‌পনী ; অতুগা দর্শন পীনবিতুনা পুন্সী অসি মহৈ য়াল্‌হন্‌বীয়ু ।"

## মূল ২৭৪

শুনিয়া লোকের দৈন্য আর্দ্র হৈল হৃদয় ।
বাহিরে আসি দরশন দিলা দয়াময় ॥ ২৭৪ ॥

## শব্দার্থ

শুনিয়া—নাকোঙনা তারবতুনা ; লোকের—মীয়ামগী ; দৈন্য—নোনজবতু ; আর্দ্র—পেৎপা ; হৈল—ওইখি ; হৃদয়—থম্মোই ; বাহিরে —মপান্দা ; আসি—লাক্তুনা (থোরক্তুনা) ; দরশন—দর্শন ; দিলা—পীবিখি ; দয়াময়—চান্‌বিহৈবা মহাক্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়ামতুগী নোনজবতুগী রা মনাকোঙনা তারবতুনা প্রভুগী থম্মোই পেৎ-লম্মী । অতুনা মপান্দা থোরক্লুনা চান্‌বিহৈবা প্রভুনা মীয়ামদা দর্শন পীবিখি ।

## মূল ২৭৫

বাহু তুলি বোলে প্রভু 'বোল হরি হরি' ।
উঠিল শ্রীধ্বনি চতুর্দ্দিগ্ ভরি ॥ ২৭৫ ॥

## শব্দার্থ

বাহু—পাম্বোম ; তুলি—থাঙ্গৎতুনা ; বোলে—হায় ; প্রভু—প্রভুনা ; বোল—শোল্লু, হায়য়ু ; হরি হরি—হরি হরি ; উঠিল—থোক্খি ; শ্রীহরি-ধ্বনি—শ্রীহরি হায়বা খোম্বাং ; চতুর্দ্দিগ—মায়কৈ মরি ; ভরি—থন্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাম্বোম থাঙ্গৎলগা প্রভুনা 'শোল্লু হরি হরি' হায়রদুনা শ্রীহরিধ্বনিনা মায়কৈ মরি নিন্খি ।

## মূল ২৭৬

প্রভু দেখি প্রেমে লোকের আনন্দিত মন ।

প্রভুকে ঈশ্বর বলি করয়ে স্তবন ॥ ২৭৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুবু ; দেখি—উরগা, প্রেমে—নুংশিবনা ; লোকের—মী ময়ামমতুগী ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; মন—পুক্নীঙ ( ওইখি ) ; প্রভুকে—প্রভুবু ; ঈশ্বর—ঈশ্বর ; বলি—হায়দুনা ; করয়ে—তৌয়ি ; স্তবন—স্তুতি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উবদা নুংশিবনা মীয়ামমতুগী মন নুংঙাইখি । প্রভুবু ঈশ্বরনী কায়দুনা স্তুতি তৌখি ।

## মূল ২৭৭

স্তব শুনি প্রভুরে কহয়ে শ্রীনিবাস ।

ঘরে গুপ্ত হও কেনে বাহিরে প্রকাশ ॥ ২৭৭ ॥

## শব্দার্থ

স্তব—লাইশোল ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; প্রভুরে—প্রভুদা ; —হায় ; শ্রীনিবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত ; ঘরে—ইমুঙদা ; গুপ্ত—অরোংপা ; হও—ওইরে ; কেনে—করিগীনো ; বাহিরে—লমদনা ; প্রকাশ—ফোঙদোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম্না প্রভুবু স্তব তৌবদু শ্রীবাস পণ্ডিতনা মনাকোঙনা তারগা

হায়রকখি—'য়ুমদনা হায়বদি ইমুঙগী মী ঐখোয়দা নশক্তু লোৎপা, অদুগা মপান্দনা ময়াম্ব অতৈদনা নশক্তু তাক্‌থোক্‌পা করিগীদমক্কো ?

### নৈনরোল

ময়াম লাকুনা প্রভুবু ঈশ্বরনী হায়দুনা স্তব তৌবদু উরগা শ্রীবাস পণ্ডিতনা হায়রম্মী—য়ুমগী মী ওইরিবা ঐখোয়গী ইফমদা নহাক কনানো হায়বদু লোৎপা ; ঐখোয়না নহাক্কী নাম-গুণ কীর্ত্তন তৌরগা শাওরি। অদুগা মী অতৈগী মফমদনা আত্মপ্রকাশ তৌরিবা করিগীনো ? লমদগী লাক্‌পা মী লীশীঙ লীশীঙনা নহাক্কী নাম-গুণ কীর্ত্তন তৌররি; মসি কনানা মখোয়দা তাক্‌পীবনো ?

### মূল ২৭৮

কে শিখাইল এ লোকে, কহে কোন্ বাত।
ইহা সভার মুখ ঢাক দিয়া নিজ হাথ ॥ ২৭৮ ॥

### শব্দার্থ

কে—কনানো ; শিখাইল—তম্বিরিবনো ; এ লোকে—মীশিংসিদা কহে—হায়রি ; কোন্ বাত—করম্বা বা ; ইহা সভার—মফমসিগী মী পুম্নগী ; মুখ—চীন্ ; ঢাক—মেল্লু ; দিয়া—পীদুনা ; নিজ হাথ—নখুৎ ( নিজ হাথ দিয়া—নখুৎমক্লা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনানা মীশিংসিদা তম্বিবিবনো, করি বানো হায়রিসি ? ঐখোয়গী অসিদনা মী পুম্নগী চীন নখুৎমক্লা মেনবা ?

### নৈনরোল

**কোন্ বাত**—করি বানো ; মখোয়না হায়রিসিবো নহাক্কী গুণ কীর্তন নত্তবা বার ?

**মুখ ঢাক**—শ্রীবাসনা প্রভুদা হায়রিবনী—হে প্রভু ঐখোয়না নঙগী গুণ কীর্ত্তন তৌবদনা নখুৎমক্লা ঐখোয়গী চীন মেল্লী হায়বদি নগুণ শক্‌-শোন্‌গনু হায়।

## মূল ২৭৯

সূৰ্য্য যৈছে উদয় করি চাহে লুকাইতে।
বুঝিতে না পারি তৈছে তোমার চরিতে ॥ ২৭৯ ॥

## শব্দার্থ

সূৰ্য্য—নুমীৎনা ; যৈছে—গুম্না ; উদয় করি—থোরক্লগা ; চাহে—পাম্মী ; লুকাইতে—লোৎপা ; বুঝিতে—খঙবা ; না পারি—ঙমদে ; তোমার—নহাক্কী ; চরিত—চরিত।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎনা থোরক্লগা লোৎনীঙবগুম্না, প্রভু, নহাক্না আত্ম-গোপন (নছা লোৎপা) তৌবা পাম্মী ; নচোরিত অদু খঙবা ঙমদ্রেনা।

## নৈনরোল

শ্রীবাসনা প্রভুদা হায়রম্মী—হে প্রভু, নঙনা চৎলিবা শাক্তংসে খঙজবা ঙমদ্রেনে। নুমীৎ থোরক্লগা লোৎপা য়াদবগুম নহাক্না থোরক্লগা (আবির্ভাব তৌরগা) নছাবু লোৎকদবনী তৌরিবদু ওইথোক্কবনী। অদুনক্তদা নঙনা নছাবু লোৎকদৌবগী হোৎনরি।

## মূল ২৮০

প্রভু কহে—শ্রীনিবাস ! ছাড় বিড়ম্বনা।
সভে মিলি কর মোর কতেক লাঞ্ছনা ॥ ২৮০ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; কহেন—হায় ; শ্রীনিবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত ; ছাড়—তোক্লো ; বিড়ম্বনা—করেম্নবা, চৈবা ; সভে—লোইনমক্না ; মিলি—তিন্নদুনা ; কর—তৌরো ; মোর—ঐগী ; কতেক—কয়া ; লাঞ্ছনা—নিন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীবাসদা হায়রম্মী—ওহে শ্রীবাস, তোক্লো করেম্নবদো লোইনমক তিন্নবগা ঐগী নিন্দা কয়া য়াম্না তৌগে হায়রিবা।

## মূল ২৮১

এত বলি লোকে করি শুভদৃষ্টিদান।
অভ্যন্তরে গেলা, লোকের পূর্ণ হৈল কাম ॥ ২৮১ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুক ; বলি—হায়দুনা ; লোকে—মীয়ামদা ; করি—তৌদুনা ; শুভদৃষ্টি—য়াইফনবা মিংয়েঙ ; দান—পীবা ; অভ্যন্তরে—ইমুঙদা ; গেলা—চঙখি ; লোকের—মীয়ামগী ; পূর্ণ হৈল—থুংখি ; কাম—নীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুক হায়রম্লগা মীয়ামদা য়াইফ-মিংয়েঙ য়েংবিরম্লগা গম্ভীরাগী মনুঙদা প্রভু লেঙশনখি ; মী ময়ামগী নীঙজবসু থুংখি।

## মূল ২৮২

রঘুনাথ দাস নিত্যানন্দ পাশে গেলা।
চিড়া দধি-মহোৎসব তাহাই করিলা ॥ ২৮২ ॥

### শব্দার্থ

রঘুনাথ দাস—শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী ; নিত্যানন্দ পাশে—শ্রীমন্ নিত্যানন্দগী নাক্তা ; গেলা—চৎখি ; চিড়া—চেঙপাক ; দধি—শঙ্গোম অফম্বাগী ; মহোৎসব—অচৌবা উৎসব ; তাহাই—মফমদুমক্তা ; করিলা—তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঘুনাথদাসনা শ্রীনিত্যানন্দগী নাক্তা চৎখি। চেঙপাক্কা শঙ্গোম-অফম্বগুগী উৎসব চাওরবা অমা মফমদুদা তৌখি।

### নৈনরোল

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা পানিহাটীদা লেঙলম্বা মতমদা শ্রীলরঘুনাথ দাসনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু দর্শন তৌবা চৎলম্মী। মফমদুদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী য়াথংনা শ্রীরঘুনাথনা চিড়া মহোৎসব কৎখি।

## মূল ২৮৩

তাঁর আজ্ঞা লঞা গেলা প্রভুর চরণে ।
প্রভু তাঁরে সমর্পিল স্বরূপের স্থানে ।। ২৮৩ ।।

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীনিত্যানন্দগী ) ; আজ্ঞা—য়াথং ; লঞা—লৌড়ুনা ; গেলা—চংখি ; প্রভুর—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী ; চরণে—খুয়াখাদা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু ( রঘুনাথবু ) ; সমর্পিল—শিন্নরম্মী ; স্বরূপের—স্বরূপদামোদরগী ; স্থানে—মফমদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দগী য়াথং লৌরড়ুনা শ্রীলরঘুনাথদাসনা শ্রীমনমহাপ্রভুগী চরণাক্তা চংখি। মহাপ্রভুনা রঘুনাথবু শ্রীলস্বরূপদামোদরগী মফমদা শিন্নখি।

## মূল ২৮৪

ব্রহ্মানন্দ ভারতীর ঘুচাইল চর্মাম্বর ।
এইমত লীলা কৈল ছয় বৎসর ।। ২৮৪ ।।

### শব্দার্থ

ব্রহ্মানন্দ-ভারতীর—শ্রীব্রহ্মানন্দ ভারতীগী ; ঘুচাইল—থাদোকহনখি ; চর্ম-অম্বর—শউগ্না এইবা ফি ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; লীলা—লীলা ; কৈল—তৌখি ; ছয় বৎসর—চহী তরূক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীব্রহ্মানন্দ ভারতীনা ফি এইনা শেৎলম্বা শউগ অদু থাদোকহনখি তায়রদি মহাক্না কৌপীন বহির্বাস শেৎহনখি। মতৌ অসুম লৌনা চহী তরূক প্রভুনা লীলা তৌখি।

### নৈনরোল

**ছয় বৎসর** প্রভুগী অরোয়বা চহী ২৪গী অহৌবা চহী তরূক ।

## মূল ২৮৫

এই ত কহিল মধ্যলীলার সূত্রগণ ।
অন্ত্যলীলার সূত্রের করি বিস্তার বর্ণন ।। ২৮৫ ।।

## শব্দার্থ

এই ত—অসিনীদো ; কহিল—হায়জবা ; মধ্যলীলার—মধ্যলীলাগী ; সূত্রগণ—অশম্বা রাশিং ( বস্তুসংক্ষেপশিং ) ; অন্ত্যলীলার—অন্ত্যলীলাগী ; সূত্রের—সূত্রগী ; করি—তৌগে ; বিস্তার—শন্দোকপা ; বর্ণন—লীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মধ্যলীলাগী সূত্রশিং অসি হায়জরে। অন্ত্যলীলাগী সূত্রগী শন্দোকপা বর্ণনাস্থ তৌগে।

## মূল ২৮৬

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ২৮৬ ॥

## শব্দার্থ

পদে—খুয়াখাদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা ; কহে—লীজৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথদাসগী চরণখাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত বর্ণন তৌজৈ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে মধ্যলীলাসূত্রবর্ণনংনাম প্রথম-পরিচ্ছেদঃ ॥

---



# শীতলজিৎকী লাইব্রিকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, নুংশিরাথৈবা।

রারী-মচা—লৈকোল্লংদা, লৈনুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা,

লৈশবাংবা ( ১বা শরূক )।

অহৈ অহৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোনগা অনুবাদকা লোয়নবা ) মমল লুপা ২০

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন-শৈথন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary.
( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( আদীলীলা ) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত „ ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত „ ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ২৮

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত „ ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত „ ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( মধ্যলীলা ) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫